# ꯆꯩꯅꯥꯈꯣꯜꯒꯤ ꯆꯩꯅꯥ

# চৈনাখোলগী চৈনা

রোয়বালা হৈক্রুজম



অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল

CHEINAKHOLGI CHEINA
*A collection of 15 Manipuri short stories*
by Roybala Heikrujam,
Naoremthong Laishram Leirak, Imphal -795 001 (Manipur)

অফোঙবা : শ্রীলোইতোংবম ইন্দ্রকুমাব সিংহনা
অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফালগীদমক ফোঙবা

কোপি বাইট : অইবী

অহানবা ফোঙবা : এপ্রিল, ২০১৪

কোপি : ৬০০

মমল : লুপা ১৫০/- (মখুম অপাবা)
লুপা ২০০/- (মখুম অথাবা)

মখুম : মাখোনমণি মোংসাবা, উবিপোক, ইম্ফাল

ISBN 978-81-927033-7-4

লাইবিক ফংফম : মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, পাউনা বাজাব, ইম্ফাল,
বাজেস বুক ষ্টোব, গভর্ণব বোড, ইম্ফাল, অমসুং
অইবীগী যুম, নাওবেমথোং, ইম্ফাল।

নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক ইম্ফাল।

হৈক্রুজম ঁলম্ফেল সিংহ
হৈক্রুজম ওংবী ঁচন্দ্রজিনী দেবী
লাইওইখ্রবা ইপাইবুংঙো
ইমাইবেম্মা অনীগী মফমদা
লমন তোলহৌববী নচানা
কংচবিকো থৌদাং মবীক 'সিমত্তং
লমন মবীক শক্লা
লৌশিনবীযুকো লংনদনা।

# ৱাহৌদোক

ভাবতনা নীংতম্লবা মতুংদা ভাবতকী ৱাবীমচা মপূং মবৈ ফাবকপা হেনগৎলকপগা লোযননা সমাজগী অওইবা মশকশিং উৎলকপা অমদি মসিনা লীশাং শিংনা চৎথবক্লিবা নাৎ, চৎনবী (পৰম্পৰা) অমদি ভেল্যু সিস্তেমদা শাফু পীবকই। ৰাজনীতিগী অহোংবা মচৎ, অকক্লবা ইমুংগী চৎন পাথাপ, অবি অনৌ মীবোলগী খেন্নবা, নুংশি-নুংঙোল, যুম পানবা অমদি নুপা নুপী লোযনবা, ফেমিনিষ্ট ইদিওলোজিগী ৱাখল্লোন্নচিংবা পুন্নমক ৱাবীমচাশিংদা মমি তাবকই। অখণ্ড অহৈশিংনা খৃ কুম ১৯৫০ অমদি ১৯৬০ গী মতম অসিদা ভাবত্তা থুনা অহোংবা লাকখি হাযনা লৌনৈ। মশক নাইবা ৱাবীমচা ইবিশিংগী মনুংদা অমৃত প্রিতম, অজিত কৌৰ (পঞ্জাবী), কৃষ্ণ সোবতি, মনু ভন্দাৰী (হিন্দী), গৌডী দেশ পান্দে, সন্যা (মৰাঠি), *শশি দেশপান্দে (ইন্দিযান ইংলিস) নচিংবনা নুপীশিংদা যেংলিবা মিৎযেংদা হান্নদগী* খেন্নবা মশক কযামুক উবকই। মখোযনা উবিবা নুপী অসি তাইপ ওইনা উবা নত্তে, ইন্দিবিদুযেল অমমম ওইনা উবনি। মমাঙগী অইবশিংনা নুপীবু সিতা, সাবিত্রি নত্রগা দমযন্তিগী চৰিত্র ওইনা যেক্লম্বা অদু তোকথোক্নুনা মতমগী পুন্সি মহিংগা চান্নবা হোংলক্লিবা নুপীগী তোঙান তোঙানবা মশক যেকই। অইবীশিং অসিনা নুপীশিংনা মশা মৰোমদোম লেপচবা অদু পামই, মমাঙঙৈদগী চৎথবকপা নুপীবু নমথবিবা ভিক্টিমাইজেসন তৌদুনা থম্বিবা অদু পামদে।

যুম পাল্লবা নুপীনা মপুবোইবগা খাযনদুনা লৈবা হাযবসি যাম্না তৌহৈদবা থবক অমা ওইনা খন্নদুনা লাকখি। অদুবু মিৎযেং অসি হোংদোক্নুনা 'খাযনবা' হাযবা *অসিনা ফাজিন পুনশিন্দুনা থম্নম্বদগী নম্থোকপা*, অপাম্বা অনীংবা অমা নুপীনা নীংতম্না পাঙথোকচবা ঙম্নবগী পাম্বৈ অমা ওইনা লৌবকই। অদুনা বসুন্ধা পাতিল, প্রিযা তেন্দুলকৰ, গৌৰি দেশপান্দেনচিংবা মৰাঠি অইবীশিংনা 'খাযনবা ' হাযবসি যাম্না নুংঙাইতবা, তৌহৈদবা থবক নত্তে, নুপীবু অফা অপুনদগী নাম্থোহনবনি হাযনা

লৌবকই। বসুদ্ধা পাতিলনা মহাক্কী 'বেলা' কৌবা ৰাবীমচা অমদা যাম্না অকন্বা ফিভম অমদা খাযনবনা নুপীনা অপাম্বা অনীংবা অমা থুংনবগী পাম্বৈ ওইবা অদু উথলি। নহা ওইৰিবী বেলানা লুহোংদুনা নিপা অমগা লৈমিন্নববা মতুংদা লাইৰকথীবদগী নিপা অদু ঙাওবক্তুনা, মেন্তেল এসাইলম অমদা লৈহনখি। বেলা অমসুং মহাক্কী মচাশিং অৱাবা ফিভম অমদা তৌফম খঙদনা লৈখি। কোক্কী লাইনা লৈববা নিপা অমগী নুপী ওইনা পুন্সি চুপ্পা মাঙদুনা লৈতনবা বেলানা মহাক্কী মনেমবোকপু থাজবগা লোযননা খাযননবা হোৎনখি। মমৈথঙদা নিপা অদুগা খাযনদুনা অমুক হন্না অকোম্বা নিপা অমগা যুম পানমিন্নদুনা মচাশিং যোক্তুনা নুংঙাই যাইফনা পুন্সি লেনখি। পঞ্জাবী অইৰী অজিত কৌব অমসুং দলিপ কৌব তিৱানাগী ৰাবীমচাশিংদা ভাবতকী সমাজদা নুপীবু ওৎপী নৈবিবিবশিং অসিদা মপুং ওইবা মিৎযেং থমই। মখোযশিং অসিদসু নত্তনা ভাবতকী তোঙান তোঙানবা লোনগী অইৰীশিংনা হৌজিক্কী সমাজদা নুপিশিংনা থেংনবিবা সমস্যা কযা ইচঙ থৌনা যেক্লকপা অসি উবা ফংই। প্রেমচন্দগী ৰাবীশিংদা নুপীশিংদা মীনুংশিগী মিৎযেং উথলি হাযবসি চুমই, অদুবু মহাক্কী মিৎযেংদি মপুং ওইনা কনফোবমিষ্ট অমগী মিৎযেংনি।

খৃ কুম ১৯৮০ অমদি ১৯৯০গী মতমদদি ভাবত্তা গ্লোবেলাইজেসননা পুবকপা অহোংবা কযামুক লাকখি। অসিগুম্বা মতম অসিদা ভাবতকী বাজনীতি, সমাজ শেল থুম, বিজ্ঞান অমসুং তেক্নোলোজিগী অহোংবা কযাগী শাফুনা ভাবতকী ৰাবীমচাসু অনৌবা যাওল লাকপা উবা ফংলকই। থৌনা ফনা, ঈকাই হঙ্গোইবা লৈতনা নুপা নুপী যুম পানবগী মবমদা অমদি নুপীনা মশাবু খঙজবগী মতাংদা ৰাবীমচাশিংনা শেংনা ফোঙদোকপা হেল্লকই। নুপীশিংনা থাযনদগী চৎনবকপা চৎনবীগী চাইগোন্নুংদগী হেন্দোকপা যাদ্রবসু সমাজ অমসুং ইমুংগী ওইবা লোনচৎ অদু থুগাইবা তৌদনা মখোযগী শক্তি শীজিন্নগদবনি হাযনা অইৰীশিংনা খন্নবকই। অদুবু মসি ভাবতকী অইৰী খুদিংমক্কী মিৎযেংদি নত্তে, অইৰী খবনা মখোযগী খ্বাইদগী মকওইবা নুপীগী চবিত্র (Women protagonist) না নোংচুপলোমগী নুপীশিংগী মিৎযেংগা মান্ননা হান্না লৌনবল্লিবা নুপীগী মূর্তি অসি মাঙহন্নবা, থুগাইনবা হোৎনবকই। খৃষ্টগী কুনশুবা চহীচাগী অবোইবা শকত্তা নুপী অইৰীশিংগী ৰাবীমচাশিংদা নুপীগী মশক অসি কামগী নুংঙাইনবা মশক ওইবা (masochistic tendency) ঈস্থল অদু য়েকপগী মহুৎতা মখোযনা মশাগী অনীংবা অপাম্বা নীংতম্না ফোঙদোকপা চুমই হাযবদু উৎলকই।

মণিপুরী সাহিত্যদসু মশক নাইবা নুপী অইবীশিং থোবকপসি অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদনি। এম কে বিনোদিনী (১৯২২-২০১১) তখেল্লম্বম থোইবী দেবী (১৯২০-১৯৯৬) অমসুং খাইদেম প্রমোদিনী দেবী (১৯২৬-২০০৬) না মণিপুরী অইবীশিংগী লম্বেল শেম্বা, লমজীং মৈবা পায়বী ওইনা থোবকখি। খৃ কুম ১৯৫৮ দা ফোঙলকখিবা খাইদেম প্রমোদিনী দেবীগী 'পুন্সি মৈবা' না অহানবা রাবী মচাগী লাইবিক ওইনা থোবকখি। বিনোদিনী অমসুং থোইবী দেবী ঙন্না রাবীমচা ইবা হৌব্রবসু লাইবিক ওইনা থেংনা মঙাল উবকখি। বিনোদিনীনা রাবীমচাগী মশকনাইবা অইবী অমা ওইবা অদুগুন্না থোইবী দেবীনা ওইবা ঙমদে। লমযানবা অইবী অহুম্মক বাংলা সাহিত্যগা শন্নবকপা ঙাক্তনি। বিনোদিনীদি মণিপুরী সাহিত্যগা শকখঙনদ্রিঙৈদা বাংলা সাহিত্যগনা হান্না শকখঙনখি। বাংলা সাহিত্যনা মঙোন্দা অইবী অমা ওইবরুবা অকনবা ইন্সপিরেসন পীখি হায।

খৃ কুম ১৯৯০গী মতমদগী মণিপুরী সাহিত্যদা নুপী অইবী কযা থোবক্লে। মতম অসিদি মণিপুরগী সমাজ, শেল থুম, রাজনীতিনচিংবগী লমদা শোকচিল্লকপা মতমনি। লাইবিক হৈবগা থবক ফংদবা, শুফম নোম্ফম লৈতবা নহারোলগী মশীং হেনগৎলকই, লালহৌবগী ঈবাং কনখৎলকই। লালহৌবা নমথনবগী মিংদা চলাইবিবা তমথিবা আইন্না মীচমশিংদা অঙকপা ফংনা অরাবা চৈথেং পীবকই। মীহাৎ মীপুনগী থৌদোকশিংনা ঐখোযগী পুন্সিগা তৎন থানবা যাদবা শব্দক অমা ওইবকই। চীংগী অমদি তম্পাক্কী লমদমদা কাঙলুপ মশেল হাৎনবা অমসুং উংখৎনবা কযা থোবকই। নুপীদা চৎথবা অওৎ অনৈগী চাং হেনগৎলকপনা নুপীশিংনা মশাগী শক্তম, হক অমদি থৌদাংগী মবমদা খঙ্বা, অ্যারাযব ওইবা হেনগৎলকই। মতম অসিদা থোবকপা নোংচুপলোমগী অরাংবা শিক্ষা ফংলবা নুপী অইবীশিং মকুওইনা চোংথাম যামিনী, হাওবম সত্যবতী, ক্ষেত্রিমযুম সুবদনী, যেংখোম ইন্দিরা, ঐচ বেনুবালা, নীদেবী, সুনিতা নিঙোম্বম, সত্যবতী নিংঙোম্বম, সুবমা নিঙোম্বম, বিমাবতী, থোকচোম বীনাপানী নচিংবগী রাবীমচাশিংদা অহোংবশিং অসিগী মমি মযেক শেংনা তাবকই। মখোয়গী রাবী মচা কযামুক্তা হান্না ফোঙদোক্লমদবা নুপা নুপী যুমপানবা, নুপীগী ফংফম থোকপা হক, চৈনা চৈথেং কযাগী মবমদা মযেক শেংনা ফোঙদোক্লকই।

রোযবালা দেবী নৌনা রাবীমচা ইবক্লিবী অইবীনি। মহাক্কী রাবীমচা তবামঙাগী খোমজিনবা 'চৈনাখোলগী চৈনা' হাযবা লাইবিক অসিদসু নুপীশিংগী মঙ, আশা অমদি নীংবা কায়বগী চৈনা ফোঙদোক্লি। লাইবিক্কী মিংথোল ওইবিবা অসিমক

ফেমিনিন কন্সিঅসনেস যাওবা ৱাবীমচা অমনি হায়বা তাই। মণিমচানা পুন্সিগী অহানবা ওইনা ইবোচৌবগা য়ুমবানমিন্নদুনা নুংঙাইনা লৈমিন্নখি। অদুবু মতম খব লৈমিন্নববা মচা অমা পোক্লবা মতুংদা মপুবোইবনা অতোপ্পা নুপী অমা পুশিল্লকপদগী মণিমচা থম্মোই কায়না মপামদা হল্লকখি। মপামদা লৈবদা মপুবোইবনা থওইবিদবা, উৎশিৎপিদবগী চৈনা খাঙবা ঙমখিদে। লেমহৌবিবা পুন্সিবু অবেম্বদা মাঙহনবগী মহৎতা অনৌবা য়ুমবান লম্বী অমদা নিপা অমগা খোঙদামিন্ননবা ৱাবেপ লৌখি। নৌনা য়ুমবানবগী লম্বীদা অমূক খোঙদাববসু পুক্নীংগী পোথাফমদি ফংখিদে। মসিদা ৱাবীগী থৌদোক পবীং প্লোত শেমগৎ শাগৎপগী হৈ-শিংবদা নত্তনা নুপীগী নুংগী তাইবঙ (Woman's psyche) ফজনা উৎপা ঙমই। 'তোর্ব্বান্দ থেংলবিবা ঈথক ঈপোমশিং' অমসুং 'য়াইফ পাউজেল' কনফ্লিক সিচুয়েসন অমগা মাযোক্লনা হিংলিবা মীওইশিংগী পুন্সি উৎপনি। অহানবগী ৱাবীমচা অসিগী প্রোতাগোনিষ্টনা নুপীনি, মপুবোইবনা হন্দোকপিবন্নবী অমনা মচা থাক্লবগীদমক্তা হিংনবা লানথেংনবা উথলি। অনী শুবগী ৱাবী মসিদনা প্রোতাগোনিষ্ট অসি নুপানি, বিক্লা থৌবগা হিংজবা মীচমগী পুন্সি তেবোবিষ্টশিং থেংনরুবদগী লম্মখাঙদা লোইখি। অইবীনা ৱাবীমচাসিদা হংবা পামই — মীচমশিংদি হিংবগী হক লৈতব্রা?

ৱাবী মচাদা হীবমদা নত্তনা তেক্নিক হাযবসিসু যাম্না মকওই। বোযবালানা তেক্নিক অমসুং ক্রাপসমেনসিপকী মতাংদা খব হেন্না পূক্নীং চঙলবদি অফবা ৱাবীমচা কয়া ইবকখিগনি হায়না নীংই। হৌজিক নুপী অইবীশিংনা হকথেংনবিবা (এক্সপিবিযেন্স) মখোযগী পূক্নীংদা ফাওবিবা, ফোঙদোক্লিবা হাইবপ মান্নবা মিৎযেং অসি বোযবালাগী ৱাবীমচা খবদসু য়াম্না শাফু কন্না ফোঙদোকপা ঙমই।

ইম্ফাল,
এপ্রিল ৩, ২০১৪

ডা টি ঐচ ইবোহনবী সিংহ
হেদ, মণিপুবী ডিপার্টমেন্দ
দি এম কলেজ ওফ আর্টস

# অফোঙবগী ৱারোল

অনৌবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎতা থিংবা ঙমদ্রবা অচৌবা ঈচেল অমা লাকপগুম তোঙাল তোঙালবা মখলগী লাইবিকশিং কয়া পুথোরক্লবক্রি। ঐখোযগী ইবোলদা ইজবা শৈবেং, ৱাবেং, ৱাবীমচা অমদি নোভেল কয়া পাদুনা মদুগী মহাও লৌনবি। সাহিত্য হাযবসি খুনাই অমগী মিংশেলনি। ঐখোযগী শকফম মিংশেলদা তাবগুম ঐখোযগী খুনাই অসিগী পুন্সিবোল, ঐখোযগী সাহিত্যগী খুৎইশিংদা মমি তাবি।

অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল অসি ইনফোর্মেসন, এডুকেসন, কমিউনিকেসন্দা যুম্ফম ওইবগা লৈথোঞ্জখিবনি। লাইবিক ফোঙদোকপগী থৌদাং লৌবখক্তা নত্তনা ওডিও-ভিডিওগী খুৎথাংদা ডোকুমেন্টেসন তৌনবগী পান্দম কযাসু থম্লি, তৌবসু তৌবক্রি। কমিউনিকেসন অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূকৈদা তোঙাল তোঙালবা লাইবিকশিং কয়া ফোঙদোক্তুনা লৈথোনজবা ঙমখ্রে। ঐখোযগী সাহিত্যগী পূকৈদা তাংনা থোকপা মখলগী লাইবিকশিং ফোঙদোক্তুনা ঐখোযগী সাহিত্যবু নুংশিবীবিবা মীযামদা খুৎশিন্নজবা হাযবসিনা কমিউনিকেসন অসিগী মরু ওইবা পান্দমনি। কমিউনিকেসন অসিনা পুথোকপা লাইবিকশিং অসি লৈতাদ্রবা লমদমসিগী লৈহাওদা লৈমিন্নবিবা মীপুম খুদিংমক্তা পামিন্নদুনা পুক্লিং লৈতানা হিংমীন্নবা হাযবসিগী পান্দমদা ফোঙদোক্লুবনি।

মণিপুরী সাহিত্যদা শৈবেং, ৱাবীমচাশিং অসি যাম্না মবাং কাইনা লৈ। ঐখোযনা পুথোকচবিবা ইজবিবা সাহিত্যগী খুৎইশিং অসিদা ঐখোযগী পুন্সিবোল অসিগা কযাম নকশিন্নবগে হাযবসি যেংবা চংই। ঐখোযগী পুন্সিরোল অসিগী মমি তাহনবা ঙমদ্রবদি মপুং ফাবা সাহিত্য ওইবা ঙমদ্রে হাযনিংই। মতাং অসিদনি কমিউনিকেসন অসিনা পুথোক্লিবা লাইবিকশিং অসি মীযাম অসিনসু হেন্না কুপথনা পাহন্নিংবা যেংহন্নিংবা নৈনহন্নিংবা কয়া লৈবিবসিশু। ঙসি ডা হৈক্রুজম বোযবালা দেবীনা ইবা মণিপুরী

ঋাবী মচাশিংগী পুঙ্গিনবা লাইবিক 'চৈনাখোলগী চৈনা' কৌবা লাইবিক অসি মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবীবিবশিংগী মফমদা শিন্নজরে। ঋাবীমচাশিং অসি পাবিবগা কদাইদা কবি যাওবিবগে হায়দুনা নৈদুনা থিবীবগা অশেংবা মচু খবা থোবকপবা হাযবদু য়েংবীয়ু। ঋাবীশিং অসিদা ঐখোযগী পুক্সিবোলগী মমি কদাই ফাওবা তাবগে হাযদুনা যেংবীগনি খনলি। মসিনা লাইবিক অসি ফোঙদোক্রুবগী পান্দমনি।।

ইম্ফাল,
এপ্রিল, ২০১৪ ইং

অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

যাম্না পীক্লিঙৈদগী শৈবেং ৱাবেং পাবা হৌবকখি। মদু নীংশিবদা ইশাগী চহি কযা শুবম্লগদগে চপ-চানা হাযবা ঙমদ্রে। অদুমকপু মসিমদি কাওদ্রি মতমদু লৱাব প্রাইমবিগী থাক লাম্থোকত্রি। ইচে-ইবুংশিংনা ৱাংখৎপা ক্লাস তম্লবা হাযস্কুলদা তম্বা চৎনখ্রবদা অয়ুক্কী স্কুলদা তম্বা চৎলুবগা হন্নকপদা ইহাং-হাংলবা যুমদা ইথক্কী ইচেশিংনা তম্লবা লাইবিক্তা যাওবা শৈবেংশিং পাদুনা চীনফা থীদুনা শান্নবা হৌবকখি। ৱাবেংদি খবা থেঙনা শকখঙনখি। ক্লাস সিক্সকুম্বা কাবা অদুৱাইদা নোবেল পাবা খবা খবা হৈখি।

মণিপুৰী সাহিত্যগা নৌনা শকখঙনখিবা অসিনা সাহিত্যবু নুংশিবা, পামজবা হৌখিবনি হাযবসি ঐনা চেৎনা থাজজে। পুক্লিংদা কবিগুম্বা খবদং ইনিংবগী ইহুল ফাওবক্লিবা অসিসু মণিপুৰী সাহিত্যগী ইথিলনি হাযনা লৌজে। পাঙজদ্রবী ঐনা ঙসি পীক্লবা লৈচল অমত্তং শেমজদুনা সাহিত্যবু নুংশিজবা লমদমসিগী মীশিংগী মফমদা খুদোল তমজবা ফংলিবা অসিদা মণিপুৰী সাহিত্যগী লমযানবা অশেবা অশৈবীশিংগী লমন তোনশিঞ্জৱে হাযনা লৌজে, মখোযগী মফমদা ইকোক নোনজবি।

ইনিংবগী অপাম্বা পোক্লকখিবদি ঐনা ক্লাস সবেন কা তম্লিঙৈ মতম অদুৱাইদগীনি। চেনা মতৎ, লৈখা মচাদা পবেং খবগী শৈবেং মতেক-মতেক ইবা হৌবকখি। মখোযশিংদু মফম খঙদনা মাঙখি। ৱাবীমচাদি ক্লাস নাইন তম্বা মতমদগী ইবা হৌখি, স্কুলগী মেগাজিন্দা হাপ্পবা। পি ইউ সি তম্বা মতমদদি এ আই আব, ইম্ফালদা শৈবেং ৱাবীমচা কযা তত্তনা পাথোকখি, মতাং অদুৱাইদদি যাম্না কন্না ইনিংখি, ইখি। এ আই আব, ইম্ফালনা ইবদা পুক্লিং নীংথিনা থৌগৎপীখি। মসিগী লমনসু তোনশিল্লে।

পুন্সিগী থৌবম-থৌগায কযা মাযোক্লবদা অকন্নবা ইনিংবগী ইহুলবু নমথদুনা হৈনীংবা মাঙলুবা মতেক-মতেক কযা যাওখ্রে। পুক্লিং শোম্থবক্লবা মতমদা তত্তনা

থৌনা হাপ্পীবম্বা ববা-ইমানা লৈখিদবা অসিসু ঐগী ইনীংবগী ইথিলবু শোম্বুহনবদা অচৌবা মবম অমনি। লাইবক ফবদগী ইপাশক্রবা ঐগী ওজা প্রো এলাংবম দীনমণি সিংহনা নৌনা পুক্লিং থৌগৎপীদুনা থেংথবক্রবা পুন্সিগী চিল্লবা থৌগায মবক্তা খবা খবা খোৎচিনজবা খবসি খুনগৎচদুনা মযামগী মফমদা খুদোল তমজবি। ওজাগী লমনসু তোনশিনজবে।

খুৎই ওইনা নৈবিঙৈদা পাবীদুনা অফ-ফত্ত তাকপীখিবা অমদি ৱামাং-ৱাহৈ খবদং ইবিনবা হাযজবদা অচিনবা কয়া কাইথোক্তুনা ইবীবকখিবা ঈকাইখুম্নজববা ওজা থোকচোম ইবোহনবী সিংহ, এসোসিযেত প্রোফেসাব অমদি হেদ ওফ মণিপুবী দিপার্টমেন্ট, দি এম কোলেজ ওফ আর্টস পু তৌবীমল খঙবা উৎচবি। লাইবিক অসিগী মখুমগী দিজাইন তৌবীবা ঈকাইখুম্নজবিবা শ্রীমখোনমণি মোংসাবা, ওজাগী মফমদসু তৌবীমল খঙবা উৎচবি। লাইবিক অসিবু ফোঙবীবিবা অশাংবা কমিউনিকেসন ইম্ফালবুসু তৌবীমল খঙবা উৎচবি।

লাইবিক অসি নম্বগী অৱাবা কযা থেংনবিখিবা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ ইম্ফালগী তামো মোবী, লাইবিক ওইনা পুথোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা লমযানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফালগী মেনেজব ঈকাইখুম্নজবিবা ওজা মঙ্গি অমদি স্তাফশিং পুন্নমক্কী মফমদসু তৌবীমল খঙবা উৎচবি।

মণিপুবী লোন অমদি সাহিত্যবু নুংশিজবী অমা ওইনা যাবিমখৈ মণিপুবী ৱাহৈ শীজিন্নবা হোৎনজৈ, তঙাযফদবদগী মহুৎশিনবা যাদবা ৱাহৈ খবখক নত্তনা ইশাগী লোন্না ফোঙদোকচবনি। মপুংফাদবা যাওববদি অইবীনা পাঙদবদগী থোকপনি, পুন্নমক্না ঙাকপীগনি।

মণিপুবী সাহিত্যবু নুংশিজবা পুন্নমক্কী মফমদা ঐগী ৱাবীমচাগী অহানবা লাইবিক অসি থম্মোযশেংনা খুৎশিন্নজবি। অফ-ফত্ত তাকপীবকপা পুন্নমক তবান্না ওকচগনি।

অইবী

# মনুংগী লমায়দা


| | | |
|---|---|---|
| ১। | মীকপ থোকপা | ১ |
| ২। | ঙসিসু লেপলি | ৯ |
| ৩। | চৈনাখোলগী চৈনা | ২১ |
| ৪। | অসুম্না পুন্সিদা | ২৭ |
| ৫। | মবাল | ৩৫ |
| ৬। | ওল্লক্রিবা শক্তম | ৪১ |
| ৭। | নৈকংলাগী খোম্থাং | ৪৯ |
| ৮। | মঙলাক্লবিবা অহিং | ৫৬ |
| ৯। | লীচিং অমা | ৬২ |
| ১০। | য়াইফ পাউজেল | ৬৯ |
| ১১। | দিপানিতাগী মৈবা | ৭৬ |
| ১২। | তোর্ব্বান্দা থেংলবিবা ঈথক-ঈপোমশিং | ৮২ |
| ১৩। | লেপখ্রবা ঈশৈ | ৯০ |
| ১৪। | মাঙসু লাং তুংসু তেন | ৯৭ |
| ১৫। | তস। কমদৌই | ১০২ |

# মীকপ থোকপা

অযুক্কী মেঙলবা মঙালনা মালেম শিনবা থুংনা চাইথোবকপা মতমদুদা লৈমগী থম্মোযদসু তাইবঙ শেম্বা মপু মহাক্কী মতীক মগুণবু লেপ্তুনা নীংশিংজবক্লে। চাউববা যুমজাও অদুগী মনুংদা লৈমা মথন্তমক চীক্লা লৈবি। মী চীকপগী অইংবা মবক্তা লৈমগী থম্মোযদা ইবুংঙো মহাক্কী শক্তম্মা পুমথন থনখ্রে, মহাক্কী থম্মোযসু অযুক্কী লিক্লানা চান্নবা মালিকা লৈবাংগুম তক-তকনা থোৎখ্রে। অযুক্কী কোবৌনা মালেমদা খোঙদাবকপা, নামিবা নুংশিংনা হৈনম-লৈনম পুদুনা শিংলকপা মতমসিদা ঈরু-মাইথজদুনা শকউদবা মহাকপু ঈবাংচবা, গীতাগী মবীক চুল্লবা পবেংশিং পাবা হাযবসি লৈমগী নোংমগী খ্বাইদগী মকওইবা থবকশিংগী মনুংদা মকওইখ্রবা অমনি। লৈমগী মাযথোঙদা ফাওবক্লিবা অইংবা অমদি অথোৎ- অমেঙদুনা অউবা কনাগী থম্মোযদসু নুংঙাইবা ফাওহল্লি।

কুনশুবা চহিচাগী খঙ- হৈববা মীওই কয়ানা লৈশেম মপু মহাকপু লৈ নৎত্রগা লৈতে হায়না তত্তনা যেৎনববসু শ্রীকৃষ্ণদা লৃপচখ্রবা লৈমগী পৃক্লিং হকচাংবু উবগদি শোযদনা খনগনি-- 'চাউথোইবা মহাক্তি মীওইবা ঐখোযগী পৃক্লিংবু লমজিংবীদুনা থম্মোযবু ইংহনবিবিবা অসিনি। চবাংনববা, ঐগী মীগী নাইববা খুন্নাইগী ঈচেল্লক্তগী লাপ্পা পুথোকপীবক্তুনা থৌজালগী তুংনফম ওইববা, তক-তকবা লৈকোলগুম্বা হকচাং অমা ফংহল্লিবসি ইবুংঙো মহাক্লনি।'

অশেংবসু মদুমক্তি হাযবদা লাল্লোই। নৎত্রবদবু তাইবঙ পুন্সিগী খ্বাইদগী থম্মোয় শোক্লবা থৌদোকশিং থেঙখাং থেঙখাং কযাবক থেংনবফাওবদসু লৈমনা নীংহন্নদনা মাগী থম্মোযগী অইংবা অচীকপা কাযহন্দনা অসিগুম্বা পুন্সি মবেল অমদা কবম্মা লেনবা ঙমগনি।

ঙসিসু লৈমদু নহানমখৈগুম লীক্লু পবেং পাযদুনা পূক্লিং পবৈ চেৎনা মপু মহাকপু থম্মোযনুংদা চিংশিঞ্জগে থৌবাংলি। পূক্লিং- ব্রাখল চেৎনা ফাজিল্লদুনা অইংবগী ঈবোম্নুংদা লূপথবা লাক্লবি।

অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা শমিন অমা তাবকই কাগী ফীজঙ হাইদোবকপগী। শমিনদু ফংবদা লৈমগী উইশিল্লবা মীত্তা উবকই, 'লাক্লিবসি বাধিকা শোযদনা ওইবমগনি।'

চাউথোইবা মহাক্তবু নীংজবী ওইদুনসু লৈমনা মাগী মদোম ঙাঞ্জবী মমৌবুদি থৌওইদবা ঙমখিদে। অদুনা হংলকই,

— বাধিকা নত্তববা ?

মনেমগী লাইনীং কাযহন্নীংদবনা ফীজঙগী মকমদা লেপ্লববী বাধিকা মনেমগী খোযথুম্নববা খোঞ্জেল তাবদা অমুক হন্না চঙশিল্লক্নুনা খুম্লকই,

— মান্নি অবোকবেম্মা।

অসুম্না থোক্লনি হাযবসি লৈমসু খল্লম্বনি। যুম অসিবু কুইনা থাঙমদবীনি, অদুগীসু মথক্তা মনেমগীদমকসু ব্রাজখ্রবী লৈমগী মমৌনি, শোযদনা হল্লক্কনি খল্লম্বনি মনেমসিনা।

'বাধিকা' লৈমগী মণিগুম ঙাঞ্জবা, মদোম পোকচবা মচানুপা বনধীবগী লোযনবীনি। লৈমনা মমৌবু লুনা তৌজবদি হিংমিন্নবগী মহাও কাউখ্রবা মাগী পুন্সিদা নৌহৌননা হিংমিন্নবগী মহাও হাপ্লখিবা, মদুগীদমক্কি। অমবোমদা লৈমনা নুপী ওইবীশিংগী তযাং- তশোযবা পুন্সি অখোযগী নোংদম নাইদবা লাইবক মসিগীদমকসু তশেংনা নীংদোল পোমজৈ, অদুনা নুপী ওইবী মমৌবু চান্নমক্কী নুংশিজৈ, শেন্নজৈ।

বাধিকানসু মনেমবু মশক মুন্না খঙই। মনেমগী থম্মোয, মনেমগী ব্রাখল খঙবা উবমক্তনা বাধিকানসু মনেমবু নুংশিজৈ, নোল্লুক্না চৎচৈ লোযননা ওইনজৈ।

অদুবু অসি যৌনা চান্ন- চীন্নজখ্রবা মনি- মমৌদু বনধীবনা ওম্লোকপা থৌওং অমা তৌবকখিবা মতমদুদগী তং- তাদবা, ওমচাক্লবা ফীভম অমনা নৈখাযবা হৌবকখি। মতমদুদগী খোযশাওনববা নোংলৈ অমনা মনি- মমৌ অনীমক্তা যৈবখি। কযাদি কুইববনো লৈমগী মচানুপানা যুমসিদা হল্লকখিদবা, খোঙথাং লাল্লুবগীদমক লৈমনা মচাবু ইম্লোকখ্রে। বাধিকাগী খোযবাংলবা পূক্লিংবু মনেমগী

থৌজালগী ঈবিক্লা হন্না হন্না খিক্তুনসু ইংথহনবা ঙমখিদে। ব্রাখল লৌশিং তাববী লৈমগী মমৌদু লৈতানা যুমসিদা লৈনবা হোৎনজবগী মতৌদু মনেম ওইবীসিনা খঙই অদুগা মবক- মবক্তা মহাক্কী মথম্মোযবু লৈতাহন্দবা নোংলৈ অদুসু শাফোঙলি হাযবসি লৈমনা উই। মতম অসিদতা খঙলকই মনেম ওইবীসিনা —'মহাক অমসুং মমৌগী থম্মোযদু নহানমখৈ কবম্বা লংলানা পুল্লল্লিবনো হাযবদু। লংলা ওইবা মচানুপানা হল্লখিদ্রবদা তশেংনা মযেক শেংলকই।'

যুম্বানর্মিন্নবিবা নুপা- নুপীগী শেংলবা চেৎলবা মবীবু তবাই- তবাইনা খল্লিবা মচানুপাবু ব্রাবৌই লৈমনা। 'অসুক চঙখোনবী ইমুং অসিগী যাইফনবতা খঞ্জবী যুমগী মৌ অসিবু মীবাযবগা ঙাইহাক্কী ওইবা ঈথক- ঈবাংদা তাউখিদুনা লম্লানবী অমা পুবকপা ঙম্বা।' মসিতা খল্লুবদা ব্রবৌবনা লৈফম খঙজদে। মমৌনা নুংনাংজবিবা, কপচবিবা অসিগী খনবদসু হেন্না নীংদোল পোমজে।

অমবোমদা বাধিকাসু অদুমঙাই মনেম্মু মীবাযবদি খক ঙমজদে। লৈতাদ্রবা মপূক্লিংনা চিংদুনা মপামদা চৎখি, নোং ঙানবা ঙাইঙমদে, মনেমগীদমক ব্রাজবনা হেক্তমক হল্লকই মৈশা চেল্লবা মপুবোইবগী যুমদা। ঙবাংসুনি অপীকপা মচানুপাদুবু কোন্দুনা কপ্পমখৈ কপ্পম্লগা মপামদা চৎখিবনি। মমৌগী অসিগুম্বা মতৌদা শাওনীংলুদে লৈমদু, মবমদি ব্রাখল লৌশিং তাববী মহাক্কি, নুংদা মৈশা লাংলবা মীশিংগী মশাজৎ মহাক্লা নীংথিনা খঙই। মমৌনা চৎখিবদা মনেম ওইবীদু লৈঙমদে, পূক্লিং হকচাং ব্রাখল ইহাং হাংই, থব্রায মীবেল হামচৎনৈ। মপূক্লিংদদি থাজে 'ঐগী ইমৌদো মনেম ঐবুদি নীংজবনি, মহাক শোযদনা হল্লকখিগনি, মনা থাঙ্গত্তুনা তাজে মশূগী নুংশিববা খোংজী মখোল তাববা হাযনা।

থোক্লনি খনবদুমক থোক্লবে ঙসি অযুকসিদা। ইংলবী মমৌগী মাযথোঙদু ফীজঙ মকুমদা লেপ্পবে। হবাও নুংঙাই ঈপোম্নববা মতৌদা হংলকই,

— হল্লক্লেদনা ! ইশূদি, ইশূ নিংথেমবু মবোক্কীদা থম্বীবম্লববা ?

— থম্লমদে মাঙ্গোলদা শান্নবি। 'অবোকবেম্মা, ঙবাং নুমিদাংগী লুকতি কমদৌবে ?' লাংতক্লনা হংলকই বাধিকানা।

খুইববা মাযথোঙদু মঙাল নাইনা নোক্লদুনা খুল্লকই লৈমনা,

— অতো, ইমৌগা ইশূগা উদ্রবদবু কনাগী লুকনো। ইমৌনা লাংলগা ঙসি ওইনা চাবা তাবেদনা।

মনেমগী খনবদা নীংঙমদবা ফাওবকই বাধিকাদু, 'ওম্তোপনিদা ঐনা খল্লম্বদুমক থোক্লেদনা ।' মপূক্লিংদা খঞ্জে বাধিকানা।

— 'অবোকবেম্মা অদুদি ঐ লুক লাংলুখিগে।' হাথু হাথু চাকশঙদা চঙখি।

মমৌগী মতৌদা থম্মোয পেঞ্জে মনেমদু, হেন্না হেন্না লুমশিল্লকই মহাক্কী মফম। লৈমগী থম্মোয নুংনাংবা রাখল অমনা কুপশিল্লকই বাধিকাগী খল্লুবদা। মহাক্কী মৈচাক অসিমক্কি লৈমনা যুমসিগী মৌ ওইনা লাকখিবা মতমদা ফংখিবা থম্মোয মৈচাক্কুসু।

খঙহৌদনা লৈমগী মীত্তা পিগী ঈনোৎ অমা কাবকই। ফুক্কৎলক্কিবা থম্মোয মৈশা অদুবু ইংথনবা পূক্কিংবু তপ্পা ফাথবগা মাঙদগী লীক্কু পবেংদু তপ্পা থাঙ্গৎলুই। মশূনূপানা মাগী নাকন্দা তুম্পক তাশিন্দুনা ফম্লম্বদু নোনখৎলকপদা উবকই, পন্থদনা হংলুই,

— ইশূ নিংথেম লাক্লেদনা, কৈদৌববগে নঙবো ?

তনহং হংলকই মশূনা,

— অবোক নঙনা কপলিবদু কবিগীনো ?

মশূগী রাহংদা ঙাইহাক চমম্লে। চম্লবা রাহংদুগী পাউখুম শৎ হেক্তা খুর্ম্নদি ঙমদে, ঙাইহাক তুমিন লৈ, তপ্পা খুম্লকই,

— কবিসু তৌদেদা, ইশূ উদবদুদা নুংঙাইতদুনা কপলিবনি।

— 'অদো অবোক, নঙনা অহল ওইবিবদো কবিগীনো ?' মবোক্কী শকফমদা মুন্না যেংলগা তনহং হংলকপনি মশূনা। পাউখুম ঙাইদনা মথং মথং হংথবকই,

— নঙগী মাযদো খুইবেকো, খূৎসু, খোঙসু।

মশূগী রাহংদা যোমোন নোক্লগা খুমই লৈমনা

— পূম্নমকসে মপু মাগী খূৎশেম্লিনে, ঐসু নোংমদি অঙাং ওইবম্লিবনিনে নঙগুম্না, ঐগী ফজববা শক-চু লৈবম্লিবনি, মতম্না পুবক্লিবনিনে ঐগীসু অহল ওইবসে। নঙসু নোংমদি অহল ওইবকখিনি, নঙসু পুপূ কাযদো ওইবকখিদোইনি।

লৈমনা মশূদা ফাগী মীনোক অমা নোক্লগা যেংলকই। অঙাংদুদি পেকম পেকম তৌনা মমাগী মনাক্তা চৎখিবমলে।

মঙাল নাইববা লৈমগী মাযথোঙ মকশিল্লকই। হন্দক্তি মহাক অমুক হন্না অইংবা ঈবোন্নুংদা লূপথবা ঙমদ্রে, থাঙ্গৎলুববা লীক্লুদু তপ্পা থমদ্রে। মতমগী অওনবনা মাগী মাঙগী মৈচাক্কু কাউহনবা ঙমখিদ্রে।

'লৈমগী মথোৎ কাবকপগী পুন্সিদু তযাং- তশোযদবা, নুং- পান অনী অচেৎপা মবী থমদুনা পৃক্লিং ৱাখলগী অচেৎপা ফীবেপ অমগা লোযননা পান্দম অমা তম্না চঙশিনখিবা মকুওইখ্রবা পুন্সি তাঙ্কক অমনি। মীকৃপ অমত্তসু পৃক্লিং ৱাখল ফাদোক্লা চৎখিবা যাওখিদে। ইনখৎলকপগী খোযবাংবা ৱাখল তপ্না ইংনা নুংদা নমথদুনা থমখিবনি। মহে- মশিং তম্বগী অকনবা শীংনবা মবক্তা ইনখৎলকপগী ইহুলবু মাযথিবা পীনবা অকনবা নুংগী লাম্থেংসু মাযোক্লখিবনি। পূম্নমক্তুনা মহাকপু নুং- পান অনীমক্তা মপৃঙ- মবৈ ফাববী অমদি ওইহনবিবে। অদুবু অদুক ৱানা শাগৎচখিবা মশাগী শকওং- শক্তম অদুগী মমলদি কনানসু চপ- চানা খঙবীখিদবে।

মহাক্কী হোৎনজমল মহৈনা স্কুলগী ওজা অমা ওইনা থবক ফংবতা ঙাযবিঙৈ মমা- মপানা হাযন- শীংনদুনা তহা- তহা লুহোংবীখি। মখোযনা পামজবা ববদা। মচাগী অপাম পামদা হংবীখিদে, মহাক্কী নুংবু কনানসু খঙবীখিদে, ৱাহং- পাউহংবীখিদে। মহাক তুমিন লৈখি, লৈবা তাখি।

লুহোংলবা মতুংদসু পুন্সিগী অশেংবা মহাও ফংখিদ্রে। মহাক্কী মপুবোইবা নিল্লোগা নুং ফাওনা শকখঙনবা মীকৃপ কৈদৌনুংদা লাকখিদ্রে। নিল্লোনা খঙলিবা উবিবা থোৎলবা তোংশানা কুপ্লবা মহাক্কী যুম্নুবেম্বীগী শক্তম খঙবদা মহাক্কী নুংবু কৈদৌনুংদা খঙবা ঙমখিদে। অদুনা লৈমগী পামজবা মহাও মহাক্না কৈদৌনুংদসু হাপ্পা ঙমখিদে। অমবোমদা লৈমানসু মপুবোইবগী থম্মোয মনুং যৌনা চঙশিল্লুদে, চঙশিনগে খনখিদে। অদুক নক্লা লৈমিন্নববসু নুংগী মবীদি থাপলি, অসুম অসুম থাপতোকখিবগুম ফাওবি। মথৌ চিল্লবা মপুবোইবগী থৌদা খুদিংমক তৌবি, তঙাইফদবা মতেঙ খুদিংমক মপুবোইবনা লৈমদগী তাল্লি। খুদিংমক নংননবা, ঙম্নবা তৌবি। অদুবু . , অদুবু কদাযদনো কবিগীনো খঙদনা লাপ্লবা অমদি অদুমক ফাওবি। ঙন্না চৎখি, থেঙনা হল্লকই, ৱা ঙাঙনৈ, হংনৈ খুমনৈ। কদাযদনো অমা তিনশিন্নবা যাদ্রি, তাইশিন্নদ্রি।

অমবোমদা যুমগী মৌ হাযবা মীংথোল অমগা লোযননা হোংলক্লিবা পুন্সিগী শক্তম, মদুগী মহাও, ম থোইদোক্লা পেন্নীংঙাই নত্তে, মসি লৈমানা চপ চানা খঙবা হৌবকই। মহাক্কী অনৌবা যুম্ফম, নিংঙোল ওইবীগী অবোইবা যাতাফম, মফমসিদা মহাকপু ওকলমলিবসে কবম্বা পৃক্লিংগী মাযওন্দনো ? মসি মহাক অহানবদদি খঙলম্বা নত্তে। কাযনথংদা খঙলকই- 'মহাক মফমসিদা মীতোপনি, থৌগলনাইনি, পূম্নমক কথোক্কদবী, পূম্নমক থাদোক্কদবী অদুনি। নৎত্রবদি, মীকৃপ

অমা ফানা মফমসিদা পল্থদুনা লৈনবগী হক লৈতে। কনানসু পীবদে নুংশিবা, পূম্নমক্না পামই মঙোন্দগী।'

মহাক্না থবায তানা খঞ্জখিবা ওজাগী শিনফমদুদা থম্মোয শেংনা কখোকপগা লোযননা মায ওনশিনবা ফাওবা ঙমজখিদে পূম্নমক্কী পেন্নবা হোৎনবদা। মশাগী অপাম- পামদগী ৱাফম পূম্নমক থাদোক্লুনা মপুবোইবগী অমদি মনেম- মকুগী থৌগল, মখোযগী অপাম- পামদগী ঈবৈদা চেন্থখি মাগী পুন্সি ঈচেল, মশাগী ৱাফম কাউশিল্লকই, মাঙশিল্লকই, নোংম-নোংমগী। মমৈদদি ৱাখল খন্দবা তমলক্লে। মতাং অসি যৌবদদি কবি অমুক হাযগনি মশাবু অমুক থিজবা ফংখিদবে, পূম্নমক মাঙখিবমলে।

*অসিগুম্বা পুন্সি, মচু লৈত্রবা, মহাও চেন্দ্রবা, শকওং- শক্তম লৈত্রবা,* মসিবু খুদোন্নবীবিবা মপুবোইববু লৈমনা ৱাবৌই, পেঞ্জদে। মপান থোক্রবসু নুংদদি ওমচাক্লবি, মসিনা ওইবম্বা যাই লৈমনা মপুবোইবগী নুং যৌনা চঙশিন্নীংলুদ্রিবা।

অসিগুম্বা তযাং-তশোযববা মবী অসিগী ফল নোংমদি অসুম্না তাববে। লৈমগী মপুবোইবা নিল্লোদু অনীশুবা নুপী অমা পুদুনা লাক্লে। নুমিৎতুদগী নুংদা লাপ্লদুনা লাক্লবা মখোয অনীগী মবক্তা পানগী মবীসু থদৎনবে। লৈমনা মচানুপাবু পুদুনা মযুমদা লাক্লে। মচানুপা বনধীববু মমা- মপা অনীমক শক্লা নাওকোল্লদুনা চীক্লা হিংবা তল্লক্লে।

অসুম্না হিংলকখিবনি মচাগীদমক। অদুবু মচা ওইবা মহাক্লসু মমা ওইবীগী মফমদা ঙসিদি মীনল্লে, থাজবা মাঙহল্লে। অদুঙৈ, অহিংদা তত্তনা ঈহৌখিবা লৈমগী পিবাংবু উবগা মচানা তত্তনা থেমজিনখিবনি, 'ইমাগী পুন্সিবু ৱাহল্লিবা, নুপীবু মমল লৈতনা লৌবা মহাক অদো ঐনা হযেং চাউবগা ইমাগী খৃত্তা শিন্নগনি।' মচাগী অসিগুম্লবা ৱাহৈদা লৈমাগী থম্মোযনা নোকচখিবনি।

অদুবু মহাক্লা ৱাখল থেনবনা বাধিকাবুসু মমাগী মবাযবক অদুদা তাহল্লবে। মসি খল্লুবদা লৈমনা মচানুপাবু ৱাবৌই খমথেংনা। বনধীবগী মপানা চৎখিবা লীচৎ, মমা ওইবীসিনা পেনখিদবা পূম্নমক্লু মচা ওইবা মহাক্তি ঙম্নমক উহৌবিবনি। খঙথ্রিবনি ৱাজখিবা, কপচখিবা খুদিংমক্তো অদুনা লৈমনা যাথং তৌখি,

— ঐগীদি লুহোংলবী ইমৌ অসি নত্তনা কনাবুসু মশক খঙদে। ঐনা লৈবিবমখৈ যুমসিদা পুশিল্লকপা যাবোই।

যাথং অসি ইন্দবা বনধীবগী মতীক নত্তে। মবমদি মপাগী মীনুংশিনা নাথৈবল্লবা মহাকপু কবিমত্তা শোত্থদনা যোক্লকখিবা লৈমগী লীংজেল অদু অখাবদসু অদুক্কী মতীক মযাক লৈ হাযবসে মচা ওইবা মহাক্লসু চপ চানা খঙই।

অসুম্না হল্লকখিদ্রে চহী ৫ /৬সি। মচাবু ফীজিদগী শেৎখিবদি কনানসু পান্বা নত্তে। লৈমসু মচাবু নুংশিখিদবা নত্তে, অচুম্বা , অফবা লম্বী অদুগীদমক অকনবা চৈবাক্কী তঙাইফদবসু লৈ হাযবসি লৈমনা চেৎনা থাজবনি। অদুনা ব্রাযেলখিবনি অসুম্না মচাবু।

ঙসিদি মচাবু যাম্নমক নীংশিংলকই, উনীংলকই। মথস্তা তপ্না শোঞ্জবকই,

— ঐগী ইচাদুবু হল্লক্লবোইদ্রা ?

মপান্দা শোম্থাংননা থাংবা খোঙথাং মখোল অমা তাবকই খঙহৌদনা। লৈমনা ফীজি চিংখৎলদুনা মমিত্তগী মপি থুনমক তৈথোকখি, অদুগা কীবকই,

— বাধিকা !

— 'ঐনি ইমা'। মপান্দগী খুল্লকপনি।

খোঞ্জেলদু তাবদা খঙলে লৈমনা, লাকলিবসি মহাক্কী মচানুপানি, মহাক্কী পুন্সি ওইজবা, মীৎকী মণি বনধীবনি। অমুকসু থাজবদি ঙমদে, মপুক্লিংদা খল্লি অশেংবা তাইবঙ ওইবল্লবদি নুংঙাইখ্রনিদা। খন্না খন্না থোঙলোমদা চঙশিল্লি। মচাগী থোৎলবা খৃৎনা মখোঙদা শোক্লকপদা খঙলে, 'তশেংনা মসি তাইবঙনি, মাঙদা লেপলিবসি মহাক্কী মচানুপাদুমক্লি।'

মচাবু মথানুংদা চেৎনা কোঞ্জে, থম্মোযগী খোযবাংলম্বা পূম্বা ঙম্না ইংথখ্রে। মচাগী মকোক্তা নুংশিনা নাল্লগা লৈমনা হাযবকই,

— ঙসিদি নঙসু মীকপ থোক্কুনা অশেংবা তাইবঙদা থুংলবেদনা।

নোংমা মপুবোইবনা মীকপ থোক্কুনা তাইবঙদা ফাওবকখিবা মীকুপ্তু ঙসি নীংশিংলকই। মীকপ থোবকপদা অদুমক মঙলাক্লখ্রে। মতম কুইববগী তুংদা লৈমগী তম্পাক্তা হেক যাতাবগা অবোইবা স্বসু হোনখ্রে। হৌখিবগী তাঙ্ককপু নীংশিংবগী নুংওনবা, লাক্কদৌবগী খোযবাংবা অনীনা পূল্লদুনা ঈপানথাগী ঈচাউগুম ঈহৌবক্লিবা পিবাংদু তৈথোক্লগা যেংখৎলকপদা উবকই লৈমনা, বাধিকানা মচাবু পল্লদুনা ফীজঙ মকুমদা লেপ্লম্বদু।

বনধীবনসু অহানবা ওইনা শক্তম অদুবু, মাযথোঙ অদুবু উবকই মতম কুইববগী তুংসিদা। ইংনা লুকক্লা লেপলি, ফীভম কাযদে। অব্রাবগী নৎত্রগা হকচিন্না নুংঙাইবগী মমি তাদে, ঈথক ঈপোক চেন্দ্রবা শকফমনি। বনধীবনা হাযবকই মহাকপু যেংদুনা,

— 'ইমাবু, ঐগী ইচাবু থাদোক্তুনা চৎলমদবসে ঐগী কযাদা লাইবক ফববনো, ঐবু ঙাকউ বাধিকা। নঙনা ঐগী মাঙলমল্লগদবশিং অসিবু কনবীবে।' বনধীবগী ইকাই নুংশি যান্নববা ৱাঙাংনি।

বাধিকাগী শকফম হৌজিকসু হোংদ্রি। মেঙলবা, অদুমওইনমক হক্লবা খোনফমদা হাযবকই,

— মসিদি ঐগী ফংফম থোকপদুনি, ইথৌদাংসুনি।

যাম্না মতীং লৈনা হাযবকপা বাধিকাগী ৱাহৈশিং তাকুবগা অঙকপা অমদি থাজদবগী মীৎযেং অমনা বনধীবনা মহাক্কী যুম্নুবেম্নীগী মাযথোঙ তম্না যেংলি। লৈমগী খুইববা মাযথোঙদনা মেঙলবা মীনোক্কী মঙাল অমা চাইথর্বক্লি। মবৌ লৈববা মীৎচিগী মীৎযেং অমনা মচানুপাগী মাযকৈ তম্না যেংলকই। মীৎযেংদুনা যৈকুবদা বনধীবগী মাযথোঙ তপ্না লৈথখি লৈমায তম্না।

হবাও মীনোক্লববা খোঞ্জেলদা কৌবকই লৈমনা,

— অবোক্কী নিংথেম, অবোক পমগে লাউ।

নিংথেমনা থোঙগী মকুমদগী চেম্ফোবক্তুনা কোল্লে মাগী মবোক্তা, মবোক্লসু কোল্লি চেৎনা মশূবু। কোক্তা কৃপ্লম্বা ফিনা নাম্ফুদুনা তাববদা লৈমগী ৱাউথাংনববা লুচিনগী শমশিংদু উবগা খঙলে মঙলাক্লবক্লিবসি কয়াদি কুইবে, মীকপ থোকপসি ঙাইবকপনি নহানমখৈ। ■

*ইম্ফাল, ১৯৯০*

# ঙসিসু লেপলি

ওজা তোমাল খুঙ্গংগী মীনি। খুঙ্গংগী ওজানি। লাইবিক হৈবা মীগী মশীং যাম্নমক লীক্লিঙৈ মতমদুদা থাক যাম্না ৱাংবমক নৎত্রবসু মযাম ওইবপ্পা থাক্কী মহৈ হৈববা মীশক্লি। মতমদুগী লাইবিক হৈববা মীওইশিং খবা হন্থবদগী ফনা যাম্না ৱাংলবা মীওইশিং ফাওবা মকুপ-মপাং ওইনা শকখঙনখিবা মকুপ-মপাং যাম্না ওজা তোমালনি। মখোযদুগী মনুংদা মশক নাইবা, অচৌবা ফম পাযবা মীওই কযাসু যাওবি। মখোয়না মহাকপু ইকাইখুম্নৈ, থাজনা লোয়নৈ, নুংশিনৈ। অদুনা মখোযনা তত্তনা হায,

— ওজা মথৌ তাবকপদা ঐখোযবু নীংশিংবিবকউ, ওজাগীনিবু হাযববদি ঐখোযনা অঙম্বা মতেং তৌজগনি।

নোক্লগা হায ওজা তোমালনা।

— কবিগী হাযবক্তনি, মকুপ-মপাং মযাম লৈবিবু, শোযদনা হাযজবক্কনি।

অদুবু নোংমতা মহাক কবিগুম্বা মবম অমা অমগীবু ওইবো মখোযগী থোঙজিন্দা লেপ্লুদে। ওজা তোমাল ইচম চম্বা লায়ববা ওজা অমা ওইনা অদুমক লৈখি। মবমদি হাযজ-চৎচবা, ৱাচৎ-ৱানোম্বা মহাক্না সুকপাম পামজদে, তৌনীংদে। অচৌবা ফম নৎত্রগা য়াম্লবা লন-থুমগী মীহৌবা, খোযবাংবা ফাওখিদে। মহাক্না পামজবদি অচৌবা মচা থিদনা মীশিংগী যাইফনবা থবক খবদং ওইববসু থম্মোয শেংনা পাঙথোকপা অসিতনি। ওজা তোমাল থবক্না অথোইবা লীচৎনি হাযবসিদা থাজখিবা মীওইনি।

মহাক জুনিযাব স্কুল অমগী ওজা মকোক্লি। ওজাগী শিনফম অসিদা কবম্না খোঙদাবকখিবগে হাযবগী অৱা-নুংঙাই যানবা ৱাবী কযা লৈ ওজা তোমালগী।

লৈকায অসি মহৈ- মশিংগী লমদা শাথিনা শোখ্‌বা লমদম অমা ওইৰম্মী। মহাক মশানা লাইবিক তম্নকখিবা অসিসু অচৌবা শীংনবা অমগা লোয়ননা হোৎনবকখিবনি। ইম্ফালদগী খবা হাইদোক্লগা কি:মি: ৭/৮ লাপ্পা মফমসিদগী ইম্ফাল তান্না হঙ্গৎ-হন্দা খোঙনা চৎলগা অমত্তা ঙাযববা মতমদুগী মহৈশঙদা লাইবিক তম্নকপগী অৱাবা মহাক্কী পুন্সিদা কাউবা ঙম্লবোইদবা তাঙ্কক অমা ওইদুনা লৈহৌববনি। মতুংগী চাবোন-শুবোন ফাওবা অসিগুম্বা খুদোংচাদবা অসি অসুম্মক মাযোক্লবা তাবকপা উবদা ওজা তোমালগী পূক্লিংদা কবিগুম্বা থবক খবা পাযখৎতবা যাদ্রে হাযবসি যাম্নমক কন্না খনবা হৌবকখি।

চাউববা থবক অমা কবম্না হৌদোক্কদগে হাযবসিদা অৰুবা অমদি ওইখি। লৈকায়গী মীওই খবদা ৱা তান্নবা হৌই। অদুবু নীংহন্নবা নত্তনা পাম্বৈদি পুথোবক্তে। অপনবা অযেৎপা হান্না চোংথোবক্লে। খুদোংচাদবা কযা থোবক্লে। অদুবু নীংহন্নখিদে, মশাদা পানখিবা খুদোংথিবশিংদু খল্লু- খল্লুবগা হেন্না থৌনা লাকই, খবদং ওইববসু থবক্তা ওম্থোক্লগে হাযবসিদি অবেপ্পা ওইখ্রে। লন-থুম কযা যাম্না লৈজদবা মহাক্নি। মসিগীসু মথক্তা হাযজ-চৎচবসু সুকহৈমক হৈনজদবা মীওইনি। কবম্না ৱাখলবু থবক্তা ওম্থোক্কদগে হাযবসিদা অৱাবা অমা ওইখি।

'পুন্সিদি চাংযেংগী লৌবুক্নি। মায পাকপা, মাযথীবা মসিনা অতোপ্পা ৱাফম অমনি।' মসিনি ওজা তোমালগী ৱাখল্লোন।

অদুনা হিংবা তাববনিনা চাংয়েং অমদি শোযদনা তৌবা তাই। ৱাবেপ লৌখ্রে মহাক। ইনা কুপ্পা মহাক্কী মমাঙ শঙ্গোইদা খাজিল্লগা লাইবিক তম্ফম শেম্লে। যুমথোঙ যুমথোঙ চঙদুনা অঙাং থাবীবক্লবা মমা- মপাশিংদা ৱা হৌদোক্লে। হবাও- হবাও পাউখুম্বীবকপা, পূক্লিং থৌগৎপিবকপসু যাওদবদি নত্তে। অদুবু ওইগদ্রনে হায়বা ৱাহংগা লোযননা থাজদবগী ইঙ্গিৎ উৎলকপনা অযাম্বনি।

নীংহন্নখিদে, নীংহন্নগনখিদ্রবা ওজা তোমালনি। তৌবগে লেপখিবদা তুংহন্না খক যেংবা হৈতবনি।

অঙাং মবি- মঙা লাক্তুনা মহাক্কী শঙ্গোই স্কুলদা লাইবিক তম্বা হৌবক্লে। থৱায় লূপ্লবা ওজাসিগী মতম্বীদা হৈত- লাক্ত যাবা নৎত্রে, অঙাংশিং মীৎশিং- নাশিংলক্লে। ঙক থাঙ্গৎতুনা যেংলম্বশিং খুনিং কাংদুনা নোক্লম্বশিং পূক্লিংগী মায়ওন হোংখ্রে। নোংম- নোংমগী হেনগৎলক্লি মহৈবোয়গী মশীং। ওজা তোমালগী হোৎনজমল মঙালগী মমী তম্লক্লে। শ্বব খজিক্তং হন্দোকচৈ মহাক, অশাংবা স্বব অমত্তং। কুইবক্লে অসুম্না লৈতাবক্তিবা ৱাখলনা। খুঙ্গংগী লমদা অনৌবা

পোবম অমা হৌদোকপসে কয়ামুক অব্রাবগী মশক্লো হায়বদো ওজা তোমালনা থবক ওইনা থেংনবা হৌবকপদগী খঙবা হৌখ্রবনি। অদুবু মহাক্লা মসিমদি থাজে, 'চাংযেং হাযবসিদা খাঙবা কনবদি তঙাইমক ফদবনি।' অদুনা হোৎনবকখি লেপ্তনা, নীংহন্নদনা।

মহৈবোযগী মশীং হেনগৎলকপা, মযামগী থাজবা ফংলকপা অসিগা লোযননা অঙাংশিংদগী যাম্না পীকখ্রবা শেনফম খবা খবদং লাকপা হৌবে। অতোপ্পা ওজা অমা নেক্কুনা মতেং পাংহল্লে। পীকখ্রবা শেনফম খবদংদু ওজা অদুদা পীবে। চহী কযা হৌখ্রে। অঙাং মবোল মবোল চৎখি, লাকই, খবা অমুক চৎখি। অসুম্না হৌখি।

পামজরুবগী মযাই হাযবসিসু অঙকপা অমনি। চহী কযা কবিগুম্বা অমত্তা ফংদনা অঙাংশিংবু তাকপী-তম্বীবকপদা মশাদা নীংহন্নবা খক ফাওখিদে। মসিগী অখাং কনবা অসিনি ওজা তোমালগী খ্বাইদগী ব্রাংবা মঙল। অদুবু ওজা তোমালগী অথোইবা লীচৎ অসিবু যোক্লিবা মীশক অমবুদি নাথৈননা থন্নম্বা হাযবসিদা চুল্লোইদবা মবমনা মীশক অসিবুসু শক্তাকপা চুমগনি। মহাক অদু অতৈ কনাসু নত্তে, ওজা তোমালগী লোযনবী চন্দ্রমুখিনি।

চন্দ্রমুখি লাইবিক হৈবী নুপী নত্তে, মমিং ইবা পাবা হৈবতনি। অদুবু লাইবিক তম্বগী তঙাইফদবা অদুবুদি তশেং-তশেংনা খঙবগুম তৌখি। লোযননা পুন্সিদি থবক্লি হাযবসিদা চেৎনা থাজখিবা মপুবোইবগী খোঙথাংদা শকক য়াবগী অপাম্বা লৈজবীনি। পুন্নমকসিগী মথক্তা খাঙবা কনবগী থৌনা লৈবীনি।

শিল্লম শিল্পাদা থব্রায লুপ্পবা নুপা অমগীদমক কখোকপা, অখাং কনবী নুপী অমগী তঙাইফদবদু ওজা তোমালগী পুন্সিনা মযেক শেংনা উৎলি। ওজা তোমালনা ইমুং- মনুং, মচাশিংগী থৌদাং পুন্নমক নাকোযনবন্নগা মশাগী শকক যাওদ্রবা পুন্সি মহিং অমগী চাংয়েংদা মাযপুনবা ঙমলিবসিদা চন্দ্রমুখিগী থৌদাং য়াম্না যাওবি। মচাশিং শেন্নবা, যোক- থাকপা, মহৈ- মশিং তমহনবা, ইমুংগী কুপনোম পুন্নমকসি হোৎনবদা ফেৎ হাইদনা হোৎনবী চন্দ্রমুখিনি। লৈত- লাযবগী মৈশা কনা খঙহন-উহন্দনা খাঙই, মেন্নবা হোৎনৈ। মপুবোইবগী মিংচৎতা কবিগুম্বা শোকখি- লাকখিনি খঞ্জবদা কনাদসু হাযজ- নিজবা তৌখিদে। কবি অমুক হাযনি, থাদক্কী মচা অপীকপদু হুন্দোক্কুনা লল্লোন- ইতিক চৎখিবা মতেক- মতেক কয়াবক্লি। মদু ফাওবদা অব্রাবগী, অশাওবগী মমি তাখিদবা মাগী মাযথোঙবু যোক্লিবা মথম্মোয়গী মশক্কু কবম্না শীংথাগনি — 'তোপ তোপ্পনি' হায়বা নত্তনা।

অসিগুম্বা চন্দ্রমুখিগী মপুবোইবা ওজা তোমালনা লৈবাক্কী, মীযামগী অঙম্বা খবা তৌবম্বা হাযবসে ঙক্লা থোক্তে।

চহী মঙাদগী তবা, তবাদগী কুন অসুম্না ফনা শাংনা হৌখ্রে। ওজা তোমালগী স্কুলদগী হৌখিবা মহৈবোযশিং ফনা যামলক্লে। লৈবাক্কী থৌদাং যাদুনা লৈবাক্কী ফম্নাইবা ওইখিবা মীওই মশীং খুৎথেকপদা ফনা যাম্লক্লে।

চহি কুনমুক্কী অৱাবা লেল্লক্লবা মতমসিদা মহাক্কী হোৎনজমনগী মহৈ ওইনা লৈঙাক্লা শকখঙবগী চে লাক্লে। লোযননা তেংবাং শেনফম ওইনা চহি চহিগী শেল খবা খবসু পীবগনি হাযবা চেবোলসু পীবক্লে।

পূম্নমকসিদা ওজা তোমালনা নুংঙাইজবিবদি অতৈ অমগী নঙে, মহাক্লা তৌজবা পীক্লবা থৌদাং খবদুবু শকখঙবীবা হাযবসি মহাক্কী থবক অদুবু মকওইবা খোঙথাং অমনি হাযনা লৌবীবনি হাযবসি খল্লুবদনি। মসিদা মহাক্কী হোৎনজমল মহৈ যাল্লে খঞ্জখি। মীওইবা ওইনা পোক্লবশিংনা ফনমক হোৎনদুনা মশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙম্লবা ফাওবদা মাগী হোৎনজমল ওইনা মহাক্কী থবকপু শকখঙবীবা পাম্বা হাযবসিমদি পূমথা থাদোকপা ঙমদবসি হৌনশা ওইবমাল্লে। ওজা তোমালসু মীওইবা ওইবনিনা মশাগী ওইজবা, মশাগী যাইফনবা ৱাখল থাদোক্তুনা মীযামগী ওইবা থবক্তা পুক্রিং লূপখ্রবা মীশক অমা ওইববসু অসিগুম্বা মীকুপ অসিদা পেঞ্জবগী মীনোক অমদি মমী তন্নি থম্মোযনুংদা।

মহাক মশানা শেমগৎচখিবা অঙাংশিংনা মীথোই মীতেন কযা ওইদুনা অৱাংবা অচৌবা মীওই ওইখ্রবসু মহাক্তি সুপ্নগী পীক্লবা খুঙ্গংগী পীক্লবা স্কুল অমগী ওজা মচা অমা ওইদুনা লৈবি। মসিদা মহাক পেঞ্জে, নুংঙাইজে, পুন্সিগী পান্দম অমদা খোঙ থাংজিনবগী নুংঙাইবনা মহাকপু চিংদুনা পুবি, নীংহন্নবা লৈত্রি।

থবক্তগী পোত্থাগদবা চহী তবেৎ নিপালদা ঙাযববা মতমদা ওজা তোমালনা লিংখৎচবা স্কুলদু লৈঙাক্লা মপূং ফানা লৌখৎপীবে। অসিগুম্বা হুকুম অসিদসু মহাক্লা থোইদোক্লা অপেনবা ফাওজে মবমদি মসি মখোযগী লৌখৎফম থোকপা খোঙথাং অদুমক থেঙলবসু থেঙনা মীয়ামগী তঙাইফদবা অদুগীদমক লৌখৎলকপনি হাযনা লৌই। মতমদুদা খুঙ্গংসিদা, মাযকৈ অসোমদা অসিগুম্বা মহৈ তম্ফম শঙ অমা লৈবা নৎত্রি। পীক্লবা খুঙ্গংসিদগী মশক নাইবা মীওই খবা পুথোকপা ঙম্লকখিবসিমক ওজা তোমালগী স্কুলসিগী মপান্দগীনি। কবিগুম্বা ওজা তোমালনা অসিগুম্বা ফিবেপ অমা লৌদুনা খোঙফম অসিমা শেন্নমদ্রগদি খুঙ্গং অসিদা অনৌবা ৱাখলগী মশেক মঙাল খবা ফাওবল্লিবসি ওইথোক্লমদবা যাই।

ওজা তোমাল পেঞ্জখিবা অশেংবনি। ব্রাচৎ- ব্রানোম, শেঞ্জা-থুজাবু যেংথিখিবা মহাক্নি। মহাক্কী মকুপ মপাং অচৌ অশাংশিংদুনা তবাম্না কৌবিবা মহাক্নি। অদুবু কনাদসু হাযজকদে, নোনজকদে। পুম্নমকসি তৌরুদনা লৈঙাক্না অসিগুম্বা খোঙথাং অমা লৌখৎলকপসি অচুম্বা খোঙথাংনি খন্দুনা ওজা তোমাল নুংঙাইজবি। মহাক্কী হোৎনজমল ফংলে খঞ্জবি।

থবক্না লাইনীং ওইজবা, থবক্না পুন্সিনি, থবক্না লাইনীংগী অথোইবা লম্বেলনি হাযবসিদা পূক্লিং লূপ্লবা ওজা তোমালগুম্লবা মীওইশিংগী পুন্সিদা খুদি কযাসু থিদবা নত্তে। শকখঙবীবা কনানা মখোযবু ব্রাংনা থাঙ্গৎতুনা শীংথানবী, মখোযবু ইকাযখুম্নে। শকখঙবীদবা কনানদি মখোযগী নাপলগী মথৌ শঙফম, ব্রাইফম- থেংফম ওইনা খল্লদুনা মূরুবগী ফীভম থোক্তবসু নত্তে। মদুমক ওজা তোমালদসু থোক্লে।

ওজা তোমালখোযগী এম এল এ দু নহা ওইবিবা মহৈ মশিং মযায ওইবপ্লা থাক্কী মীওই অমনি। থেংখাং অমুক- অনীবকসি ভোট কাদুনা থৌদাং পাযবিবনি। ভোটকী মতমদা যুমথোঙ- যুমথোঙ চঙদুনা ভোট নিবা লাকপদা ওজা তোমালগীদা থুংলৈ। ওজা তোমালদা খুকমদুনা হাযজবদা লৌথুপ লৌকোয লৈতবা ওজা তোমালনা হায -

– নখোয নহা ওইবিবশিংদা ঐখোয়না যাম্না থাজে। অচুম্বা, অশেংবা খবদি তৌসি, তৌবকউ। নৎত্রবদি লৈবাকসি, খুন্নাইসি ওম্বোকপা ফীভম অমদা তাখিবা তাবে। শেঞ্জা- থুমজা, কবপসনগী হূনা লুতোন যৌববা ঐখোয়গী খুন্নাইসিনা পুবক্কদৌবিবা চহি যাঙ্খে - চাম্মগী মতুংদা লাক্কদৌবিবা খুন্নাইদুগী শক্তমদি অকিবগী মশক ওইগদৌবিবনি। মসি নহা মীহুৎ নখোয়না চুমথোক্লম্মু, শেমগৎলম্মু।

নোল্লুক্না খুম্লকই মীবেপ অদুনা,

- ওজানা তাকপীবিবা পুম্নমক অচুম্বনি, ঐখোযনা চোংথোকচবিবসু মদুগীদমক্তনি,অঙম্বা খবদি শোযদনা শেংদোক্লমগে খল্লি। অহল- লমনশিংনা চানৎ ধা নত্তনদি ঐখোযনা কবিসু ঙমজবা নৎচদে। ঙম্বা ওইজগে, পীনবিযু।

মতীং ফুদোক্লবা নহা অমগী খোনফমদা মথৌনা লৈনা হাযবম্বনি ওজা তোমালগী মাঙ্গোলদা।

মীখল লোইখ্রে, মাযসু পাকখ্রে। ওজা তোমালগী লমগী মীহুৎনা মহৈ-লোইশঙগী মিনিষ্ট ব ওইখ্রে।

ইকান- কান্নদনা ওজা তোমালগী থবক মফম হোংবগী চে লাকই। ইংনা তপ্না লৈজবস্না ওজা তোমাল ইঙক ঙকই, থাজকদে। মহাক্তি লৈঙাক্কী মখাদা ওজা ওইবগী তযাং- তযাংবা হৌজিকসু ফাওজদ্রিবনি। ব্রানা নংনা লিংখৎখিবা মহাক্কী মহৈশঙগী অব্রাৎ- অপাগী মবমদা ব্রাখল কোকথোং পুবিবনি। খল্লিবনি জুনিযাব স্কুলগী থাক অসিদগী যামদ্রবদা হাযস্কুলগী থাক ফাওবদং পুখৎনবা হোৎনবমগে।

চৈবকসিদা তহা-তহা মহাকপু চীংদা, চীংগী স্কুলদা থবক তাকুনবগী ব্রাবোলচে লাকপদা ইঙক- ঙকই, খল্লুই কবিনো তৌবিবসিদি। খল্লকই, ব্রাববসু ব্রানা লন্নাইগী ওইদুনা লৈবস্নদুম ফবস্নজাৎনি। লৈঙাক্কী ওইখ্রবনিনা মখোযগী যাথংসু ঙাক্তবা যাদবা ওইববে। পান্দম অমগীদমক তৌজবস্না, লৌখৎজকবা থবক থৌবমদা মায ওনশিন্দুনা লৈবিঙৈদা অসিগুম্না যাথংগী ব্রাফম অমা হাইজিল্লকপসি ওজা তোমালগী ব্রাখল খজিক নুংনাংবা ফাওবকই। অদুবু ঈশিং ইবেল অতপ্পগী থম্মোয চেনবা ওজা অসিনা তপ্না ফাথৈ, 'ফবে মতাং চাবা শোযদনা লাকখিগনি।' ব্রাখলসিগা লোযননা মতম শাংনা শেন্নজবস্না লৈকোলমক্কা চাংদম্লবা যাববা মহাক্কী মহৈশঙদু থাদোক্কল্লে, পোৎয়োম পুদুনা চীংদা চৎখ্রে।

মপূং ফাহৌদ্রিবা মহাক্কী লৈকোল অদুগীদমক নুংনাংবা ফাওখি, পাউ লৌখি কবি কবম তৌবি হাযবা। ফনমক ওইদুনসু ওজা তোমাল ওজাদা ওজানি, ওজাগী শিনফম্বু থব্রায- হকচাং যাওনা পামজখিবা। অদুনা মফমদুদসু চপ চাবা থৌদাং পাঙথোক্লবা হোৎনখি। মফমদুদা লৈবল্লিবা পুন্সি মহিং, চাউখৎ- থৌবাংনা নাথৈবল্লবা, শোখ্রববা চীংমী অঙাংশিংদুগীদমকসু কবিগুম্না খবা তৌফম থোকই হাযবসি চপযুংনা খল্লকই। অদুনা হান্নগী হান্নগুম যুম-কৈ, নুপী-অঙাংগী থোইনা ব্রাকবা তৌদনা মফমদুগী অঙাংশিংবু তাকপী-তম্বীবদা পূক্লিং লূপশিনখ্রে। লাইবিক লাইশুখক্তা নত্তনা কবম্না অপাকপা ব্রাখল মীৎযেংগা লোয়ননা খুন্নাইগী থৌদাং যাদুনা হিংবা ঙমগদগে হাযবা অসোমদসু মীৎযেং হাপ্তুনা থৌবম কয়া পাঙথোক্তুনা যাম্লমক হৈনীংনা চঙশিল্লক্লে। অদুবু মবক- মবক্তা ফাওবকপা পূক্লিং ইথিলনা মহাকপু মহাক্কী স্কুলদগী লাপ্না পুথোকপিবক্লিবসি কবিগীনো হাযবা নাশোন্নবা ব্রাকৎ অমখক্তি থম্মোয়নুংদা ফাওবক্লি। তশেংবদি মসিগী মবমসু লৈতবদি নত্তে। থৌশাগন্দবা, য়েংশিনগন্দবা, তৌগদবা থবক অদুদতা মীৎয়েং থমদুনা লৈবা মীওইশিংদা মসিগুম্বসি থোক্কল্লি। মদুনি ওজা তোমালদা থোক্লিবসিসু।

ওজা তোমালগী লৈকাযদা ইনাকখুনবা , লন-থুম যাম্না লৈবা নুপা অমা লৈ। মহাক্কী মমিং চন্দ্র কৌই। চন্দ্রদি ওন্থোকপা মখলগী মী অমনি। মপা-মপুনা থন্নম্বা লম খবা কাযদুনা লল্লোনবদা মতা চাকদুনা শেল পায়বা মীশক অমা ওইবকপনি। মহাক লাইবিক হৈতে, অফ-ফত্ত খঙদে। মাগী হাযববু লন-থুম অদুতনি। মসিনা মহাক্কী নাপলগী হৌবকফমনি। অদুবু শেল-পায়বা, ইনাক খুনবা মাবু মীশিংনা শীংথানদে, ইকায়খুম্নবিদে। মদুগী মহুত্তা লায়ববনা পৎ তৎপা পীকখ্রবা ওজা তোমালবুদি খুন লৈকাইনা পুম্নমক্না ইকায খুম্নৈ, মহাক্কী মফমদা নোল্লুক্না চৎনৈ। মসিদা মহাক য়াম্না নুংঙাইতে, মসিগী ৱাখলদা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা নুংনাংবা ৱাখল অমা মতম চুপ্পদা ফুমদুনা লৈ। অদুনা মহাক্না তত্তনা খনখি ওজা তোমালগী মাযথীনবা, মহাক্কী মিংচৎ মযেং তানবা।

ওজা তোমালগী মিংচৎকী হৌবকফমদি পীক্লবা স্কুল অসিনি হাযবা মহাক খঙই অদুনা স্কুল অসিগা মহাক্কা শেংতোক্লবা তাই। ৱাখলসিনা মাঙদা থল্লগা থৌবম থৌবাং খনবা হৌখ্রে। ঙমদ-লাক্তবা চন্দ্র নত্তে, খনখিবা ৱাখল অমবু মপূং ফাদনা তোক্তবা মীতানি মহাকসি। খনবু খল্লবদি থোকঅবা অমা লাকই হাযবদু মঙোন্দসু থোকখ্রে।

নোংমা চন্দ্রগী মচেনা পোকপা মমাকনুপা চাউবদু চন্দ্রগী মনাক্তা লাকই। শেঞ্জাও পাযবা, ৱাচৎ-ৱানোম হৈবা মহাক্কী মাম্মগীদা চাউবনা লাক্লিবদু ইচম - চম্না নত্তে। তৌবা ঙস্বা, খনখিবদা হনবা লৈতবা মাগী মাম্মগীদা অকবা ৱাফম অমা তান্নবা লাক্লিবনি। চাউবনা ৱা হৌদোকই,

– মামতোন, ঐগী থবক মফমসি হোংদোক্তবা যাদ্রে, চীংদা সুম লৈবসিনদি ঈমাংদা মাঙজখ্রে। নহানমখৈ মী মহুৎ থাবা যাবিঙৈদুসু নৎত্রে, কনাগী লৈঙাক্ত নত্তনা মহৈবোয লূপসু যাওনা যেংশিনবগা থিজিনবগা তৌবদা চৎতবগা যাদ্রবনিনা থিকা খবা খবা তৌবদুসু যাদ্রে, সোমদা পুমতৎ-তৎলে। ওজা মচাসিগী শেনফমসিনবু কৈদৌনদোইনো হৌজিকসিদা।

– 'উম, য়াম্না লুববনি, অদু নঙনা পামলিববু কবিনো, মিনিষ্টবদা হায়মিন্নসি সিবা ?' চন্দ্রনা হংই।

– মান্নি, মামতোনগদি খঙন- চান্নবদুদা খবা চঙমিন্নসি হাযজবনি।

খঙন-চান্নবতা নত্তে, হকচিন্ননা লোযনবিবনি। অমনা অমগী চৈঙাক্লি। ভোটকী মতমদা অবৈবা শেল হৈথদুনা মতেং পাংলিবনি চন্দ্রনা অদুগা মদুগী তৌবিমল খঙবা ওইনা কাববা মতুংদা অচৌ- অচৌবা থিকা, কন্ট্রেক্ট পীবক্লিবনি। চন্দ্রনা হায়কবা ৱাফম মানা খক হিক্তোক্কদবা লৈতে, মসি চন্দ্রনা খঙই।

মতাং অসিদা মহাক্কী ব্রাখলদা অনৌবা লংজিল অমা চিংথোকপা হৌবক্লে। অনৌবমক্তি নত্তে, চিংথোকফম খঙখিদ্রবা মাঙগী লংজিন্নি। মমাক চাউবগী থবক মফম হোংহনবগী ব্রাফম লাক্লবদা ওজা তোমালবু মমিত্তা উবকই। চাউবগী মফম হোংদোক-হোংজিনগী থৌশিলদা ওজা অসিবু ইল্লগে খনখ্রে।

মতম কুইনগী মমাঙদগী যৈখাযনীংদুনা লাকখিবা ওজা তোমালগী মবাইবক চন্দ্রগী খৃত্তা তাববে। চীংনুংগী স্কুলদুদা লৈব্রবদা মহাকপু খুঙ্গংগী কনানসু অমুক হন্না মতীক মগুণ শক্লববোই। ব্রাখল অসিনা লমজিংদুনা থিন্দনমক থৌবম পাযখৎনবা মিনষ্টি বগী মনাক্তা চৎখ্রে।

চাউববু মশক তাক্লদুনা হায,

— মহাকসি ঐগী ইমাক্লি, ইচেনা পোকপনি। কুইবে, চীংদা লৈবক্লিবা, মহাকপু তম্পাক্তা অমুক্তা চিংখৎপিদবা যাদ্রে।

চাউবদা যেংই মিনিষ্ট বনা, হাযবকই -

— যাম্না নহা ওইবি, খবা লৈখো কৈদৌগে, হৌজিক - হৌজিক্তি চীংদা ওজা ব্রাৎপগী ব্রাথোকসু যাম্না চাউনা লৈবিবনি। তাঞ্জাসিদা ওজা হোংদোবকপা হাযবসি মতাং চাদে।

মবক থৎতুনা চন্দ্রনা হাযবকই,

— সাব, অদুগীদি শিন্দোক- শিঞ্জিন তৌনবা যানিদা, মাগী খবা যেংবীদবা য়াদবনি।

ব্রাখল ঙাইহাক্তং খল্লগা মিনিষ্ট বনা খুমই,

— ফবেনে, অদু ব্রা কাযদনবা মহুৎ শিনখিনবদুদি নখোযনা খল্লগা তৌবোনে . ।

মতাং চাবে খন্দুনা চন্দ্রনা খুদোম্বী থিল্লি ওজা তোমালদা,

— ওজা তোমাল অফবা ওজানি, লাইবিক তাকপদা থব্রায় লূপচবা, মা থাববদি চীংদসু থোইদোক্লা পাম্লনি, মাবু হেক্তা থাবগা লোইবে।

— ‘কনানো ওজা তোমাল হায’দি ?’ মিনিষ্টবনা হংই।

— ঐখোয লৈকাযগী জুনিযাব স্কুলদুগী ওজা মকোক্তো, মহাক থাবনা খ্বাইদগী ফগনি।

— হাযবিসিবু, অহল অদুদি লৈকায়গীদমক্তা যাম্না থব্রায় হকচাং যাওনা হোৎনজবদাইনে ? মাবু থাবদি ফত্তেদা, তৌনুসি।

— যাম্নদি ফৈ, অদুবু ঐখোযগী মীসু নত্তবা মাবু কন্দুনা থল্লগা কবি কান্ননি। অদুগী শরুক ঐখোযগী মী ওইবা, ভোটতসু কান্নগদবা নহাশিংসি চিংশিনবনা ফৎত্রা ?

— 'কবি মাবু ঐগী মী নত্তে হাযবা !' ঙক্লা হংলকই।

ওজা তোমালনা থম্মোয শেংনা হাযবকখিবা, শিন্নবকখিবা থৌদাং ঙসিসু নীংশিংলি মহাক, অদুবু অমুকসু খল্লকই, চিংনবকই। ভোট মমাঙদা লমসিগী মীচমদগী হৌবগা মশক নাইবা মীওই কযা কযা মাগী যুমদা লাকখি। লাকখিবা খুদিংমক খৃৎ হাংনা নত্তে। পূম্নমক্তুগী মবক্তা ওজা তোমাল কৈদৌনুংদা যাওবকখিদে, মহাক লাকখিদে মফমসিদা। অদুনা খল্লুদবা ঙল্লক্তে চন্দ্রগী ব্রাফমদু, 'মাগী মী নৎত্রববা ?'

অদুনা খুল্লকই,-

— ফবে, নঙনা থোকপা শিনখ্রো।

অসুম্না হোংখি ওজা তোমালগী পুন্সি তোবৈ। মহাক্লা নীংজখিবা হায- স্কুলগী মঙলান মঙফাওনখিদ্রে। চীংগী স্কুলদা চীংমী অঙাংশিংবু থব্রায যাওনা তাকপী তন্বীবদা লুপখ্রে।

হৌজিক্তি ওজা তোমালদু ব্রাখল ফাথবদুনা কাউথোক্লবা হোৎনবে অদুবু মহাক্লা শাগৎচবন্বা মঙলান অমদি মঙফাওনখিদ্রে খল্লুবদা, হেক হেক নুংনাংবদি ফাওবি। মবক- মবক্তা যুমদা থোবকপদা যেংলম্মী। মহাক্কী লৈকোল। মহাক্কী মবন্নাইগী পুন্সিগীদমক শেমগৎখিবা নত্তে, মতমগী তঙাইফদবনা মবম ওইদুনা শেমগৎখিবনি মীযামগীদমক। মপূং ফাহৌদবসে পেঞ্জদে, মৈশা লাংলি পুক্রিং।

চহী তবেৎ / নিপালগী মতুং, থবক্তগী পোত্থাদুনা যুমদা হল্লকই ওজা তোমাল। মবক- মবক্তা উখিবা মহাক্কী স্কুলদা যেংলুই, ঙসিদি খঙশোক- শোকচিল্লল্লে। ইচীক- চীক্লা, ইতাক তাক্লা উই। ওজা, মহৈবোয় ইউ- উদে। ফক্লাংশিং ইহো- হোবি। লৈঙাক্লা পায়খৎপা থবক থৌবম কযানা খুঙ্গংগী মহৈলোইশঙশিংবু শেমগৎ- শাগৎপগী থৌবম থৌবাং কযা'ম পায়খৎলক্লবসু স্কুল য়ৌদনা মবক্তা হাইহৎখিবদগী ফীভম শোক্লবা স্কুল কযা কয়া উবক্লে তোমালনা। স্কুলশিং অদুগী মবক্তা মহাক্লা হৌদোকখিবা স্কুল অসিসু অমা ওইদুনা লৈবল্লে

খঙলবদা থম্মোয় ফুক্না তেংথানিংলুই। খোঞ্জেল থোকপদি ঙমদ্রে, লাকচৈদা হায়না নুংদা তকসি শোল্লদুনা মযুম মায়কৈ পাংলক্লে।

থবক্তগী পোত্থাববা ওজা তোমাল ব্রাখলদগী পোত্থাবদি ফংদ্রি। মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙাবদুনা ব্রাখল খল্লি, মাঙগী তুংগী। তেক-কাযববা, মহৈবোয় লৈত্রবা স্কুলগী শক্তম্মা মীৎমাঙদা হেক-হেক ফাওবকই ব্রাখল মবক্তা। অশাংবা নুংশা ফুযনা হোন্দোবকই, ওজা তোমাল, পাঙ্গল থোকপা যাদবগী, পান্বৈ লৈতবগী নীংঙমদবা স্বব।

মহাক্না খঞ্জখিবসি মহাক্কী খুঞ্জাশিংবুনি। মহাক্না ব্রাজখিবসি মখোযতগীনি। ঙসিসু খল্লি, ঙসিসু ব্রাবি মখোযগী।

পৃথিবীদা অচৌবা ঈহৌ কযা লাকখ্রে, ঈথক ঈপোম কাবকখ্রে। মদুনা তপ্না তপ্না শন্দোবক্তুনা মালেমগী মফম কযাদা অচৌবা অওনবা কযা কযা লাকখ্রে, চাউখৎপগী অনৌবা ফিজোল হোংখ্রে। তাম্না শন্দোবক্লিবা ঈথক ঈপোমশিংদুনা অসিগুম্নবা মালেমগী চীদায অসিদা যৈববিবা অসিদি সুপ্নতগী মমিংতগী ওইবা শাফু অমখক্লি। ব্রাখল্লোন্দা মদুগী ইথিল খবদি ফাওববে হাযবসিদি খবমখৈ উবে, মতম অমদা কন্না হৌদোক্তুনা, থেমদুনা মহৈ তম্ফমশঙদা অঙাংশিংবু পুবকখিবদো ঙসিদি নুপামচা নুপীমচা কযানা অফবা অহেনবা মহৈশঙদা তম্মনবা মশা মশানা হৈনীংনা লাপ্পবা মফমশিংদা চৎনবি।

অওনবা, চাউখৎপা খুন্নাই অমগীদমক অনৌবা স্কুল, কলেজ যুনিভর্সিটি কযা কযা হাংলে। অদুবু মফমসিদদি মদুগী চপ-মান্নবা খুদোংচাবদু ফংদ্রি। হাযবিবসি মফমসিদতা নত্তে, অযাম্বা খুঙ্গংশিংগী শক্তমদি মসিনি।

ওজা তোমালগী ব্রাখলনা পোত্থাদনা খল্লি পুম্নমকসি। তেক-কাযববা মহাক্কী স্কুলনা মীৎমাঙদা হেক-হেক চোংথোবকপা খুদিং মঙফাওনখিদ্রবা মহাক্কী মঙলান অদুসু তত্তনা মোংলৈ মহাক্কী থনুংদা। লোয়ননা যেংলুই মহাক্কী অকোয়বদা। ঙসিসু উবকই অনৌবা শক্তম খুঙ্গংদুগী।

মতমগী অওনবনা পুবকপা অনৌবা ব্রাখল মীৎযেংনা মচু লোক্লে মখোযগী পুক্সি, অফবা মহৈশঙগী মঙলান্না পুমনোম নোমখ্রে মখোযগী থম্মোয। অদুবু কদায়, খেন্নবা কযাদি চোংথোবক্লি মখোয়গী মবক্তা। ইম্ফাল মযোলদগী লাপ্পদা নত্তনা শেনমিৎলোন্দা হৌজিকসু ফগৎপা লৈত্রি। ফীভম ফববা মখোয় চাম্মগী মনুংদা তবা, ময়ায় ওইবপ্পনা চাম্মগী মনুংদা কুম্ন্না অদুদগী তশেংনা শোত্থবিবনা চাম্মগী মনুংদা হুম্ফু ওইবি। অহানবা কাঙলুপশিংদুদি চৎনবি অনানবা গাড়ী বস,

ভেন তোংদুনা অচৌবা স্কুলদা। অনীশুবা কাঙলুপনা থংনবা খুলগী খবা ফবিবা স্কুলদা চৎনবি, খোঙনা নৎত্রগা সাইকলনা। হুমাং তপ- তপ তাবমখৈ চৎনবিবদু যেংই ওজা তোমাল। লাইবিক খাউ ফাওবা লৈবা ঙমদ্রবা মখোয খবা চৎলি লৈকাযগী শেগাযববা স্কুলদা। ওজা লৈতে, থেঙনা লাকই, লাক্তবসু যাওই। কবিগুম্বা মতমদা নুংথিল চানবা চাক পী, চাক্কী মহুত্তা চেঙ ওইনা পীবকপসু যাওই। চেঙ মযোম পুদুনা অঙাংশিংনা হল্লকপদু থম্মোয কাযনা য়েংই ওজা তোমালনা।

অশাংবা স্বব অমত্তং ফূইনা হোন্দোক্লগা খল্লকই, —'চহী হুম্ফূগী মতুংসিদসু ঐখোযগী ফীভম মসিদা লৈবি।' নুংনাংবনা লৈতাবা ঙল্লক্তে। খল্লকই, 'হৌজিকসু অকনবা লাঞ্জং অমগী তঙাইফদবা লৈবি।' ৱাখলসি কন্না ফাওবকলি ঙসিসু চহী হুম্ফু লাম্থোবক্লবা ওজা তোমালদা।

পাম্বোম মমাঙঙৈগীদু নৎত্রে, চোকথববনি হৌজিক্তি, পাঙ্গল হল্লবনি তশেংনা, লোযননা চৈঙাক ওইবম্বী মহাক্তুসু লৈখিদ্রে, কুমওন অমা ফাখ্রে। নীংঙল্লক্তে, পুন্সিগী অৱা- নুংঙাই কযা তান্ন- তীক্ল লেনমিন্নগদবা কোঙ্গাই নাথৈখ্রবনি, পোৎলুম পুম্নমক ননশিনবীদুনা মকোক মথক্তা, লাম্থেংনহনখি পুন্সিগা, ঙসিদি নীংঙল্লক্লে তশেংনা। নীংখাযম্রবা মঙলান, মদুনা অমুক হেন্না মৈশা হাপ্লবে। — অদুবু পুম্নমক্তু ওইদুনসু হিংলিবা ফাওবদি লেপ্পা য়াদে, থবক্লা পুন্সিনি, লাইনীংনি।

ৱাখলসিনা তূন্নুববা 'পূক্লিং নোংশা' অমুক নৌনা যাকাইবক্লে। ঙসিসু হল্লমদ্রি নুংগী লিংজেল, পানগী পাঙ্গল মযেং খজিক তাখিবতনি। নুংনা ফুক্কৎলক্লবদা পানগী অশোনবদি মবোমদোম মাঙজখ্রে। অনৌবা লন্নাই স্কুল অমা লিংবা হৌবে। অদুঙৈগী থৌনা মীযাম্না থাজখিবা, মীয়াম্না নুংশিখিবা মহাক্লি অদুনা কুইনা চঙখিদে অমুক শেমগৎলকপদা। তপ্না তপ্না চাউখৎলকপনা অৱাবা কযা লেল্লবা তুং মহাক্লা মঙজখিবা হায স্কুলগী মঙলান মঙফাওনবা হৌবে। তম্বা ফংলুদ্রবা শোত্থববা ইমুংগী অঙাংশিং মহৈ তম্বা ফংজবগী নুংঙাইবা মীনোক্লা ওজা তোমালগী পুক্লিংদা যৈববি। কযাদা ইংলবা লৈনমনো অৱাবা থবক্কী মহৈসে। মমা মপাসু, অঙাংশিংসু হবাওনবি, নুংঙাইনবি।

অনৌবা পুন্সি মঙলান্না ঙাম্থোক্লবা মাযথোঙশিং পুবদুনা অঙাংশিংনা অনৌবা মহৈশঙদা লাক্লবিবদু উবগা অইংবগী ঈবোন্নুংদা লুপথবকই। মপুং ফাখিদ্রবা মহাক্কী লৈকোলনা ঙসিদি অনৌবা শক্লোন্দা ফুদোংলবি।

অঙাংশিংনা পুল্লপ- পুল্লপ নোক খেনা , হবাও তয়াম্না মহৈশঙগী মায়কৈ পাংনা চংনবিবদু য়েংলদুনা লেপলি ওজা চাউবদু উ য়ুংবগুম মহৈবোয লৈত্রবা অহাঙবা স্কুলগী থোঙজিন্দা। ■

*ইম্ফাল, ২০১৩*

# চৈনাখোলগী চৈনা

যাওশঙগী মী চিল্লবা খ্বাইবম্বন্দ কৈথেল পোৎলক্তা যাম্না ৱানা চৎপা হোৎনবিঙে তাঞ্জা অদুদনি, মনিমচা শ্বাই লাউখি উকবদা শক্তমদু। নুপী কৈথেলগী যুম্বী মকম অমদা শৎ লৈশিল্লি ঙাইহাক্তং, হাযফম খঙদনা থম্মোয মিহুলসু চোংখি ফাথবা ঙমদনা। তপ্না ফাথবগা হাইফেত্তং য়েংলুই মাযকৈ অদোমদা। উবকই লোযনবিবী নুপীদুগা নোক-খেদুনা চৎখিবদু। মফম খঙদবা নোংলৈ অমা হৌবক্তুনা মশাদু তনিক তনিক্লকই। লাইবক্তা হুমাং মবীক খবসু কাবক্লি।

– কবি তৌবগে পবপ পবপ চৎখ্রগা কৌবগা অমত্তা তাদনা লেপলল্লিসিবো ?

মপুবোইবা মঙ্গিনা কৌবকপদা ৱাখল খঙতা তাবকপগুম তৌই। কবিসু থোকখিদবগুম শেমদুনা খুম্লুবি।

– মী চীনখ্রবসিদা তুংদা সুম লৈথবীহৌবিদুবো কৈদৌবগে ?

– য়েংলিবনিদনা ঐসু কবি কবিনো অহোং-অচাউ।

– নত্তে, মীবকসিদা ওম্থোক্লা ৱাখ্রে, কুম্মৈ মতমসিদা কবিমত্তা হেক হোঙলবোই। অদুগী শরুকপুদি লৈগদবা লৈবগা খবা থুনদুম হন্নবা তৌসিসে।

ৱানা ইন্ন-খোৎনববা তুংদা পোৎ লৈবা লোইদুনা মখোযবোম য়ৌবা পেসেঞ্জব বসতু থিদুনা ‌‌‌খৎমিন্নবে। চিল্লবা গাডীদু লেংঙম-শাঙমদনা থৌবা হৌবে। মনিমচাগী থম্মোয় ঙসি নৌনা অনাবা ফাওবক্লি-'কবিনুংগীনো ঙসি লম্বীদুদা চৎলুবিবা, য়েংবদা ৱাববা শক্তমদু উনববা ? মখোয চৎখি নোক খেদুনা, কবিসু থৌশাদনা, উকবা ঐতনা মৈশা লাংহৌবি। ঙসি কুইববগী তুংদা সুকথা হেক থাজদনা থেংনকবিবা কবম্বা পৃংফমনো', ৱাবৌবকই মথন্ত।

অসুক কুইবসে খল্লুই মহাক্কী থম্মোয়গী চৈনাদো কোকখ্রে হায়না। অদুবু ঙসি উকৈঙে মতৌশিংদো শোকখিবা দাকফমদা নৌনা ঈখেং থোক্লকপগুম ফাওবক্লি।

নুমিৎ অদো.. ঙসি মহাক তশেং তশেং নীংশিংলক্লে নীনফুং নীনফুং ঙাঙনবম্বা ব্রাবীনা অচুম্বা ওইবক্কুনা মপুবোইবনা নুপী অমা পুদুনা লাকখিবা থৌদোক্তো। মীকুপ্তুদা থম্মোয়, ব্রাখল মশীং খঙদনা কাযখ্রবনি। মশাবু অমুক হন্না থিজবা ফংখিদ্রে, মঙলান ওইখ্রে পুন্সি খোঙচৎ। থাজবা, নুংশিবা পূন্নমক মাঙখ্রবদা ব্রাহন্থোক লৈত্রবা যুম্বান পুন্সিদুদগী নাথৈবগে খল্লকখি। ঙন্নমক লংশেক্লন্নগা মহাক লাকখি সুপ্নগী পীক্লিবী মচানুপীখক পুবগা, মপামদা লৈবখি। মতমদুদা ফাওখি তাইবঙপানসিদা মীগা মীগগী মবী হাযবা অমা অমুক লৈবা নত্তে, ঙাইহাক ঙাইহাক্কীনি। খনখি পূন্নমক অবেম্বনি, ওইদবা ঙাক্তনি।

থাজবা মাঙখিবা মতমদা ওইখিবা মপূক্লিংগী ফীভম, নুংশিবা লৈত্রবা মতমদা ওইবিবা থম্মোযগী মশক ... কবি ওইখিবা ! অমুক হাযকুবগী কান্নবা লৈত্রে, ইহাঙ- হাঙলবা, মচু লৈত্রবা তাইবঙ অমা মীৎমাঙদা তনিক তনিক লেপখি। কযা ব্রাখিবা মতমদুদা মনিমচানা। হিংনিংবগী অপাম্বা পূম্বা মাঙখি। কবিগুম্বা মহাক্কী নুংশিজববী 'পিন্তু' অসিমক লৈবমদ্রবা মহাক হিংদুনা লৈবন্লোই। থাজবা, নুংশিববু শকখঙদ্রবা মপুবোইবনা লম্লানবী অমবু যুমদা পুশিল্লকখিবা নুমিত্তুদা ব্রাখল লৌশিং পূম্বা মাঙখিদুনা লৈমাযদা হাইথখি মহাক, অদুগা নুমিৎতুমক্তদা মহাকপু লাযকন্নবিবা ফমুংদগী হৌগৎতুনা লাকখি, পন্থবমদনা। হিংলকখি পুন্সি মতেক খবা মশানা মশাবু কাউজবা মওংদা।

মপামদা লৈবা মহাক্কী পুন্সিদো ফনা নুংঙাইবা পুন্সিনি হাযবা যাই। মবাযবক্কী খন্দুনা লুনা চান্না তৌখি পূন্নমক্লা। অদুবু মহাক্কী পূক্লিংবুদি ইংহনবা ঙমখিদে। অশাওবা, পেন্দবা, কল্লক- খম্বল মৈবীনা লেপ্তুনা চাকখি মহাক্কী থম্মোযনুংদা। পি শিম্থখি, মীৎলুদসু, থনুংদসু।

মৈচাক্কী মমি মহাক্কী মাযথোঙদা তাবিবদু কবম্না লোৎপা ঙমগনি। পূন্নমক্লা উই, খঙই। অদুবু কোকহনবদি ঙমদে, ব্রাহৈখক্লা থেমজিনবা নত্তনা।

ইবোচৌবনা মী থাবকই মনিমচাবু কৌবা। অদুবু চৎত্রে মনিমচা — 'ঐখক্কী ওইজবা মহাক্কী অদুগা লম্লানবী অমবু ঐখোয'নিগী মবক্তা ! মসিবু মহাক্লা কবম্না ঙল্লিবনো ? ইবাৎচফম্নি খন্না লাৎচকুবগী মহৈবু মসিবা ? কয়াদা ঙল্লিবা মাগী থম্মোয, খজিক্তং ফাওবা খম্থদবা, মীকুপ'মত্তংসু নীংঙমদবা ফাওদবা। অদুদি

কবিগী নীকখিনি মফমদা মীনুংশি, কবিগী অমুক য়েৎলুখিনি। য়েৎলবোই অমুক কংখ্রসনু পুক্সিসিমা।’

মসিনি মনিমচাগী থম্মোয়গী নিংঙাই, মপূক্লিংগী ব্রাশক। মনিমচাগী ব্রাবৌবগী চাং নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লে, ‘তাঙলবা, চেৎলবা অসিগুম্বা লীপূন, মসিবু হেক্তমক শেমগৎপা যাব্রা ? থদৎনীংবা মতমদা হেক্তসু থদৎপা ! মসিবু হেক্তমক ওইথোক্লবদি তাইবঙগী ফজবনা কদায়দা ? কয়াদা তবাইনা লৌবমলিবা মহাক্লদি।’ খল্লুবদা মনিমচা মীৎলুদগী পিনা ঈপোম্নবক্লি। মপাউ তাববসু খোযশাওনৈ, তাদ্রবসু তানীংই। মমৈথংদদি কাউথোক্লবা হোৎনবক্লে।

ঙসিদি অমুক নুংনাংলুদ্রে, চীক্লবা পুক্সি চীক্লা অদুম লেন্নবা হোৎনখ্রে। অদুবু কুইববগী তুংদা থুংলখি অনৌবা নোংলৈ অমা। ইমুং-মনুংনা হৌদোবকই নৌনা অমুক যুম পান্নবা। চুম্না হাযবা নত্তে, ইবোচৌবগী মথক্তা লমন খুম্নবনি, অনৌবা পুক্সি অমা শাগৎনবনি। মপূক্লিংনা ইয়া যানিংদনা ব্রাফমদুদা ব্রাখল খনবা হৌবকখি মপানগী ইথিন্দু কনমনখিবনা।

‘মদুবু হেক যাববা ?’

ব্রাখলসিনা মপূক্লিংবু খোঙফম চেৎহল্লি।

অদুবু কাযনথংদদি মাযথিখি, মীওইবগী অশোনবা হাযবদু মাঙোম্দসু লৈবম্বনা। চেৎলবা খোঙফমদা শাফু ফংলকখি নোংলৈগী। লীন্না চীকখিবগী হুনা কুইববগী তুংদা কাবকপদা লুতোন যৌনা ফুগৎলকপগুম মনিমচাগী থম্মোয়নুংদা হুগী মৈচাক্লা লাউখোংনা চাকখৎলক্লে।

— ‘মথানুংদা থুপচদুনা তুংগী পুক্সিগী মঙলান মঙজবম্বী ঐহাকপু মীবাযবগা কযাদা লায়না মফম কলহনখিবা লম্লানবী অমবু ! ’ খল্লুবদা ব্রাবৌবনা ফুনগৎলকই। মতমদুদা অফ-ফত্তগী ব্রাখল পূম্বা মাঙখি। ব্রাখল লৌশিং পুম্বা মযাই চমখি। অদুগা খল্লকখি — মহাকপুসু চৈনা অমদি ফাওহনবা চুম্মী। ব্রাখলসিনা লমজিংদুনা অনৌবা ব্রাবেগ্তু থিন্দনা লৌখ্রে অনৌবা লম্বী অমদা খোঙদানবা।

অনীশুবা মপুবোইবা মঙ্গিনা মনিমচাবু লুনা তৌই। মমানা নৌনা হুন্দোক্লন্নবা মঙ্গিগী মচানুপা অবোয়বুসু মনিমচানা চপচানা লুনা তৌই। নুংশি ঈপোম্নববা পুক্সি অমদি মনিমচানা ফংলে। নুংশিবা থাজবা ফংখিদ্রবা থম্মোয়না

পামজবদু ফংলবদা খবমখৈদি ইংথবক্লে হাযবা যাই। অদুবু অহিংবা মৈগী চীংনা তুমদুনা লৈখিবগুম মনিমচাগী থম্মোযনুংদা চৈনা অমদি অদুমক ফুমলি। চীক্লবা তাঞ্জাদা, ব্রাখলনা পোখ্রাফম ইখংমক খঙখিদে। লাঞ্জদ্রবী তোল্লবী পিস্তুগী পুন্সিদুদি নুংশিবনা নাথৈবল্লবা পুন্সি অমা ওইহৌবি। মদুতা খল্লুবদা মকা লাম্না নোকচবা ঙমদে মনিমচা।

শীংনদুনা হিংনবা থৌবাংলিবা মনিমচানা অনৌবা পুন্সি মবক্তা মসিমদি তত্তনা খনখি-ফবেদা, মসিনা ফবেদা, ঐবু অদুক মীবাযবীববা মহাক্কীদমক ঐগী ব্রাখল কংদুনা শিববুদি মসিনা ফবে। লমন খুল্লেদনা মথক্তা।

মপূক্লিংবু মদোম ফাথজদুনা হৌখ্রবা কযাবু কাউথোক্লবা হোৎনবক্লবনি। ঙসি খঙহৌদনা চহী কযাগী তুংসিদা শক্তমদু উকথৈ চৈনাখোলনা মশা শিন থুংনা শন্দোকখিদুনা পুংপং পংথখ্রে পুক্লিং ব্রাখল। কোকখ্রে খল্লম্বা চৈনা কযাদা মহু চাউবমখ্রবা ! লীন্না চীকখিবগী হু খঙহৌদনা মযাই কাখৎলকপগুম ঙসিদি মনিমচাগী থম্মোযনুং চৈনাতনা মবেপ থুমখ্রে। যেংঙমখিদ্রবা শক্তমদু মহাক্কী মীৎমাঙদা মযেক শেংনা চোংথোবকই, হৌজিক হৌজিক উবগুম, মখোয নোক্ল- নোক্লা চৎখি। হৌজিকসু উবি মমীত্তা, 'কযাদা থাজবা যাদ্রবা মীওই লীচৎ, হাযখিবদো, ঙাঙখিবদো অদুথৈ, কাউথোক্তুনা কযাদা তমথিবকখিবা ! ঐহাকপু, ইচাবু পুমকাও কাউথোক্তুনা মীতোপ ওইহনবা। মাঙগী, তুংগী পুন্সি মবী লৈনহন্দনা কযাদা নুংঙাইনা লেল্লিবা মতৌ নক্তে মহাকপু শূক্লিং নীংশিংলমলোইদ্রা ? মতমদো, থৌদোকশিংদো, ব্রাবীশিংদো, পুন্সিগী মঙলান কযা কযাদো ...?'

—'নীংশিংলমলোই, নীংশিংলবদি অসুম্না তৌবমলোই। অদুদি কযাদা তমথিখ্রবা মহাকসে।' ব্রাখলসিগা লোযননা মনিমচাগী মমায মমিৎ ইশা- শাগৎলকই-পিগী ঈপোম অমা কাবকই শাফু কন্না। থংনবা মীকুপ্তা ফাওবকই মাযথিববগুম, মবাল লংজববগুম। তশেংনসু মাগী পুন্নমক মাঙখ্রে ঙসি। খল্লম্বনি — ইবোচৌবনা নোংমদি মশাগী মবালগীদমক ব্রাখল খল্লকখিগনি, নীংঙমদবা মৈনা মৈশা লাংলকখিনি মহাকসু । লাঞ্জদবী মহাক্কী পুন্সিসু নোক্ল- নোক্লা লেন্নদুনা হিংগনি মমাঙদা। অদুবু ঙসিদি তাযোন্নববে। ইবোচৌবনা মাঙগী পুন্সিবু কবিমত্তা নীংশিংদনা নোক্ল- নোক্লা চৎখি, অদুগা মহাক্লা যুম্বীগী মকমদা নাথৈদুনা মক লুক্লা লৈহৌই। কবিগীনো মসিবো, কবিগীনো ? খল্লুবগা কযাদা তাযোন্নখ্রবা।

মবাল লঙজখিবা মহাক্তি কবিসু নিংঙাইদনা হিংলি, মবাল থঙজিনবীববী মহাক্লা ইকায ফীকক খুমলি। মসিবু চুমলিববা ?

মহাক চৎখি নোক্তুনা, নোক-নোক্তুনা। অদুগা মহাক্লা মসিমসু খঙখিদবে-লমন তেমশিংননা নাথৈবিবী-মনিমচাগী থম্মোযনুংদা ফাওখিবা কল্লক নুংশিগী ঈহুল অদো। মসিদি পিগী ঈপোম্মা শাফোঙলক্নি।

খঙহৌদনা গাডী খাম্বগী মখোলদা মীকপ থোক্লককই মনিমচা।

— কুম্লসি হৌগৎলো।

মপুবোইবা মঙ্গি পোৎযোম পাযদুনা মাঙদা থোকখ্রে। মঙ-হাগুম হৌগত্তুনা কুমথহৌবে মহাকসু। মতুং ইল্লুই হৈনীংদনা। পোৎকী খাউশিং নাকলদা যাল্লদুনা খুনগী লম্বী চঙবা হৌবকই। চৎনা চৎনা মঙ্গিনা হাযবকই —'পিক্তুগী মফি- মবোলসে হযেং থিনবিকুবসি। ইবুংঙোসু পুবীসি, মখোযসু খঙনজনবা।' মনিমচা তুমিন্না চৎলম্বনি মঙ মঙদুনা । ব্রাহৈদুদা ব্রাখল খংলাক লাকই। পিন্তুবু নীংশিংলকপদা চৈনাখোল ফাওবকই অমুক নৌনা । মনিমচাগী মীৎলুদা পি অমুক ঈহৌবক্লে। কবিসু খুম্লক্তুবদা যেংলকই মঙ্গিনা মনিমচাগী মাযথোঙ তম্না। কবিনো মওং অমগী মাযথোঙ ! নুংশুক নুংজান্নবিবদু উকবদা পাখৎনা হংই —'কৈদৌবে, নশা ঙমদ্রববা ?' অমুকসু হন্না মীকপ থোক্লককই মনিমচা । পি উখিদনবা লৈথোক্তুনা হোৎনৈ। হৌজিকসু অমুক মবাল লংজবগুম ফাওবকই অনীশুবা মীশক অসিদা।

ঙসাইমখৈ মহাক্কী ব্রাখল কল্লক নুংশি লীচিংনা কোযনা ইল্লুই ইবোচৌবগী তুংদা। হৌজিক পিন্তুবু পল্লকপদা মীকপ থোবকপনি, পি শিন্থবক্লবদা ব্রাখল তাবক্লে, খল্লকই-'পুন্সিগী অহানবা ফংজখিবা পিন্তুবু মহাক্লা নীংশিংলকখিদ্রে, ঐহাকপু কাউখ্রে, অদুগা কবিগী কোযনা ইল্লুবিবা মাগী মতুং।' মনাক্তা চৎলিবা মীশক অসি মীকুপ খবগী মমাঙদা খঙলাপ লাপথোকখি মঙোন্দগী।

ইবোচৌবসু হৌজিক্তি অমুক হন্না লাপথোকখ্রে। মশা মতোমতা নাইতোম তাজবকই। কনাগী খোঙ্গুল মমিদা মহাক্কী খোঙফম থাগদৌবিবা ঙাইহাক ককঙাওনবকই। অমুকসু নীংশিংলকই — মহাক্কী লমচৎপু মাযহিং থাংহল্লিবা চৎনবী। মহাক চৎনবী শম্বল ব্রাংমা লাল্লবী ওইববনি। মসিবু কনাগী মবাল ওইবিবা। খল্ল-খল্লগা চমম্নবকই। —'মসিনবু চুম্লিববা ?'

ব্রাখল তাবক্লবদা মনিমচানা হন্না-হন্না চৈজবকই ইবোচৌবগী লীচৎপু।

— 'চৎনবীগী লীপুন্না চেৎনা পুনশিনবীববী ঐবু ঙস্মী মতাগুম নাইতোম থম্বীবল্লিবা ! লীচৎ অসিদা য়াওবিবা নাপল, কদায়দগীনো, কবম্নো ? খঙলে, পুম্নমকসে 'নীংতম্বা' নঙননি। নুপাওইবশিংগী নীংতম্বা ! মসিননি, মসিননি মাঙোন্দা ফাওবিবা নাপল ! অদুগা কবিগীনো নুপী ঐনা ইশাবু ইবোমদোম মীখা পোলহল্লিবা ? চৎনবী কোঙ্গোইনা ইঙক্তা হুক্লকপদা ইদোম তুমিন অখাকপা লৈতনা পূম্নমক মখোঙদা কখোকচবিবা ? মসিনা ইবাল ওইহৌবে, ওইহৌবে পূম্নমক মাঙখ্রবী।'

অসিগুম্বা ব্রাখলসি কযাবক হন্না খনখ্রবনি। অদুনা শীংননীংখি, শীংনখি কনথি থোক্রা। অদুনা থাংদোবকখি খোঙ, মঙ্গিগী তুং ইল্লকখি।

ঙসিদি পীক্লিবী পিন্তুনা অবাপ্পদগী কৌবক্লি ওমচাক্লবিবা থম্মোযনুং। থম্মোয়নুংদা খোম্থাং যৈবকলি। চৈনা ফাওবক্লি খাঙঙমদ্রবা।

— 'শীংনবা, শীংনবা ! কনাদনো শীংনবিবা ? নীংঙাইদনা চৎখ্রিবদুদবা ? মতু নামা শোকঙমখিদে। চৈথেং ফংহৌববী পিন্তু, মহাক্কী মবালদি কবিনো ? মহাক্না মাঙখিবদা হাঙহৌগদৌবিবসিদি কনানো ? — ইদোম নত্তববা ? খঙলে, ঙসিদি মযেক শেংনা। খঙলে লেপলিবা খোঙফমসে মায় পাকপগী হিদেন্দুনা নত্তে, লৃপকদবগী ঙাইবিবা অতাওবা ফুমদিদুদনি। অদুদি . থাংলক্লিবা খোঙথাংসিবু চুমলিববা ?' হেন্না ককঙাওনবকই মনিমচাগী ব্রাখল। মঙম শানদ্রবা খোঙথাং কদোমদা চৎকদগে মায়কৈ লেপঙমদবে।

লম্বীগী চিদায়দা হিকথদুনা লেপহৌবি মাঙদা চৎখৎখ্রিবা মঙ্গিবু যেংদুনা। ■

*ইম্ফাল, ২০০৪*

## অসুম্না পুন্সিদা

অহিংদু ইচিক হল্লে। অহিংগী নুংশিংনা থোঙনাওদা ফাওজিল্লক্কুনা যৈববদা ওমচাক্লবম্বা মৈশাদু খজিক ইংথবকই। তৃম্লগে খন্দুনা হিপথবদা ঙায়বি ইচেনা ঐগী থোঙদা থীন্দুনা কৌবকপা তায়।

— 'কবি তৌবে ইচে ?' লাংতক্লনা হংলুবনি।

— নতৈ'বুংঙো হল্লক্সি।

— হৌজিক ফাওববো !

কবি তৌখ্রবনো অসুম্না অমুক্তা থেংলক্তবনি। অমুক পম্ববমদনা হৌগৎলে। মপান্দা থাবলগী অঙৌবা মঙালনা ইংনা ঙাল্লমই। থাবলগী মঙালদা ইচেগী লাংতক্লববা মাযথোঙদু উবকই। মাঙ্গোলদা তৌফম খঙদনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈবে।

— 'অসুম্না অমুক্তা থেঙদবনি, কবি তৌখ্রবনো খঙদ্রে।' লাংতক্লববা ইচেগী ৱাঙাঙনি। নুংশা থীবগী খোনফমদা হাযবকপনি।

— কবি থবক লৈ হাযবম্বগে ?

— কবিসু হাযবমদে, নহানমখৈগুম ওফিস চৎখ্রিবদুনি।

— কনাদা, কদায়দা হংলুনি, মীসু কনাসু লৈতে।

নুংবংননা ঙাইহাক তুমিন তুমিন ফম্লবমই। থোঙ্গালদা গাড়ী মখোল তাবকপদা ঙক থাঙ্গৎতুনা মায়কৈ অদোমদা যেংলুই, হন্দি হল্লক্লমাল্লে। ফুনগৎলুববা স্বব লৈতানা হোম্ববগা ইচেনা হংখি,

— 'কবিগীনো অসুক'যাম্না থেঙবিবক্লিবদি ?

— 'কবিসু তৌদে।' খুন্নগা পন্থবমদনা ইমুংদা চঙখি।

ইচেনা ঙকচান্ননা তুংদা ইন্নদুনা চঙখি। ঐসু ঐগী কাদা চঙদুনা তুমথবে।

হন্দক মবকসি ইতৈবুংঙোগী লমচৎতা অহোঙবা খবা উই। মমাংঙৈদা তৌখিদ্রিবা মওং ঙাক্তা, ইচেগা মখোয় অনীগী মবক্তসু ইচুং- চুংশিন্নদবগুম তৌই। ইচেগী চীংলেন্নবা মায়থোঙদা নুংনাংবা ৱাখলগী মমি অমনা কুপশিল্লক্লি, মদুনা মতম অয়াম্বদা অৱাবা শক্লোন পুহল্লি।

কবিনো হন্দক্কী হোংলক্লিবা মওংসি ! মবম অমদি শোযদনা লৈবমগনি। মবমদু কবি ওইবা যাবগে ?

হীবমসিদা কুইনা খম্থবগী মতম ফংদ্রে। লাক্তদৌবিবা চহিগী চাংযেংগীদমক ঐ লাইবিক্তা কন্না মায় ওনশিল্লস্মী।

চাংযেংদু লোইখ্রে, ইতৈবুংঙোগী মওং মতৌ নোংম-নোংমগী হেনজিল্লকই লোযননা ইচেগী ফীভমসু নোংম-নোংমগী ফৎচিল্লক্তে। কুচু তাইফেৎ তাইশিল্লক্লে, মাযথোঙগী হান্না ফজবম্বা চাংদু হম্থবে। অযাম্বা মতমদা তুম্পক-তুম্পক লেপ্লমই।

ঐ তৌফম খঙলক্তে। নহানমখৈ চহিগী চাংযেং অসিতা লোইবা ঙাইবকপনি। ঙসিদি অমুক তুমিন্না লৈথোকপা ঙল্লক্তে। কবিগুম্বা খবা খঙনবা থিবগে খন্দুনা ইচেদা হংলুই -

— ইচে, হন্দক মবকসি ইতৈবুংঙোসি মওং অমা তৌই। ইচেগা কবি ঙাংনৈ ?

— খঙদে শীমা, ঐসু খঙদে। ঐসু ইতোমতা খল্লিবনি ঐনা কবি তৌব্রবগে হাযনা। মাগী মওংসি ঐ ইচিং চিংনৈ, পূক্লিংসি যাম্না ৱাই।

— খঙদে হাযদুনা অসুম্না সুম লৈথোকপদি চুমদে। মবম অমদি শোয়দনা লৈবমগনি। মদু খঙনবা হোৎনবা তাবনি। ইতৈবুংঙোগী কবম্না ৱাখলনো ? ইচেনা কবি লানখি ? অমতা খঙদনা ফুমজিন্দুনা থম্বনদি মৈশাসি কোকপা ঙমলোই।'

তকশিনবা ওইনা ঐনা ইচেদা হাযখিবনি।

ইচেদা ফনা তকশিল্লবসু ৱাবমদি খঙবা ঙমদ্রে। ইতৈবুংঙোদা ৱাফমসিগী মতাংদা ৱা হৌদোক্লবগী ঐগী পাঙ্গলসু লৈখিদে।

নোংমা অহিং অমা ইতৈবুংঙো নহানমখৈগুম থেঙনা হঞ্জিল্লকই। ইচেনা মথৱায় শোক্লা হংই ।

— হন্দকসি নঙগী মওং অসি কবিনো'মা তৌই। অসুম্না তৌবসি ঐ য়াম্না হৈনদে। নঙগী নুংঙাইতবা, ঐঙোন্দা পেন্দবা পুম্নমক্তু শেংনা হায়নসি। কবিগুম্বা পাউখুম অমত্তা তাবদি ফংদে। ইচেগী ব্রাহং মখা চত্থবকখি -

— অসুম্না ঙাঙথোক্তনা লৈবসি য়াম্না হৈনদে। ঐ খাঙফম খঙদে। হায়য়ো ঐনা কবি লানখ্রে ? নহাক্না নুংতিগী অসুম্না থেঙনা থেঙনা হঞ্জিল্লক্লিবনা কবিগীনো ? য়ু থক্তবা নঙনা তোযনা থক্লক্লিবসিনা কবিগীনো। মবমতদি হায়বীয়ু।

পিবোইননা হংখিবা ইচেগী ব্রাহংগী পাউখুম অমত্তসু তাখিদে। পাউখুম ফংদনা তুমিন্না লৈনখি। অহিংদু ইচে য়াম্না কপখি হাযর্বাস য়াহৌবকপদা উখিবা ইচেগী মাযথোঙদুনা তাকই, মযেং তাববা মাযদু ইপোম পোমখৎলি।

মতম খবা ফোঙদোক্তবা মৈশা মবক্তুদা যাম্না ব্রানা লেল্লমই। অহিং কযা মবমদু থিবদা তূমখিদে। কবম্বা পান্নৈনা মবমসি খঙসিগে খন্না খন্না যাম্না ব্রানা তূমথনবা হোৎকই। থংনবা কাদা ইচেগী পিবোইনববা ব্রাঙাং তাবকই। না থাঙ্গৎতুনা তানবা হোৎনকই।

— ঙসিদি ঐঙোন্দা অশেংবা হাযবিযু। ঐগী ইবাল কবিনো ? নঙনা যাদবা, নঙনা পেন্দবা কবি তৌখ্রে ঐনা। ফনমক পেন্দবা লৈববসু ইশাদা খূৎ থাবনা হেন্না ফৈ, অসুম্না ব্রাঙাংদনা ওৎপসিদি খাঙবদা য়াম্না ব্রায়।

— বীমা, ঐদি নঙোন্দা হান্ননা হায়খিবদুনি মফমসিদা ঐনা অসুম্না লৈথোকপসি চুমদে হাযনা। ঐ অমুক শাংথনা লৈনীংদ্রে। লূম্নবা ব্রাঙাঙদা ইতৈবুংঙোনা হায়খিবনি।

— অদুগী ওইবে ! অদুবু মসি ঐসু য়াম্না পাম্বদি নত্তে। ফীভম্না মতম্না যাদবগী ব্রানি। মসি নত্তনা ঐনা তৌগদবসি কবিনো ?

— অদুবু বীমা নঙনা হেন্না খঙলিবদুনি। ঐগী ইমুং মনুংগী ব্রা, ইমা- পাবুং খুঙ্গংগী লাযববা লৌমীনি। লৌ- শীং উদুনা ঐবু যাম্না ব্রানা শেল্লকপনি। মখোযনা মঙজন্দি মঙ মঙফাওনবতা ঙায়বি, থবকসি ফংবসিনা অব্রাবা কোক্লনি মখোযগী, মসিনি মখোযগী নুংঙাইজবা। অদুগা হৌজিক্না মফমসিদা নীংঙাইদনা লৈথোক্লি। মসিবু কবম্না অচুম্বা ওইগদৌবিবনো ?

ইতৈবুংঙোসু পূক্লিং নৌবকপগুম তৌবকই, মাগী খোঞ্জেলদা। ইচেগী ব্রাহৈ অমুক তাখিদবে। মখা চত্থবকখি ইতৈবুংঙোনা -

— ঐগীদমক হোৎনবদা মক ময়াং কেল্লবী ইমা, বাবা, ঐগী ইকমদা হিংজবিবা মপুং ফাদ্রিবা ইচিন- ইনাওশিং, মখোয়দা কবি ফাওবমগনি। কবম্বা ব্রাখলদা মখোয় হিংলমগনি ?

ইতৈবুংঙোনা নুংনাংবগী স্বব অমা হোন্দোকখিবদু ঐগী থম্মোয়দা শাফু ফাওবকই। ব্রাহৈ মখা তানবা হোৎনকই -

— মখোয়না ঐবু শোয়দনা ব্রাবৌবমগনি। ইমা- ইপানা নুংদা ফাওখিবা পেন্দবগী মীচৈ কনাগী মথক্তা তাগনি।

ইতৈবুংঙোগী অকোনবগী ব্রাঙাং অসিদি খোঞ্জেল নীক্লকই।

তুমিন্না লৈবা ঙল্লক্ত্রবা ইচেগী শোম্বাংনববা অদুগা মৈশাদি চেল্লবা ব্রাহৈশিংনি ঐনা তাখিবদু -

— পূম্নমক্তু ঐসু খঙই। পূম্নমক্তুগী অব্রাবা ঐঙোন্দসু ফাওই। অদুবু ঐগী ওইবিবা ফীভমসিসু খবদি খল্লফম থোক্তববা ? শীমাবু মথন্তা কবম্না থল্লমগনি ? মাবু কন্নানা যেংশিনগনি। ইমা পাবুংগী মীনুংশিনা খমম্ববদা ককঙাওনবিবীনি মহাক। চাউববা য়ুমজাওসিদা মথন্তা কবম্না থল্লমদুনা চৎলসিগে ?

— 'মাসু ঐখোযগীদা লৈবসু য়াইনা, নৎত্রবসু অতোপ্পা ব্রাফমশিং খন্নবা যাই।' ইতৈবুংঙোগী তকশিনবা ব্রাঙাঙনি।

— মাগী লাইবিক তম্বা লোইদ্রিবসিদি। মফমদুদা মদুগী খুদোংচাদবা কযাসু থোকপা য়াই। ইমা- পাবুং লৈত্রবা মতুংসিদদি মহাকপু মতীক চাবা মী অমা ওইহনবা হায়বসি ঐগী থৌদাং ওইববনি। ইমা পাবুংগী অবোইবা মতমদা ঐঙোন্দা চেৎনা শিন্নবম্বনি।

ইচেগী ব্রাঙাং হেন্না শোম্বাংনবকই। মদুগা লোযনন্না ফমজিল্লবা উনগী মতৌগুল্লবা ঐগী পূক্লিংদনা তনিক- তনিকপা ইহুল অমা ফাওবক্লি। খঙহৌদনা ফোঙ- ফোঙ শাববা পিনা অকনবা ঈনোৎকা লোযনন্না খজাই তম্না চেম্বক্লে। ইচেগী ব্রাঙাং খবদি কবি কবিনো ঐ লৌশিনবা ঙমখিদ্রে। অকোনবা মতেক খবদুতমক ময়েক শেংনা তাবকখি -

— ইমা, পাবুংগী চাউববা য়ুম ইখ্খোল, মসিনা হাঙদুনা লৈহৌবদো . মদুসু মচা ওইবা ঐঙোন্দা অচৌবা চৈনা অমনি।

থম্মোয় শোক্লবা ইচেগী তনীক্লবা খোঞ্জেল মবক্তা ইতৈবুংঙোগী খোয়শাওনববা ব্রাঙাংনা হংখিবা তায় —

— অদুদি নঙনা পামলিবসি কবিনো ?

— শীমানা লুহোংদ্রিবা ফাওবদি মফমসিদা ...। মহাক্না মতীক চাদুনা য়ুম লেপহৌববা মতমদুদা ইমা- পাবুংগী মনাক্তা চৎপা। মসিনা পুম্নমক্কী ফগনি খল্লি। ইচেগী ফীবেপ হোংখিদে।

— অদুদি ঐসু ইমা পাবুংদা মখোয়বু মীবায়বোই হায়না থাজবা পীখি। থাজবদু মাঙদনবা ঐসু মফমসি থাদোক্তুনা চৎপা তাই। নঙসু নঙগী থৌদাং পাঙথোকখো। মতুংদা ঐগী ইনাক্তা লাকপা য়াগনি। ব্রাফমসি যাবব্রা নঙ মুন্না খল্লু। ঐদি মসিদা লেপ্লে।

ইতৈবুংঙোগী ফীবেপ, নুপা থোক্লবা ব্রাবেপ

ইচেগীনা পাঙ্গল থোকঙমদবগী অব্রাবা। মখা তাঙমদ্রবা ইচেগী হিক হিক লাউববা মীকপ খোঞ্জেল থোকঙমদা ফক্লাং মবীদা য়ৈবি নাশোন পীক্লা।

মীৎকী পিনা মোন্দু ফনা যাম্না চোৎলম্লে। ফুনগৎলম্বা নুংশাশ্রব তপ্না ফাথকই। মৈশাদুগী হৌবকফমদি ফংলেদনা। মৈশা অসি কোকহন্নবা অমুক হোৎনবা তাবি। ইতৈবুংঙোগী ব্রাশক, ইচেগী লিংজেল অনীগী মবক্তা ঐগী ব্রাখল চপখায়বা হৌবকই।

— 'কবম্বা পাম্বে অমনা মৈশাসি ইংথহনসিগবা !' অহিং কযা তূম্বা যাদনা লেনখি, ইদোম ব্রাবেপ তাবদি ঙমদ্রি। খল্লুই -

— 'মীপূম খুদিংমক্কী মবন্নাই পুন্সি লৈনবা ঙাক্তনি। হৌবকপদগী নীংজবা অমমম ঈবোয়নবকই। ইতৈ'বুংঙোগী পুন্সিগী পান্দম-মমা- মপাবু. . নুংঙাইহনবা, মচিন-মনাওশিংবু লমজিংবা, মসিবু কবম্না চুমদে হায়কগনি। কযাদা ফজখ্রবা ! নুংশিনিংঙাই ওইখ্রবা !' অমুকসু খল্লকই -

— ইচেগী খোঙফমসিসু ঐগীদমকনি, কনা লৈজদ্রবী মনাও ঐগী।

খেন্নবিবনা কবিনো ? লাল্লিবনা কনানো ?

পিবা পোক্লমদ্রবা ইমা- পাবুংগী পোলোইনা মসিনি। মসিদি চৎনবী ওইদুনা লাক্লবনি। ইমা- পাবুংনা তত্তনা হাযখিবা ব্রাহৈশিংদো ঙসিদি মাঙদা তশেং- তশেং তাববে।

ইচেনদি ঐগী লুহোংবগী ব্রাফম পল্লি। ইতৈবুংঙোগী মফমদা থোক্লিবা নাখোঙশাবা মনাওইবুংঙো ওইগদৌবিদুদদি থোক্লোই কবম হাযসিবা !

'গৌতম', মহাকসিগী মবমদা ইচেনা কবিসু খঙবা লৈতে। ঐহাক্না অসিগুম্বা মীশক অমগা অচেৎপা মবী লৈনবি হায়বসু ইচেগী মফমদা হায়খিবা লৈতে।

মহাক মমা- মপাগী নাইতোম পোকচবা মচানি। ঐগী ইমুংগী ফীভম, মাগী ওইবিবা ফীভম পুন্নমক খঙনদুনসু লাপথোক্লবদি ঙমদ্রি, কুইবে শকখঙনবক্লিবা ঐখোযনী।

মহাক্কী পাবুংনা লৈখিদ্রবা তুং, থবক মহুৎ হঞ্জিন্দুনা ইমুংগী থৌদাং পুবি, হৌজিক্লা হেন্না ফীভম ফৎচিল্লক্লবনি। নাইতোম তাববী মমাগী অমত্তা ঙাযববা চৈঙাক্লি।

গ্রেজুযেসন লোয়বগা মপান্দা চত্তুনা মখা তমথনবগী ব্রাফম মহাক্লা সুকযামক যাবা ঙমদ্রিবনি। মদুগী মহুত্তা লুহোংবগী ব্রাফম্না হেন্না লূম্না লৌবক্লিবনি।

— 'নঙনা তমগে হাযববসু অসিদা সুম তম্মু, ঐখোযদা লৈবগা অদুম তম্বদা কাযদে।' গৌতম্না তত্তনা হাযখিবনি।

ঐগী ব্রাখল লম্মুক্লবকই, তোৎন- তিন্নকবগী থাঙমদবা মবী হাযবদু মসি ওইবা তাই। পুন্নমকসি ঐগী কোক মনুংদা অমত্তা চিংখ্দনা খনবা হৌবকই।

ইমা- পাবুংনা লৈবিঙৈ তত্তনা নীংদোল পোমজখিবা-নীঙোল পোকপা পিদোল্লিদা ! ব্রাখলসিতনা মৈচাক মৈশা ওইশ্রবা মখোযগীদমকসু খল্লুদবা ঙমখিদে। ইমা- ইপাগী মফমদা মচা ওইবা ঐগী থৌদাংসু লমন তোলহৌবিবসিনা কমদৌবা !

পাবুংনা থূপখ্রবদা ইমানা কযাদা ব্রাজখিবা ইচিন- ইনাও ঐখোযনীবু যেংদুনা নীংঙমদবা ব্রাহে কযা তত্তনা শোল্লম্বনি। খাঙখূল মুৎহৌববা মখোযগী শাগৈগীদমক, যুমফমসিগীদমক তত্তনা নুংশুক নুংজান্নখিবনি। অদুনা শীন্নবম্বনি ইমাগী অবোইবা মতমদা ঐবু ইচেগী মফমদা। ইমানা লৈখিদ্রবা মতুংদদি ইতৈবুংঙোগা লোযননা ইচে মফমসিদা লৈবা তাখি, তঙাইফদবদগী।

ঙসিদি ইচিন- ইনাওনা অতোপ্পগী পুন্সিদা অযেৎপা পীবগুম থোক্লবে।

পুন্নমক্কী অফবা ওইনবা ব্রাবেপ খবদি লৌবা তাববনি। ইমা পাবুংগী মফমদা মচা ওইবা ঐগী তৌফম থোকপা ইথৌদাং, লোযননা অকায- অতোয় থোক্লগদবা ইচেগী যুম্বাল পুন্সিবুসু কনবা মসিনা ঐগী তঙাইফদবা ওইববনি হৌজিক্তি।

কুইনা খল্লবগী তুং অকোনবা অহিংদুদা ফীবেপ অমা লৌবে। মথংগী নুমিত্তা ইচেদা হৌদোক্লুই -

— ইচে ঐ লাইবিক মখা তমথনবা মপাল্লমদা চৎলগে লেপ্লে।

— 'কদাযদা !' ইচেনা ঙক্লা হংখিবনি।

— খঙদে। খবা ফগদবা মফম অমা হেক্তা যাই। ইতৈবুংঙোগা খবা থুনা অমুক্তা তান্নবিযু।

— অদুবু শীমা, ইচেনা নঙবু লাপ্পা চৎহন্নীংদে। মতম ফত্তবসিদা। স্বাইদা সুম তন্বদি কবি কায।

— ঐ কম্পিটিটিব ইকজামসু থাগে হাযনা খল্লি, কোচিংনচিংবদু মফমসিদদি খুদোংচাবা ৱাৎকনি। অদুনা ঐ শোযদনা চৎলগে লেপলে। অদুগা ইচেনা ইতৈবুংঙোগী যুমদা চৎনবা থৌবাং তৌবিবো ।

ঐগী ৱাঙাং লকক তৌবকই অদুগা ইচেগী মায় তম্না যেংলুই। ইচেগী মীৎযেংগা মীৎচান্নকই। ৱা মখা তাদনা লুকক্রম্রে ইচে, লোযননা ৱাহৈগী মহুত্তা পি ওইনা চেস্থবক্লিবদু ঐ তশেং- তশেংনা উবকই। ঐগী পূক্লিং শোন্থগে তৌবকপদু কন্না হোৎনদুনা ফাথবগা থম্মোযনুংদা ঐগী ৱাবেপ্তু হেন্না চেৎশিলহল্লে অদুগা ৱাহৈ মখা তাবমদনা ইচেগী কাদগী তপ্পা খোঙ থাংদোবক্লে।

থম্মোযনুংদা অতোপ্পা নোংলৈ অমসু কন্না শীৎকৎলক্লি। গৌতমগীদি মবাল সুকলৈমক লৈবা নত্তে। ঐগী ৱাবেপসি খঙলক্লবা তুং মহাক শোযদনা ঙকচান্নগনি অদুগা ঐঙোন্দা শোযদনা ৱাবৌগনি। অদুবু মসিমদি লেপ্লে — ইহাকথক্কীদমক কনা কনাবুসু মৈচেন্নহনবদি পামদ্রে। অমবোমদনা ইমা-পাবুংগী হৌবকফম, মখোযগী যাতাফম অসিগীদমক, হাঙহৌবনি খনবদা নুংনাংলুই। পূম্নমক অসি পূক্লিংদা হন্না হন্না খল্লে। মমা- মপা ওইবশিংগী মফমদা মচানিঙোল ওইবী ঐহাক্কী উৎফম থোকপা তৌবিমল, মদুগীদমক ঐগী পূক্লিং শেম-শাবগে হাযবসে অনীশুবা ৱাবেপ ওইনা লৌবে। ৱাবেপশিংসিনা ঐগী পুন্সিদা অচৌবা চৈনাদি পুদুনা চৎলগনি। অদুবু নিংঙোল পোকপগীদমক পিদোনখিবা ইমা- পাবুংগী লমনদি মসিনা শিংজবা শক্লগে, পাঙজদ্রবী ঐহাক্কী।

চৎনবগী থৌবাং পূম্নমক লোইবদুনা পুগদবা পোৎ- চৈশিং গাডীদা হাপকৎখ্রে। ইচেগা ইতৈবুংঙোগনা ঐবু থিনগদবগী মপান্দা ঙাইদুনা লৈবন্মী। চৎলমদাইগী খোঙ থাংদোক্কদবতা ঙাযববা মতমসিদা পূক্লিংসি ইনৌ নৌথবকই। চাউববা যুমজাওসে ইহাং হাংহৌবনি। হান্নদগী টীক্লবা ইমুংনি, ঙসিদি হেন্না টীকপা

ফাওবকই। থাংদোক্কে তৌকববা খোঙ খঙহৌদনা পল্লি, লৈশিন্দুনা য়েংলুই, ইমা- পাবুংগী হাঙলবা মফমশিংদু উবকই। খোঙ থাংদোকপা ঙমদ্রে, ঙসিদগীদি পুমহাং হাংহৌবনি খল্লুবদা। ঙসিদি ঐঙোন্দসু ইচেদা ফাওবিবা চৈনাদু ফাওবকই, খুভমসি চেৎনা ঙাকনিংলকই। অদুবু ফবে, ঐগী খোঙসিদি থাংদোক্লবা যাদবনি। ঐগী খোঙচৎসিনা মৈশা অমদি ইংহল্লগনি।

গাডীদা কাখৎতুনা ফম্লুবে। এযাবপোর্টকী মাযকৈ পাংলি। ইচে অমদি ইতৈবুংঙোদগী কাযন-ব্রাহে হাযনবগা ফ্লাইটতা কাখৎলে। পূং ১১ হেক তাবগা ইন্দিযান এযাবলাইন্সকী লুপা মচুগী প্লেন অদু তপ্না তপ্না পাইখৎলমই। পূক্লিংদা খঙহৌদনা হৌবকপা ইথিল অমনা মীৎলু অনীসিদা পিগী ঈপোম ঈহৌবক্লি। চাকহৌবিবা মৈশাদো তপ্না তপ্না ইংথবল্লগনি খল্লুবদা থংনবা মীকুপ্তা খঙইং ইংথবকই ঐগী পূক্লিং।

ঐগীদমক ব্রাজববী, ইমাসু ইপাসু শক্লবী মহাক লৈহৌবে, মীৎযেংদগী তামহৌবে, মহাক্কী নুংশিবা ঐগী থম্মোযনুংদা পুদুনা চৎলে, ঐগী নুংশিবসু মফমদা শিন্নবল্লে। অদুবু নুংশিজববী ইচেদুগী মফমদা ঐনা মসিমদি হাযবমদবে-

— 'লুহোংদুনা কনাগী পুন্সিদা অমুক অযেৎপা পীববোই। হাঙহৌবিবা ইমা- পাবুংগী খুভমদু হাঙহন্দনবগী থৌদাং ইশামক্লা লৌজববনি। অনৌবা শক্লোন্দা, অহাঙবশিং অদুবু মেনশিন্নবা অনৌবা লম্বী থিনবা ঐ চৎলিবনি মফমদুদা। ■

*ইম্ফাল, ১৯৯২*

## মরাল

'ঐগী মীৎ খুমলিবসি অমুক্তা লৌথোকউ।' ঐনা লাউখি।

– লৌথোক্কনি শোযদনা, অদুবু ৱাৎলি নঙগী মোঙফম হেক যৌবগা শোযদনা ।

লূল্লবা খোঞ্জেল অমনা খুল্লকপা তাই। কবেম্মবগী লৈখোল চেল্লি ৱাঙাংদুদা।

– কবিগীনো নখোযনা ঐবু খূৎ তুংবুন্নবিবা ? পুল্লিবসি থাদোকউ, ৱাবী শাসি। নখোযনা পাল্লিবসি কবিনো, ঐঙোন্দা খঙহল্লু। অসুম্মা কবিগী ঐবু তুংবুন্নবিবনো ?

– 'থাদোক্কনি শোযদনা, অদুবু মফমসিদদি নত্তে।' যাঙনা থৌবিবা গাডীগী খোঞ্জেল মবক্তা ঙংলদুনা হাযবকপনি অতোপ্পা খোঞ্জেল অমনা।

মখোয ৩ /৪ না ঐবু অচেঙবা যেংলগা নমদুনা মখোযগী গাডীসিদা হাপ্পকপনি। ফনা কুইনা লাক্ল- ফান নম্মদুনা নাম্থোক্লবা হোৎনখিবনি, ঙমখিদে। ঐদি ইতোমতনি, মখোযদি খূৎপুনি।

গাডী মনুং হেক যৌবগা ঐগী মীৎ চেৎনা পুনশিনখি। মতুংদা খূৎ অনীসু তুংবুন্নবকখি। মাযকৈ খঙদনা থৌবিবা গাডীগী খোঙজেল যাঙবগী চাংসু অসুম হেনগৎলকই। ঐনা মখোযগী অপাম্বা হংলুবদা ৱা ঙাংদনবা, লাউ খোংদনবা অকনবা যাথং তৌবকই। ঐনা মখোযগী থৌওংদা যানীংদবা খজিক্তং উৎলুবদা খঙহৌদনা কবিনো অকনবা পোৎশক অমনা ঐগী যাংলেন্দা শুবকই, কন্না। চৈনা খাঙদুনা তুমিন্না ঙাইহাক লৈবে। ঐগী কোক মনুংদা ৱাহং কযা মথং মথং থোবকই, পাউখুম ঙাইদনা মথং মথং। অসিগুম্বা থৌদোক তোয়না, য়াম্নমক

তোযনা থোকলি, ইবমদমসিদা। ঙসিদি ঐগীসু নুমিৎ থোক্লবমাল্লে। 'মখোয কনানো ? ঐ খঙদে। মখোযনা কবি পাল্লি ? হাযবা ঙমদে। ঐঙোন্দগী কবিনো মখোযনা ফংনিংলিবা ? মদুসু খঙদে। খঙদে কবিমত্তা। অদুবু মসিমদি শেংলে, ঐসু অসিগুম্বা খূৎপু অসিগী খূত্তা তাববনি। ঐগী পুন্সি মখোযগী খুবান্মুংদা লৈববনি, মখোযগী অনীংবগী মখা পোনখ্রবনি। ঐগী ব্রাকৎ ! ব্রাকৎকী মফম লৈতে মখোযদা।'

গাডী থৌবি লেপ্তুনা, তুংদা ওইবগদবা অদুগী নুংনাংবনা লৈতাবক্তবে। অদুবু কবিদি তৌকনি, তুমিন্না যাবা তাবনি মখোযগী থৌওংশিংদা।

পুনশিল্লিবা মীৎকী মীৎমাঙদা উবকই - তথক- তথক চেল্লিবা শজি অমা, অসুকপা উমং মনুংদনি। তুংদনা তান্নবল্লি তমথীববা কৈজাও অমনা । কদোমদা চৎকনি তথক্লবা শজি, লৈদুনা ঙাইহাক যেংজে। অবোইবা থৌনা পুথোক্তুনা চেন্নবা হোৎনৈ শজিনা। মাঙদা থৎলম্মী তমথিববা কৈজাও তীঙক-মাযঙক্লবিঙৈ চোংশিন্দুনা নমখবে শজিগী ঙকশমদা। তনিকম তনিক খোঞ্জেল থোক্ত মমিৎ উইশিনখি কৈজাউগী খযাৎনুংদা। অকোযবদা লৈবম্বা শাহিং চাবশিং হুর্পাচন্দুনা মীৎকুপকী মনুংদা তোংশাশিং মশক উখিদবে।

খল্লকই। শজিগী মবালবু কবিনো ? মনীং মখা তমজবদুবা ? মহাক্লা মনীংতম্না শান্নজবা উবগা কবিগীনো কৈজাউশিংনা মিতাকবিবা ? হেক্তমক হাৎতোকপিবা, মসিবু যাবন্না ? মহাক্কী হিংবা অমদি শিবগী হক অসিবু কৈজাওশিংদা খূৎশিন্নখ্রববা ? নৎত্রবদি কবিগী ব্রাকৎ অমত্তসু থাঙ্গত্তনা তুমিন্না শিখ্রি শজি অদুনা।

যাঙনা চেল্লম্না গাডীদা খঙহৌদনা ব্রেক ফাবগী অহৌবা মখোলগা লোযননা অকনবা শাফুনা ইশা ইল্লকপদা ব্রাখলগী পবীং কাযখি।

মখোয অদু গাডীদগী মথং মথং চোংথখি। মীশক অমনা ঐবু গাডীদগী কুমথহল্লি। মখোযনা পামলিবা মফমদু যৌবমাল্লে। অইংবা অদুগা শহুম চাউববা নুংশিৎনা ইশাদা যৈবকই। মীনিল তাদে, খোঞ্জেল লৈতে। ইচীক চীকই। খঙলে, অচৌবা লম্মাং লমজাও অমদা ঐবু পুবল্লে। মীওই অমনা ঐবু গাডীদগী কুমথবদা মতেং পাংই। লৌবীগুম্বা অতোঙবা নাপী হৌবা মফম অমদা ঐবু ফমথহল্লি। মখোযশিংদু ঐগী অকোযবদা লেপলি হাযবসি শহুমশিংদগী খঙবা ঙমই। ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনববা মতুংদা অমনা চঙশিল্লক্তুনা ব্রা ঙাঙবা হৌবকই-

— নহাকপু মফমসিদা পুবল্লিবসি কবিগীনো খঙলব্রা ?

— খঙদে। খঙনবনি ঐনা হংলিবদো, কবিগীনো নখোয়না ঐবু ফাবিবা ? নখোয কনা কনানো ?

— নহাক নশাগী নবাল হৌজিকসু খঙজদ্রি ! হৌজিকসু ঐখোযবু শক খঙদ্রি !

— নখোয কনানো ? কবিগী ঐবু মফমসিদা পুবক্লিবনো ?

— 'ঐখোয খুন্নাইসিবু অওনবা মাযকৈ অমদা পুবক্লবা চোংথোবক্লিবা খূৎপু অমনি খঙলববা।' অমনা হাযবকপনি।

— ঐগী ইবাল কবিনো ?

— হৌজিকসু খঙশিন্নদ্রি নঙগী নবাল ! পাউচেদা, পাউগী চেফোঙদা নঙনা ঐখোযগী মাযোক্তা তত্তনা ইবি, মদুনা ঐখোযবু মীযামদা লান্না উহল্লি, ঐখোযগী মীংচৎ থীহল্লি। মসিনা ঐখোযগী লালহৌবু মনীং হনহল্লি মসিনি নঙগী নবাল ! মসিদগী হেন্না চাউবা মবাল অমা লৈতে। নঙোন্দা ঐখোযনা ব্রার্নিং কযাবক তৌব্রবনি। পাউচেগী খূত্থাংদা।

— ওহ ! মদুগী ! মদুনা ঐগী ইবাল ?

— উম, মান্নি, মদুনা নঙগী নবালনি। ঐখোযগী থবকপু, ঐখোযগী খোঙথাংবু নঙগী খোর্জেনা শীংনবগী।

— ঐ নখোযবু খঙদে, ঐদি কনাদসু শীংনখিদে, কনাবুসু লান্না পাউথোকখিদে। ঐদি তেংথাজবতনি, নীংঙমদবা ফোঙদোকচবতনি। মসিদা কবিবু কাযববগে ?

— কাযবা হায়ববু ঐখোযবু মীশিংনা থাজদ্রিবসিদা নঙগী ঈথিল যাওবি। মসি নঙ খঙদববা ?

— ঐগুম্বা পীক্লবা অমখক্কী পীক্লবা খোঞ্জেলনা ঐখোযগী মীযাম্বু কযামুক কনবা ঈথিল পীবা ঙমগদগে ? কবিগুম্বা পীবম্বা থোক্লবদি মদু ঐগী লাইবক ফবনি। ঐনা থনবদি মদু নত্তে। তংদু- লৈতাদ্রবা, চমম্লবনা থল্লবা পুন্সিবোল অসিনা চোকথহল্লবা, হৈনীংবা মাঙখ্রবা ঙসিগী মীযাম্না অনৌবা চৈনা অমুক পাল্লক্তবা ওইবম্বা য়াই। নখোযবু থৌশাদবা যানীংদবা ওইবল্লোই। অদুগা কবিগুম্বা ঐগী ব্রাহৈশিংদা ব্রাকৎ খবা যাওবি হাযনা নখোযদা ফাওবা তাববদি মীমান্নদ্র- কনাগুম্বীশিং অদুগীদমক্তনি হাযবসি খঙবীযু।

— কনা ! মীমান্নদ্রবী কনা কনাশিংবুনো নঙনা হাযবিবদো ?!

— মীমান্নদ্রবী থম্মোয় শোইবোম্লববী লুখ্রাবীশিং, খাযনা মৈনা ঙাওববীশিং। মখোযশিং অদুগী থম্মোযগী ব্রাকৎনি। থম্মোযগী ব্রাকৎপু খোঞ্জেল থোক্লনু থিংবদি অহিংবগী ফংফম থোকপদু মৎপা নৎতববা ?

— মখোয়গী অরা নুংঙাই খুদিংবু ঐখোযগী খূত্তা লৈববা ? ঐখোযগা মখোযগা কবি মবী লৈনবগে ?

— লৈনৈ, মদুদি নখোয় খঙদববা ? নখোযগী পান্দম অমগীদমক চঙশিল্লিবা থৌবমশিংদুনা, থৌবাংশিংদুনা শক লোৎপা খৃৎপু মচা কয়া কযা শৌগৎলক্লবগী থোঙ হাংলি। লৈবাক্কী মিংদা মবন্নাইগী পুন্সিদা হেন্না মায ওল্লক্লিবা কযা থোবক্লি। পুন্সি লানফমদা ককঙাওনববশিং লম্যাংনবি, লমথুং খঙদ্রবা, লম্লোং ফাংলবা লম্বেল কযা কযা শেন্নক্লি, মাযকৈ ঙাওবি, য়েংথিনবি। অমগা অমগা থাজনদবগী, যেংথিনবগী ময়াইনা কুপশিন্দুনা অঙম-অঙম হাৎনবি। মবাল লৈজদ্রবী নুপী কযা লুখ্রা শীংদা চলহৌবি, লৌশিং যাওদ্রিবা পীক্লিবা মচাশিং পীদৎ-পাদৎপা ওইহৌবি। মখোযগী তেংথা, মখোযগী ৱাকৎ মথম্মোযদা অসুম কংখ্রসনুবা ?

— মখোযসু মখোযগী মপাপকীনি। শিখ্রবশিংদো মবাল লৈবগীনি। অদুগুম্বা মবন্নাইগী খনবা মখোযদুদি হাৎপদা মতীক চাববনি।

— পাপ চেন্দ্রিবা, মবাল লৈজদ্রবশিং অদুগীদি কবি মবালনো ? মখোযগী পুন্সিদা নৌনা মৈশা লাংহল্লিবা, চৈনা ফংহল্লিবা, মচেৎ-মকায তাববা পুন্সি অমমম ওইহল্লিবা, মখোযগী কবি মবালনো ?

— ঐখোয মদু খঙদে, ঐখোয়গী পান্দমদি অবানবা তৌবশিংবু চৈবাক পীবা, মখোযবু মাঙহনবা, মক ফংনা মুথৎপা, মদুনি ঐখোযগী পান্দম।

— অবানববু মাঙহনবা ! মবাল লৈববু হাৎপা ! মসিনা নখোযগী ৱায়েল ! . হাৎপা নত্তবা অতোপ্পা ৱাখৈ লৈত্রববা নখোযগী ! হাৎপতনা ৱাখৈবিবা কবিগীনো ? হেক্তমক হাৎপগী অযাবা নখোযদা কনানা পীখিবগে ? নখোযবু সুকলানমক লানখিদ্রিবা ঙাক্তবা ?

— মানি মদুনি, খ্বাইদগী হক্লবা চৈবাক, ফংবা তাবনি মখোয।

— 'নখোযগী ৱাযেল, ফনমক চুন্নম্বদি যাই অদুবু অচৌবা মবাল লৈববা কযা কযাদি নখোযগী ৱাযেলনা শোক্তনা লৈবি। মখোয কযা কযা তৌবা ঙম্বা ওইদুনা মীযামগী ইকায খুম্নবগা লোযননা হিংলি। পুম্নমকপু নখোযনা চুমথোকপা ঙম্নববা ?

তুমিন্না লৈবি, পাউখুম লাকতে। মখা তাকই।

— নখোয়গী ৱাযেল, নখোয়গী ৱায়েল অদুদি নখোয়না ঙম্বা মখোয খবা অদুতগীনি। নখোযগী খোঙজংদুনা ইবমদমসিবু পুমশেম শেমদোকপা ঙম্নববা ?

— হৌজিক্তি ঙমদ্রবসু শোযদনা ঙল্লক্কনি।

— নত্তে, মদুদি ওইথোক্তবনি, হাৎপতনা ব্রাখৈ ওইবিবা নখোয়গী ব্রায়েলদুনা তংদু লৈতাবা, হূবান চীল্থি লৈতবা, অমগা অমগা তুহৎনদবা ইং তপ্লবা খুন্নাই অমা কৈদৌনুংদা পুবকপা ঙল্লোই।

— হৌজিকসু নঙনা ঐখোয়বু শীংনবি ?!

— শীংনবা নত্তে, অশেংবদু হাযবনি, ওইবক্কদবদু হাযবনি। হাৎপা নত্তবা অতোপ্পা ব্রাযেল অমা লৈত্রববা ? হাৎপা- তূপ্পা, হাৎতোক্লবগী শাজৎ অমনা পাক- শন্না মৈব্রাযবক্লিবা ঙসিগী ইবমদম, মসিগী লমথুংফম্বু কদোমদনো? ঙসি ঐখোযগী ইচিল ইনাওশিং নুংঙাইনা হিংনীংবগী মযাইনা ককঙাওনবক্লি। লমথুং লৈত্রবা অপাম্বনা মখোযবু তত্তনা কৌবি। লাংতক্লবা অসিবু ঈখৌনহল্লিবা অসিগুম্বা লীক্লম, শোইবোল্লবা পূক্লিং ব্রাখলগী মক অদুবুদি থিববোইদ্রা ? নৈনববোইদ্রা ? কবিনা ওইহল্লিবনো কনা কনানা থোকহল্লিবনো মসে। মৈবানবী ওইবিবা থব্রায মচা মচাশিংদুনি নখোযনা চৈবাক পীবিববশিং অসে। মখোয লম্মুক্ক ববশিংনি, ককঙাওনববশিংনি। হাৎপগী মহুত্তা চুমথোকপিফম থোক্তববা। মবাল খবগীদমক্তা হাৎপা তাববদি মবাল লংজদবদি কনাসু লৈবল্লোই। ইচুম- চুম্না মবাল থঙজিনবিববা কযাসু চেকশিনহৌদবা নখোযগী ব্রাযেলগী অশোযবনা মবম ওইদুনা অবেম্বদা পুন্সি পীখম্লখিবসু কযানি। নখোযগী থৌওংশিংগী খুদোংচাবা লৌদুনা অতোপ্পা খূৎপু কযানা মবন্নাই যেক্লবা মীওইশিংদা পুন্সি তেমশিংনবি, পীখম্নহল্লি।

— মদুদি অশোযবা, অশোনবা খবগী ব্রানি। অদুগা ঙাকপিবা, চুমথোকপা হাযবদুনা মথং মথং লাযনাদো শন্দোবকই। অদুদনি , অদুদনি হাৎপনা মখোযবু ব্রাখৈবিবা।

— মদুদি চুমদবনি, ঐনা হাযবিবসে চৈনা ফংহৌববা থব্রায মচাশিংদুগী ব্রাকৎনি। মপা- মমা মশক খঙহৌদ্রবশিং, মপাগী নুংশিবা ফংজদ্রবশিং অদুগী থম্মোয শোয়দনা শোযনাইবা ওইবক্কনি। মীনুংশি ফংদ্রবা থম্মোযশিংদো, পুন্সিশিংদো মখোয ঐখোযগী তুংগী মীবোলনি। মীনুংশি ফংদ্রবা থম্মোযশিং, ওমচাক্লববা পুন্সিশিং মখোযদুনা ওইবক্কদৌবিবা তুংগী মীবোল লৈকংলাগী ঈপাক ওইবক্লোইদ্রা ? ওইবক্কনি শোযদনা ওইবক্কনি। লৈকংলাগী ঈপাক অদুদা অসিগুম্বা হাৎন- শুনবগী ঈখেংনা ঈথক ঈপোক কাবক্কনি।

— কবিনো ? কবিনো নঙনা হাযবিবশিংদো ?

— অশেংবনি ঐনা হাযবিবসে, নখোযগী ব্রাখৈনা পুবক্কদৌবিবা তুংগী মীবোল অকিবা ফংলবা লৈকংলাদুনি। ঐ যেংনীংদে, উনিংদে নখোযগী খুদোল। লেপ্পু, লেপ্পু নখোযগী মীহাৎ মীপুন ঐ পামদে, তশেংনা পামদে। লুখ্রাবীশিংদো, পীদোল্লবা অঙাংশিংদো, মখোয তেংথাবি থম্মোয কাযনা। নখোযসু তাওনে, তাওনে নখোযসু। তাবীববোইদ্রা ?

ব্রাহৈশিংসে থাম্বা ঙমদনা চেন্থখি ঐগী চীন্দগী ঈশিং ঈচেলগুম, তাউথোকখি লমহাংদুদা নুংশিংকী ঈপোমদা। থংনবা মীকুপ্তা তাখি অহৌবা মখোল খবা মথং মথং, অদুদগীদি হকচাংদা খাংঙমদ্রবা চৈনা । খোঞ্জেল অমত্তসু তাখিদ্রে। পাউখুম পীবকখিদ্রে ঐগী ব্রাকংকী লোযননা ব্রাহংসু লাকখিদ্রে মখোযদগী। অমম্বনা কুপলিবদু হেন্না মমশিল্লকলি। খাঙফম খঙদ্রবা চৈনাগা লোযননা ঈখেং শিন্থবক্লিবা থবাকসিদা ইখুৎনা পাযশিন্দুনা লৈমাযদা তপ্লা হিপথবে। খঙলে ! ব্রাকৎতুনা ইবালসু ওইখ্রে। পৃক্লিংগা থম্মোযগা চুংশিন্নদুনা পাউখুম অমত্তংদি পীহন্নিংবনি। খৌবাংখিবনি অদুগুম্বা পাউখুম অমত্তং পুন্সিসিনা। অদুবু ফংখিদ্রে । ফবে । ব্রাকৎশিংসিদি নিলহৌবসনু মীবোল কযাদসু, ঈপোম্নসনু মালং ঈথক্তা শিনথুংখ্রসনু মফম খুদিং । ■

*ইম্ফাল, ২০১২*

# ওল্লক্লিবা শক্তম

অযুক অঙনবগী মেঙলবা নুংশিৎ নুংশাগী নুংঙাইববা ফীভম থুগাযদুনা মহৌশাগী ওইবা খোঞ্জেল নত্তবা খ্রেং খ্রেং লাউববা কোল লীক্কী অহৌবা মখোল অমদি কবিগুম্বা পোৎ- চৈশিং লংখায-চৈখাযবগী মখোলশিংগা লোযননা মতৈ-মনাও অনীদু কন্না নীংঙাই-শংদান্নবগী খোঞ্জেলনা থংনবিবা দুকান পবেংশিংদা লৈবিবা মীশিংদু ইথক থক্কৎহল্লে।

- 'কবিগীনো নঙনা ঐনা তৌবা থবক্তা অসুক যাম্না যেৎলিবসে। কবিগীনো ঙাইহাক নৈতনা ইশৌ লাংলিবসিবো।' নুপাদুনা মশাগী অশাওবা পুম্বা ফুদোক্লদুনা নুপীদুদা হংলিবা ৱাহংনি।
- ঐ পামদে, য়ানীংদে নঙনা তৌবিবসে। কযাবক হায়খো হায়বিবনো? ঐখোযবু মসি নৎত্ৰবদি হিংনবা লম্বী অতৈ লৈত্ৰবো ?
- লৈতদনা তৌবিবনি। নঙসু খল্লুদনা থিযুদনা। ঐঙোন্দদা তাইনবিবা কবিগীনো ?
- ঐসু খল্লিবনি অদুবু নুপী ঐখোযগীদি ঙমখৈ লৈ। নঙদি নুপানিদনা। নুপা থোক্লা তৌবা যাবা কযা লৈবিবসিদি ।
- ঐসু যেৎলিবনি।
- যেৎলিঙৈদা ঐগী পুন্সিদি কদায ! মীয়াম্না ঐখোযদা যেংলিবা মীৎযেং, নঙদি নুপানি ফৈ। ঐদি . । লাক্লিবা মীথিৎশিং অসিগী মওং-মতৌসু নঙদি কবিসু খঙবীদে, উশিন্নদে। মমল লৈবা, তশেং তশেংবা কনা লাকপগে মফমসিদা। অচেংবা যেংবা, খুদোংচাবা লৌবা পাম্বা কয়া কয়া। মখোযগী

মমিৎতা উবিবা ঐগী শক্তম, মখোয়গী ইঙ্গিৎ ঐ তুক্কৎচৈ হঙ্গোই। ফনমক ৱানা, লৈত-লায়বনা হৌবক্লবসু ইশাগী মমলবুদি ৱাংনা লৌই, নঙনা মীকুপ খুদিং শেন্নবীব্রা ? হৈনখিদ্রবা তুজুংলবা মীকুপ কয়া কয়ানি। ঐগী ইকাইখুম্নবা ঙাকপসে নঙগীসু নথৌ নত্তববা ?

কপঙাং ঙাংলিবা মহাক্কী খোঞ্জেল অসুম মযেক শেংকৎলকলি, নুপা অদুগী খোঞ্জেল অমুক হন্না তাখিদ্রে।

লৈমা কৈথেলগী মনুং হুঞ্জিল্লগা লৈবা দুকান পবেং অদুগী অবোইবা মচীন্দনি মখোযগী হোটেল অদু। মনুং চঙশিনবা মবম্না কৈথেলগী মীনীল তাদে, মীসু কযা চিন্দে। পোৎশিং ফত্তবনা দুকান অযাম্বা খবা তোক্লখিবা যাও, থোঙ হাংদবা য়াও ইচীক-চীকই। মাযোক্লবদা ভিডিও হোল অমা লৈ, মদুদা মতম মতমগী ফিল্ম কাপই। অদুনা মী খবা খবদি তিল্লি। মখোযগী হোটেল অদু উপাক্কী থোঙ পাল্লি, অযাম্বা মতমদা অখূবা উপাক্কী মফম অমখক নত্তনা অতৈ হাংদে। ওলাংবনা চাক্লবা মতমগী অথেঙবা অয়ুক্কী তাঙ্গানি। সুনিতানা হাংলিবা থোঙ অদুদগী থোবক্তুনা মাঙ্গোলদা ঙাইহাক লেপ্তুনা যেংই, অচৌবা লম্বী তাখ্রিবা লম্বীমচা অদোমদা। মমাঙদা লৈবম্বা প্লাষ্টিক টুলদু লৌদুনা ফমথৈ। মকোক তাঙলবা, চিবাইনা আ যৌপ্রবা মোৎতাইনববা চহী মযায়গী নুপা অনী স্কুটব মখোল যাক্লবা অমদা থৌজিল্লকই, হংলকই –

— ইবোমচাবু লৈববা ?

— অম্বাইদা থোকখিবনি। কবি ?

— পোৎপু লৈববা ? নুপাশিংদুনা হংলকপনি।

— মা হল্লক্লগা ...।

হায়নবিঙৈদুদা মযোম অমা যাল্লগা লাকই ইবোমচা। উবদা নুপাশিংদু হায়নৈ — এ লাকপু লাকএ। মযোমদু পায়দুনা ইবোমচানা মাঙ থাদুনা চঙনখি মবী-মবী। ঙাইহাক লৈবগা কৌবকই ইবোমচানা -

— অমুক্তা চঙলকখোদনা ।

সুনিতা তায অদুবু ঙাইহাক লৈ ফমদুনা। হৈনীংদনা হৌগৎলগা চঙখি। মনুংদা থোং-থাকপগী মখোলশিং লোয়ননা মনমসু ফাওবকই। ঙাইহাক্কী তুংদদি তাবকই - শেংফাত্তবা গ্লাস থেংনবগী, মহী হৈবগী অদুদগী শুক-শুক চা-থকপগী শামিন। সুনিতা তপ্না অমুক থোকখি।

মপান্দা হান্নগী ফম্ফমদা ফমলুই। লম্বেলদা গাড়ী অচৌবা থৌখিবগী মখোলগা লোযননা উফুলগী ঈপোম মচা অমা য়ৈবৈ। ভিডিও হোল মনুংদা পংহৌ হৌদবা খোঞ্জেল থোকলি। মপান্দদি ইচীক-চীকই। নুংশাগী মৈশাদি কনখৎলকলি, মীৎ পাঙবদা অৱাবা ওইবি। মাযোক্লবিবা হোলগী হেক মমাঙদা হাংলিবা ক্বা যোনফম অদুদগী কৌবকই –

– চাকপু চাবববা সুনিতা ?

– কদাযদগীনো ইচে, ঙসাইদগী থোকখিবনি, হৌজিক্তা হল্লক্লিবদুনি।

– থেংঙেনে।

সুনিতা হৈনীংদনা উই, মতৌদা ৱাখল পবীং শান্দবা উই, হৌজিক ওইবিবা পুন্সিগী থবক্কী মবক্তা মাগী ৱাখল নৈদুনা লৈবগুম তৌবি। মনুংদগী মীশিং থোক্লকই, মখোযনা থোকপা চৎনখি। অনৌবা মী খবা অমুক লাকই, মখোয়সু মনুংদা চঙখি। অচঙ-অথোক পোৎ লৈবা যোনবগী মতৌনি।

অচঙ অথোক্কী পবীং মবকসিদা মহাক্কী পুন্সি ফনা শাংলে চথবক্লিবা। অসুম খল্লি হৌখ্রবগী, হৌজিক্কী। মঙ মঙই নীংশিংবা মবক্তা –

ইনখৎলক্লিবা ইবোমচাগী তনাপ তনাপ্পা শক্তম্না মহাক্কী মঙলানগী মীৎমাঙদা চোংথোবকই। ফনেক খোযদোম শেৎলিবী সুনিতানা খুত্তা সনাবুল পায়দুনা লৈকাযগী পুখ্রি অচৌবদা ঈশিং শোক্লি। অথনবা সনাবুল খ্বাংদা যেপ্লদুনা পুখ্রিগী থাকশিংদু কাখৎলকই। ইবোমচাগী চুং ফিবাল চাববা শক্তমদু মাঙমক্তদা চঙশিল্লক্লুনা লেপ্লে। মীৎচান্নখি মীকুপ অমখক, খঙহৌদনা তুজুংখি । মশক খঙদ্রবা পূক্লিং ইহুল অমা ফাওখি অহানবা ওইনা নুমিৎতুদা। মথং মথং নুমিৎ কযা উন্নখি, যেংনখি নুমিদাংৱাইবম পুখ্রি মপান্দা। সনা অহিংবগুম লংলবা মহাক্কী কুচুদা নুমিদাং ৱাইবমগী নোংজাবীগী মশেক মঙালনা যৈবদো কয়াদি ফজখ্রে, অপান্নবা যেংবা ঙমদনা মমায় লৈথোকচববা সুনিতাবু খামদুনা পূক্লিংগী ৱাবোল কাঙথোবকখিবদো নোংথাংনা শোক্লবগুম তনীকখিবনি সুনিতাগী থম্মোয, অমুক পম্থবা তৌদনা পূক্লিং- ৱাখল তিন্ননা নুংশিবগী অকনবা ঈবৈদা তাউথখি। নীংবা থুংবা হাযবদু শকখঙখিদ্রবা সুনিতাগী থম্মোযনা ইবোমচাবু নুংশিগী খোঙলোই ওইনা ফংজখিবদি পুন্সিগী অহানবা নীংথুংববু শকখঙজবগী তাঞ্জা ওইনা থোকখিবনি। মতমদুদা সুনিতাগী থম্মোয় যেন্নীংথাগী নৈপাল ওইখিবনি। ইবোমচাগী মতুংইনবনা মহাক্কী অবেপ্পা ওইবকখিবনি।

সুনিতা মীকুপ খবা তাউকই ইনখৎলকপগী নীংশিংবা মবক্তা । খল্লকই – ‘কবিগী মাঙোন্দা মবাল শীকৄবনো ? মহাক্কী মবালবু কবিনো ?’ তৌফম খঙদ্রবা মপুবোইবগী মতৌবু খল্লুবগা নীংঙল্লক্তে। খল্লকই ‘মহাক্তনা ঐবু নুংঙাইহনগদবনি খনবসিবু চুম্ববা ?’ ঐনসু মাবু নুংঙাইহনগনি খনখ্রিবদুদি পাঙথোক্লবোইদ্রা ?’

খল্লি অসুম হিংলিবা পুক্সি মহিং, মপুবোইবগী শিনফম, লাক্লিবা মীওইশিং। মসিদি মহাক্কী মঙলানগী মচেৎ অমত্তসু নত্তে। মহাক মসি পামদে, হৈনদে। হৈনীংবা সুকপোক পোক্তে। মহাক চম্না, লাযবনা হৌবকই, অদুক হাক্লা লৌশিং লৈজবী অমসু নত্তে, অদুবু মসিগুম্বা শিনফম, মসিগুম্বা মীওইশিংগা উন্নবা, ওনশিন্নবা মহাক পামজদে।

পীক্লিবা মচানুপাগীসু খল্লি –ঐখোযনা মী ওইহৌদ্রবসু মহাকপুদি ওইহন্দবা য়াদে। অসিগুম্বা শিনফমসিনা মচাবু লেম্না য়োক থাকপা ওইথোক্লোই। অদুনা মপুবোইবদা তত্তনা হৌদোকই-

– ‘মসি নত্তবা শিনফম অমা তৌসিবা, ইচাসু হৌবক্লি।’

মপুবোইবনা খুমই।

– নঙনা হাযবিবদু যাম্নদি চুমই অদুবু কবিনো তৌগদবা ? শেনপোৎ যামদবা, পোৎশিং ফবা মসি নত্তনা লায়ববা ঐখোয়না তৌগদবসিবু কবিনো ? মীচঙ-মীথোক লৈতে, লন-থুম লৈতে, লাইবিক তমহৌদ্রে, শিনফম নাইহৌদ্রে।

মপুবোইবগী পাঙ্গল থোক্তবা মতৌদা মখা তাবা ঙমদে, অনৌবা লম্বী পুথোকপসু ঙমজদে মহাক। অদুনা মবক মবক্তা হৌদোক্লে শিনফম হোংনবা। খৎন-চৈনবা কযাবক্লি, ব্রাবেপ তাবা ঙমদনা হেক্তা লোইশিল্লি। অসুম্না হৌখি ফনা শাংনা। সুনিতাগী পূক্লিং হৈনীংলক্তবা কুইবে, অদুঙৈগী মীনোক্তু তমখিদবা কুইবে।

– ‘ইমা, থংনবা দুকান্দগী শান্নপোৎ অসে লৈবীযু, লাও চৎলুসি।’ স্কুলদগী হল্লক্লিবা মচানুপানা চিংলে।

মচানা মখূৎ পায়দুনা চিংলকপদা মীকপ থোকপগুম লেংলকই সুনিতা। মচানুপা স্কুলদগী হল্লক্লল্লে। মচানা চিংবা মফমদা মতুং ইন্দুনা চৎলুবে। চিংশিন্দুনা শান্নপোৎ নোংমৈ অমদা মখুৎনা থিল্লদুনা হায়বকই –তু ! ইমা অসে, নোংমৈ অসি লৈবীযু।

— কয়ানো অসিদি ? সুনিতানা হংই।

— লুপা ২৫০নি। পোৎয়োনবদুনা খুমই।

সুনিতানা মচাবু থেমই। 'মসিদি চাওমল্লি, চাউবগা লৈবীগে মচা অমসি ওইনা লৈবীগে।' মচানা যাবা কৌবা লৈতে।

নোংমৈদু লৌদুনা মচাদা পীবে।

— 'পৈশাদি হোবেন যুমদা কুপ্লমদাইদা পীবগে।' হাযবল্লগা সুনিতা মচাবু পুদুনা লাক্লে। অপাম্বা থুংলবা মচানা হবাওনা শান্নবি শান্নপোৎ নোংমৈগা।

ব্রাখল খনবা হৈবমদবা, ব্রাখল খল্লমদবা সুনিতা ঙসিদি লুথনা খনবা হৌবকই। মচাগীদমক । অদুঙৈ মহাক পুন্সিগী মঙ মঙজবা ফাওবা ফংজখিদে। যাম্না মনীং থুংজখিদে। ঙসি মাগী মচাদা মঙ য়াওদবা পুন্সি অমা পীগনি খল্লুবদা মশাদা অনাবা ফাওবকই। খল্লকই, মদুতদি ইচাদা ওইহল্লবোই। শান্নপোৎ নোংমৈদা নত্তে, পূম্নমক পীনিংলকই মচাদা। ফল্লম্বদগী ফুক অমুক হৌগৎলক্লে। মনুংদা অমুক চঙশিল্লি। উবকই- থকলিবা, চাবিবা, ফীভম চুম্না ফম্বা ঙমদ্রবসু যাওবি, মপুবোইবনা চৎলো তানবা লাক্লবি। সুনিতা হৈনীংদনা অমুক থোক্লকই। অদুবু হন্দক্তি নহানমখৈগুম হৈনীংদবদু নত্তে । হৈনীংদবনা ব্রাবেপ অমা থিবা কন্না লাক্লবি।

থক্লম-চাবম্বশিং লোয়না চৎনখ্রবদা মপুবোইবনা কৌবকই —

— লাকওদনা চাইবিবশিংসি খবা লোযশিল্লবো। কবিনো মসিবু ঙাওববা ? চপ চপ লেপ্তুনা সুম লৈবিবসিবো !

যাম্নমক হৈনীংদনা নুমিৎতুসু হৌখ্রে। য়াচঙলকপদা মপুবোইবগা লোয়ননা মচা পুবদুনা যুমদা হল্লক্লে, নহানমখৈগুম।

অহিং ইচীক হুল্লক্লে। অহিং অসিদি মমাঙগী হৌখ্রবা অহিংশিংদো নৎত্রে। পুম্নমক তুম্ন-হিপ্নখ্রবসু সুনিতাদি তুমথবা সুকয়ামক য়াখিদ্রে। য়াওন য়াওন্দুনা লৈবে। ব্রাখলনা পোৎলুম ওইববদা মীৎকুপ অমত্তসু পোখাবা ফংখিদ্রে। অহিং মমৈগী তানফমদা পাম্বৈ অমা উবকলে —লৈকাই অমত্তদগী হৌমিন্নবকপী অব্রাংলোমগী মচে চাউবী নুপীকৈথেলদা ইনশাং নাপী য়োনবা চৎলি। মাগী মতুং হেক্তা ইল্লগে লেপ্লে সুনিতা। ব্রাখল অসিনা মাগী চোকথববা তনথববা পূক্লিংবু তেকখৎহন্দুনা নোংঙাল্লমদাই অইংবা নুংশিৎনা তপ্না তপ্না সুম্বীখ্রে।

সুনিতানা মীকপ থোক্লকপদু খবা থেঙলমলে, নুমিৎকী মঙাল লাক্লম্লে ।

পাখৎপগা লোযননা ফুক হৌগৎলি। অৱাংগী চাউবীখোয়দা তনচেন চেল্লি। কোনথোঙ যৌবদা ওক্লবে, চাউবীনা কৈথেল কাগদবগী থোক্লকপদা।

ইফিং ফিংনা লাক্লিবা সুনিতাবু উবদা হংবী চাউবীনা -

— কদোমদনো ইফিং-ফিংনা ?

— ইচে চাউবীগী নাক্তা লাকইবনি, ঐসু কৈথেল কাবা যাওবগে হায়দুনা।

থাজদবা মীনোক অমগা লোযননা চাউবীনা মখা তাবকই -

— কৈদৌদৌবিবা কৈথেলদা ? নহা নখোযনা মপান থোকনীংলকইসিবু নচেখোযদি কিবু কিশিল্লকএদা !

— ইচে, ঐ অতোপ্পা লম্বী লৈত্রদনা তৌববনি, ইচেগী তুং ইল্লগে খন্দুনা চপ যুংনা লেপ্লবনি।

— ইনাউনুপানদি যাবববা নঙগীসিবু, শা-লান শানদনা নঙবু ।

— শানীংবমখৈ শাজসনু ইচে, মাগী শিনফমসি ঐ পামদে, সুকপাম পামজদে। তৌনিংঙাই লৈতবগী তুমিন খাঙবনি। খাঙবা ৱাবক্তুনা ঐ লাক্লবসিনি, ইচেগী তুং ইল্লগে মতেং তৌবিযু ইচেনা।

— অদুবুদি ফৈ নঙনা লেপ্লিবদু চুম্লবনি। মীৱা মৈশাসু লাংবা, মীনসু ফনা, নুংশিনসু ঙাংনদবা। মীগী মবুক নাবা থবক অদু তৌগদবগী শকক মসিনদি য়াম্না ফগ্রবজাৎনি। ইশাগী হুমাংমল শেংনা চাজবনি।

— ইচে ঙাইহাক্তং ঙাইবিবস্মু, অঙাংদো স্কুল চৎনবা হায়বমখিগে, মপাদসু তাক্লমগে।

মচে চাউবীগী মতুংইন্দুনা কৈথেল কাবকপা ফনা কুইবক্লে। কৈথেলগী শাজৎ ফনা নীংথিনা খঙলকলে। নোংমনা মাঙবা নোংমনা খবা তোংবা ইফ-ফগৎলকপগী ফীভমদি উদে। অদুবু মসিদা নুংঙাইজবা হৈনীংবা অমদি অদুম লৈ। অদুনা ঙন্তা হৌগৎলগা মপুবোইবগী মচাগী চান-থক্লবা থৌবাং তৌবল্লগা মচাবু স্কুল চৎনবা চেৎনা শিন্নবল্লগা কৈথেল নংনবা চেনচৎ চৎলকপদা ফনমক ৱাববসু ৱায হায়বা নীংশিংলুদে। ফনবু নুংঙাইনা খল্লক্লে। নুপী কৈথেলগী মওং মতৌ অসিসু তোঙানবা অমনি। তোপ-তোপ্পা নুংঙাইবা অসিগী মথক্তসু হৈথোই শিংথোইবগী মথৌসু তঙাইফদবনি। মবমদি লাকথুনবা, নমহৎনবা শাজৎ অসিদি মফম মতম পুম্বদা

লৈবনিনা। অহানবদদি সুনিতাদু অৱাবা অমা ওইবম্মী। অসিগুম্বা ফীভম অসি খঙদ্রিবৈঁদুদা, মতুংদদি খঙলক্লে, হৈবক্লে, কৈথেলগী লীচৎ।

মীঙমজদবী ৱাঙাং হৈজদবী সুনিতাদা মচে চাউবীনা তাকপি -

— নঙগী মীঙমদবদু কৈথেলসিদদি যাবা নত্তে, নশা ইৎনবা হোৎনগদবনি।

হাযগুন্নদনা সুনিতাদু অকিবা ফাওবম্মী নৌবিবৈঁদা। পোৎ থাবী লাক্লিবা খুদিংমক মাগী মাগী খৃৎফা ঙাক্তনি। পুখৎলক্লিবা পোৎশিংদু লল্লোনবীশিংনা তাপ-তাপ লাক্লে, ফংহৌববোই মতানি। লাউনৈ, চৈনৈ, কবিগুম্বা মতমদা ফুনবফাও যাওই। অসিগুম্বা মতৌশিং সুনিতাদদি পুমনৌ নৌখি, অকিবা ফাওখি।

অমবোমদসু পোৎফম মফম কনশিন্নবদসু অঙকপা লান অমনি। মবক্তুদা পুলিসশিং লাক্তুনা তানখাযবৈ। মফম চাদনা পোৎফম ফমজিনবগী। তকথোকই, তানথোকই, কবিগুম্বা মতমদা মপোৎ-মচৈ ফাওবা হৈদোকপী। পুন্নমকসি লানফম অমগুম থোকখি সুনিতাদা। তপ্পা তপ্পা হৈনবকই, খাঙবা ঙন্নকই। হৌজিক্তি স্বব খজিক্তং হোন্দোকচবে, অদুনা খল্লকই - 'ফবেদা, সিনা ফবে। অৱাবসি অমা নৎত্রগা অমদি মাযোক্লগদবা মবৈবে। খৎনববসু লাউনববসু ঙাইহাক্কীনি, মাগী মাগী ঙম্নবা হোৎনবিবা ঙাক্তনি। অসুম্না ইনীং তম্না মীৱা মৈশা লাংদনা নোমজবসে মসিনা ফবে।' হুমাং তাদনা ফম্নগা তাল্লিবৈঁ মতমদো কযাদা ওলাংখিবা ! মদুদগী নানথোবকপগী নুংঙাইবা অসিনা নুংশানা কাহৎলবা মাযথোঙদা অতোপ্পা মঙাল অমা ফুদোংলক্লি।

হৈনীংবা মাঙলুববা সুনিতানি। ঙসিদি হৈনীংবতনা লাকশিল্লক্লে। অযুক মমলিবৈঁদা হৌগৎতুনা মচাগী মপুবোইবগী চান-থক্লবা লোইবন্নগা চেনচত্তা নোংমগী কৈথেল কাযদনা কাবকলি। লল্লোনপোৎ মুন্নবগী লান্দা ঙসিদি মহাকসু থোইদোক্লা হৈথোই শিংথোইববী অমা ওইবক্লে। ইনফি অদুনা খ্বাংচেৎ থোক লাকশিল্লগা মাগী মাগী খৃৎফাশিং নাম্থোকখিদনবা মীকুপ নাহুম শিংগৎলক্লিবী সুনিতাবু য়েংলগা নোংমা চাউবীনা ফাগী তৌবকই -

— সুনিতা ইবেম্মা, নঙনে — নচেনা তম্বীবনা খবতা নঙনা হৈবনা হেন্দোকখ্রে। চহী কুইনা কৈথেল তাবক্লবা ঐখোযদগী নঙনা হেন্না মতৌ মানশিল্লক্লে। অঙাংশিংসে য়াম্না তম্বী-লাকপীকবা যাবজাৎ নত্তে।

চাউবীগী ৱাহৈদা খজিক ইকাযবগুম মমি অমা মাযথোঙদা ফাওবক্লি। নোক্লগা খুন্নকই ইচম চম্না

— 'কদাযদগীনোদা ইচেসিমা।' অদুবু মথন্মোযদদি ফাওবক্লি শীংনবগী ইহুল।

'পুক্সিগী লানফমসিদা লান অমদি শোযদ্রবনি, ঙসিগী লানসে ইফমদদি অমত্তা ঙাযববা পান্বেনি ইচাগীদমক, ঐগী ইচা মণিমতুমগীদমক।'

কুইনা নোকখিদ্রবা মীনোক্কী মমি তাবক্লি মাগী মায়থোঙদা। মদুগা লোয়ননা চাউববা ছাটিন অদু ব্লাংনা থাংগৎলদুনা কযাদা হৈনীংনা খনগৎলকইবা, লাংবনগী নুংশাবু তেমশিংনা। অশাংবা স্বব অমগা লোযননা লৈনাং মথক্তা থাবিবা পাক্লবা চেবং মথক্তা নীংঙাইদনা ফমথবকই। ■

*ইম্ফাল, ২০০৭*

## লৈকংলাগী খোন্হাং

— 'নঙনা হাযবিবদুবু কবিনো সবজু, মদুবু হেক্তা, হেক্তমক যাববনে?'
ঐনা হাযখি খবসু শাউনীংনা অদুগা কোইনদবা মওংদা ।

'হেক্তা যাবা নত্তবদো অদুননি ঐনা হাযবিবসে।' মাসু ইহন হন্দনা হাযবকই।

হন্দক মবক সবজুনা অহাঙবা মতম যেংদুনা হেক হেক ঐগী ইনাক্তা লাকই অদুগা ব্রাফম অমা মবন্নাইগী ওইবা হৈনীংবসু যাওনা হেক হেক তকশিল্লে। নোংমসু মহাক্লা শৎ লাক্লুনা হাযবৈ,

- খবদি খল্লুদা নঙবু, নতৌদি ইথোৎ-থোৎপা মাল্লদনা, থম্মোযদু অদু যৌনা কল্লমনীবু থাজকদে। অদুগদি ...!

মাগী ব্রাহে লোইফাৎত্রিভৈদা ঐনা ফাথবা ঙমহৌদনা নোকনীংবা খোম্লোক্তা হাযকই।

— 'এ ঐবু থম্মোয কন্দবীনি হাযবদি নঙনা কবম্না খনবীকবিবা, কবিদগী ঐবু ইথোৎ-থোৎপী ওইনকা উবীকবিবা . !'

মমিৎতু লাউথোক্লুনা যেংলগা ঐগী ব্রাঙাংগী অশেংবদু খঙনবা হোৎনদুনা লৈখ্রে। ঐনা মখা তাকই,

— অশেংবনি ঐদি থম্মোয যাম্না কনখ্রবজাৎনি। খনখিবদা, নীংখিবদা পাক হোংবা ঙমগন্দবীনি।

— অদুবুদি খঙঙে, ফনদি কুইবে ঐখোয পুল্লক্লিবসে, নোংমতা মনুংগী ব্রা অমত্তা কাঙথোকপা নত্তে লুখ্রপোৎনি।

ফাগী তাথোক্লুনা হাযবকখিবা ব্রাঙাংনি। ঙাংনবম্না ব্রাফম কাউথোক্লুনা ঐখোযনী ঙাইহাক নোকমিন্নে ক্ষুলগী অহাঙবা লম্পাক্তু যেংদুনা। শৎ লৈশিল্লক্লুনা হায়বকই -

— নঙবু অমুক্তদি খল্লুদা, মতৌদু য়েংবা ঙমদদুনা তৌবনি।

— 'খল্লিবনি ...।' ঐনা শোম্বাংননা খুন্নুই।

— 'খল্লদি হাযবোদনা' মবক থৎতুনা খঙতক তকশিল্লকই সবজুনা।

ঐনা হাযকই,

— নুংশিবা, নুংশিনবা হাযবসিদি মীশক অনীগী ৱানি, থম্মোয অনীগী ৱাবেপনি। মসিদি নাম্মতনা ওইবা য়াদে। চুমদবনে সবজু ?

— কনানা চুমদে হাযববগে ? অদুবু মী অমনা নুংশিজবগী মমলসু ইবৈমক লৈতবদি নত্তে। মদুবু ইকাইখুম্নবীফমদি থোকই খল্লি।

— নঙনা হাযবিবদুগীসু অচুম্বদি লৈবমগনি অদুবু থম্মোযসিদা যৌশিনবদি ঙমদে।

— নঙনা হাযনীংলিবসিবু কবিনো ? নঙনদি মহাকসিবু সুকনুংমক নুংশিদে হাযবসিবা ?

— থম্মোযগী ৱা হাযবা অমা লৈ। মীশক অমগী মফম থম্মোযদা কনবা হাযবসে অবাযবা নত্তে। চীম্বালথোংদা নৎত্রগা ৱাখলনা হেক্তেমক শেমগৎপা যাবা নত্তে।

— মদু নঙসু য়ানীংলিদনা নুংশিবদি থম্মোযদগী হৌবকপনি। অদু ওইববদি কবিগী নঙনা মাগী নুংশিববু লৎনগদৌবিবনো ? মাগী নীংজববু কবিগী মমল লৈতনা লৌগদৌবিবনো ?

কবি খুমগদগে খঙদনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈকই।

— 'অদুনি ঐনা হাযখিবদো, মসিদি মাযকৈ অনীগী য়ান্নবনি অমত্তনা ওইবা যাদে। ঐগী থম্মোযদা মাগী মফম কনবা ঙমদে।' খঙহায হাযদোক্লুবগা সবজুনা কবি খল্লমগদগে হাযবা খম্থবক্তুনা চপ লেপলে।

মাসু ঐঙোন্দা যান্না ঙক্না নুংঙাইতনা যেংলকই। অদুগা অশাংবা শ্বব অমা হোন্দোক্লগা যান্না অপান্ননা হাযবকই,

— ফবে, মদু নঙ নশাগী ওইবা ৱানি। ঐনা ৱাফমসিদা নঙোন্দা অঙম তানবগী মবমসু লৈতে। অদুগা মসিদা ঐ ইশাগী অমাঙ অতোঙগী ৱাফমসু যাওদে। তৌবতবু ঐনা হীবমসিদা পূক্নীং খবা থিংজিল্লুবগী মবমদি ঐনা ওজা সন্তোসপু খবা হেন্না মশক খঙলুবা অদুগীনি।

মহাক্না হায়বিবশিংদু ঐ তুমিন্না তাকবি। সবজুনা লেপ্তুনা হাযবকই,

— মহাকসে মপাম্বোংগা মনুংগা মান্নদবা মীশক অমনি। হেক উবদদি চগন্নবা, নুংশি হৈতবা , য়াম্না তমথীবকাসু মানবনি। অদুগা মাগী থম্মোয় অমদি পূক্নীংদি তশেংনমক মদুগী ওন্ন- তৈনবনি। মহাক্তি মীনুংশি যাম্না চাউবা, মীগী মতেং পাংগনবা, অতোপ্পগী অৱা- অনাদা শরুক যাগনবা মীশক অমনি। মসি ঐনা স্কুলসিদা ওজা ওইনা চঙলকপা কুইদ্রিঙৈদা খঙবা হৌখ্রবনি। মতমদুদা মহাক নুপামচাশিংগী লৈফম পান্নবগী থৌসু পুবম্মী। তঙাইফদবা ফীভমদগী ঐসু নুপীমচাশিংগী লৈফম যেংশিনবগী থৌ পুবা তাখি। থবক্কী হীবম পুল্লুবদুনা ঐনা মাবু মশক খঙবগী তাঞ্জা ফংখিবনি। মহাক থবক্তা অমদি হীবম খুদিংদা হকচিনগনবা মীতানি। তাকপী তম্বীবদা, ৱাবক- ৱাতেম্বদা, অরুবা ৱাফম অমবু লাযথোকহনবদা, ৱাবেপ লৌবদা মহাক ইচং- থৌই, মতম ঙাক্লা চৎলি। কেম্পসতা লৈমিন্নবিবা ঐখোয মাগী অদুগুম্বা থৌনা অমদি মচিংগী মকুম থুপ্পা লৈখি।

সবজুনা হাযবিবা মাগী মওং- মতৌ অমদি মঙলশিংদু ঐনসু খঙবা, উবা লৈখ্রবনি। অদুবু পূম্নমক্তুদা ঐনা খোইজংলূবা অমুক্তসু তৌখিদে।

সবজুনা মখা তাবকই,

— 'মহাক্তি চীংলেমখ্রবা মীশক্লি। ৱা যাম্না ঙাঙবা মহাক হৈনদে ৱাহৈ খবতনা পূম্নমক ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। মাগী অসিগুম্বা মওং- মতৌসিনা মাগা লোযনরুবা মীশক খুদিংমক্লা থাজবা অমদি নুংশিবা ফাওগনি।

— 'সবজু নঙদি মহাকপু যাম্না যৌশিন্না খঙলমলে, অতৈদি কবি লৈবিবা ?' কবেম্নবগুম হাযখিবা ঐগী ৱাহৈশিংনি। ঐগী কবেম্নবদুদা থৌশাদনা সবজুনা হাযবকই,

— অশেংবনি। মহাক হীবম পূম্নমক্তা হকচিনগনবগুম থম্মোযগী ওইবা লমদাংদসু হকচিনগনবা মীশক অমনি হাযবসিদি ঐনা যাম্না থেঙনা খঙলকই।

সবজুনা ঐগী মায তম্না থৌওইনা যেংখৎলকই অদুগা মখা তাবকই -

— 'ঐসু থাজকন্দবা তশেংবনি। মহাক্কী মপাম্বোংগী মওং, অতৈ হীবম কযামুক্তা মতম পূম্নমক্তা পূক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবিবা মতৌদুদা অসিগুম্বা অশোনবা মফম অমা লৈবমগনি হাযবা থাজকদে। অহানবদা ঙক্লুই, কোন্নদি তশেংনা নুংঙাইবা ফাওবকই।

মাগী ৱাঙাংদুদা নোংথাংগুম্বগী মতৌগুম ইঙক ঙকহ্নবা অমদি ইথক থক্কৎহনবা কবিগুম্বা ঈঙ্গিৎ অমা পীবকপগুম ফাওবকই। মহাক্না মখা তাবকই–

— ঐগীসু অসিগুম্বা হীবমদা নুংঙাইজবা অমা লৈ। অসিগুম্বা থাজ- ওইথোক্তবা মওং- মতৌ, মীশিংগী নুংগা পানগা খেন্নবা মশক কযাসি ইতোমতা খঞ্জবগা, নৈনজবগা নুংঙাইবা অমা ফাওবকই। মনুংঙাই অসিদা ঙাওজবা মীনি ঐসু। . অদুনা তাঙনা থেংনবা অসিগুম্বা মীশকশিংসিদা ঐগী ইবোমদোম থিজিনবগী থবক হেক হেক তৌকই।

সবজু নোক্লকই, থৱায তানা। মখা চথবকই -

— সিবু কবি কাযগেনে, হা বীতু।

— কবিসু কাযদে, অদুবু অসুক চিল্লবা মবকসিদসু যাম্না নুংঙাইথ্রবা হৈনবী অমা যোক্তুনা থন্নম্বদুদা তশেংনা ঙকই, যাম্নমক থাগৎনীংঙাইনি।

— থাগৎপীবগী ৱাবোলদু ঙাইহাক্তং থন্বীখো অদুগী মহুত্তা ঐগী হৈনবী অসিনা ফংলক্লিবা অঙকপা ৱাফম অসিদুম চানবীদুনা তাবীনবা হাযজবি।

সবজুগী অসিগুম্বা মীবু চিংশিনবা ৱাঙাং ৱাতাশিংসি কুইনা তিন্নবদগী নীংথিনা খঙলবনা ঐনা মওং অমদা নাম্থোক্লবা হাযকই,

— হাযবিবা পুম্নমক্তু চুম্লমগনি অদুবু ঐদি থোইনা খঙনীংবা ফাওদে। মহাক খজিক হঞ্জান্নখি অদুবু মখা তাবকই,

— অসিগুম্বা মীশকসু লৈ হাযবফাওবদি নঙসু খঙজিনবদি কাযদেদনা।
ঐ যেৎলুদ্রে।

— হান্নদি মহাকসে অসিগুম্বা হীবমশিংদা কবিসু নাচুংলম্বা নত্তে, অসিগুম্বা ৱাবীশিংদগী লাপথোক্তুনতা লৈবম্বনি।

— অদুগুম্বা মীওইসু লৈতবা নত্তে।

সবজুনা নুংঙাইবগী মীনোক অমা নোক্লগা হাযবকই,

— নঙনা হাযবিবদু চুম্মী, মসি মশাগী অপাম্বনি, কবিসু কাযবা লৈতে। অদুবু মহাক্কীদি অহোংবা লাক্লে। মীওইবগী পুক্লীং- ৱাখলগী খোঙচৎসু অহোংবা নায হাযবসি ওজা সন্তোসকী পুন্সিদসু উবা ফংলে।

সবজুগী মাযথোঙ তম্না যেংলুই, মহাক্না যাম্না মকা লাম্না নোক্লগা হাযবকই,

— অশেংবনি, নঙনা মফমসিদা লাকখিবা নুমিত্তুদগী মহাক্কী পুক্লীংগী খোঙচৎসু হোংথ্রবনি। অনৌবা ৱাখলগী যেন্নীংনা মাগী থম্মোয়বু কুপখিবম্লে। মসি

ঐনা মাগী মচিন্দগী তশেংনা তাদুনা খঙলবনি। মহাক অনৌবা পুন্সিগী মাযওন অমদা হিংনিংবা ফাওবক্কে হাযবসি মচীনমক্না হায়ববনি।

— 'সবজু ৱাফমদুদি যাম্না লুই।' ঐনা হৈনীংদনা হাযকই।

— বীতু ! নঙসু অমুক্তা খল্লুনে, অসিগুম্বা যেন্নীংসিবু তবাইনা কবম মাঙহনসিগে ? মহাক্কী পূক্নীংদি যাম্না লুবনি, তবাই- তবাইনা পোৎশক অমগী মমি তাদবনি। ৱানা তাঙনা হৌবকপা চাবাদু পাম্মুনা যোকখৎপীফম থোক্তববা ? খল্লু নঙসু মসে, নৎত্রবদি নঙবু থম্মোয পানবী কৌখিগদ্রা ? মী অমগী পুন্সিগী ৱাহংনি, হিংবা শিবগী। কয়াদা লুষ্রবা থৌদাংনো ?'

ৱাহৈশিংসি হাযবম্লগা মখা অমুক তাবমদনা চৎখ্রে সবজুদু। ৱাখলগী লুববা ঈপাক অমদা লংথবীবল্লে ঐবু। পল্লেপফম খঙদ৽' তাউথকই।

ঐগী নুংদা ফুমলিবা পূক্নীংগী বাবোল ঙসিদি সবজুগী অকনবা ৱাঙাংগী শাফুদা নুংপান ওনখৎলক্কুনা ৱাখলগী ঈথক ঈপোম কাবক্কে। পূক্নীংগী লুথম্রবা লৈখাগী লৈবোলদা চেৎনা থল্লিবা অকুবা ৱাফমশিংদি নীংথিনা হৈ- শিংলবা খূৎনা হৈশিংনা থি- হুমদুনা যাকাইহনবা নৎত্রগা কবিগুম্বা অকনবা শাফুগী ঈথিলনা ওৎখাযবকপদা মবোমদোম ফুক্কৎলকপা নত্তনদি ইবায লাযনা কনাগুম্বগী মফমদা কাঙথোক্লুবা হাযবদুদি পঙনা থোক্তবা পোৎনি।

ঙসিদি সবজুগী অকনবা নীংঙাইদা ঐগী পূক্নীংগী অবোন- অথুপশিং মথন্নতা তাউখৎচবক্কে, পূক্নীংগী ঈমায়দা। বোবার্তকা ঐখোয অনীগী উন্নবগী, তিন্নবগী শাংলবা খোঙচৎ ঐগী থম্মোযদদি মতম চুপ্পগী ওইনা শঙহৌববা মচু ওইববনি। পুন্নমকসিগী মথক্তা ঐনা খঞ্জবদি ঐখোয অনীগী মবীদা অমনা অমবু শকখঙনবগী শেংলবা, তাঙলবা মমলদু লৈ হাযবসিনি।

ঐনা থাজে, ঐনা নীংজবগুম মহাক্লসু ঐবু লোম্বা নাইদনা নীংবী। মবীসিবু ঐনা খক মীবাযবা তৌবোই। মহাক্লসু । ঐগী পূক্নীংনা ৱাখলগী ঈবৈদা লূপ্পুববা তুং সবজুগী অবোইবা ৱাহৈশিং নীংশিংলক্কে। অদুনা ৱাফমশিংসি মাঙোন্দা খঙহল্লগে লেপ্লে।

মথংগী নুমিত্তা সবজুগী মনাক্তা চৎলুই মহাক প্রাক্টিকেল কমদা লৈবমই। ঐবু উবদা মহাক্না লাংতক্লনা হংলকই,

— 'ঐঙোন্দা ৱা খবা হাযগদবগী লাক্লিবা নৎত্রা ?'

— 'মান্নি।' ঐনা শম্না খুম্মী।

মহাক ঐঙোন্দা লাংতক্লনা যেংলি। ঐনা হাযকই –

— 'সবজু, ঐগী পুন্সিদা মীশক অমগী মফম হান্নবা কনদুনা লৈখ্রে।'

সবজুনা ঙকনা যেংলকই অদুগা হংলকই -

— কবি ! অদুগুম্বা ৱাৰী অমত্তসু মমাঙদা হাযখিবা লৈতেনা ?

— অশেংবনি ঐ হাযখিদ্রি ?

— কযাদা মবোল নাইখ্রবা মীনো নঙসে !

ইকায নুংশি যান্নবা হাযকই ঐনা

— মকা ফোঙদবসিমক মমল অমনি খল্লুই ঐনা। মসিবু লাল্লববা ?

— লান্দে। পূম্নমক মশা- মশাগী অপাম্বনি। নঙগী অপাম্বা অসিসু ঐঙোন্দদি অনৌবা শক্লোন অমা ওইবে।

সবজু হৌগৎতুনা চৎখ্রে। মখা কবিসু হাযনীংঙাই লৈত্রে খল্লমাল্লে।

নুমিৎ খবা হৌখ্রে। অঙাংশিংগী চহীগী চাংযেং মযা ওইবগী থবক চিনবদা মতম হৌখিবা খঙহৌদে। অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদা বিমলাদগী ফোন অমা ফংই, পাযখৎলুবদা বিমলানা যাম্না লাংতক্লনা কৌবদুনা হাযবকই-

— হল্লো, বীতু ! নঙবু যাম্না চিনব্রা পাউগা অমত্তা ফাওবক্তবা কুইবে।

— অশেংবনি, খবা চিল্লুবে, হৌজিক্তি খবা ফবক্লে, যাম্না থাজদনা.. !

— ঐসু থামুকসি মপান্দা চৎলুই থবক অমগী। ঙবাং যুমদা থুংলবনি।

— ও ঐসু নীংশিংলম্বনি, ফোন তৌবক্লে খল্লম্বনি।

— নঙবু পাউ অমা তাবব্রা ?

— কবিনো ? কবি পাউনো ?

— 'বোবার্তকী ..।' মহাক লেপখ্রে।

পূক্লীংদা চিংনবা লাংতক্লবা ফাওবকই, হংলুই -

— কবি পাউনো বিমলা ?

— মহাক লুহোংগদৌবে। পাউসি তাবদা ঐসু ঙকপনা লোইববনি। ঐনা হল্লকপদা তাবনি। হেক তাবগা ফোন তৌবকলিবসিনি।

ঐ মখা হংবা ঙমলুদবে। ৱাখলগী ঈচেল চপ লেপখ্রে। বীমলানা হাযবক্লিবশিংদু তাবদি তাবি, পূক্লীংদি চঙলুদবে -

— অহলশিংনা শিনবা ওইবমাল্লে .. অদুবু মাসু নুপা থোক্তবা হাযবদুনি।

নুংশিবা, থাজবা পূম্নমক নীংখাযবক্তুনা ইথক্তা নম্থবক্লে। নোংলৈনা পূম্নমক মাঙ- তাকহনখ্রবা লমদমগুম থম্মোয়নুংবু মাঙ তাকহনখ্রে, চাযখায়বমলে।

পূক্নীংনা খনখিবা, থম্মোযনা থাজকবা পূম্নমক অচুম্বা ওইবমদ্রবা ! তাইবঙপানসিদা অবেপ্পা হাযবদু অমুক থিকদুনা ফংখিগদ্রা ? থাজনিংঙাই ওইববু কদাযদনো ? ফীভম, মতমনা পুম্নমক হুমদুনা পুখ্রবদা কবিদি লেমহৌবি অবেপ্পা ওইনা।

নুমিৎ কযানিনো খঙদনা অঙাংশিংবু তম্বীবখক নত্তনা অতৈ কনামত্তগী মনাক্তা চঙলুদনা মতম হৌখ্রে। সবজুসু ঐবু থিবকখিদ্রে, ঐঙোন্দা ৱাবৌবম্বা যাই।

নোংমা ক্লাস লোইবমদাইগী অথেঙবা মতমদা সবজুদু নাশোন্ননা চঙশিল্লকই ইনাক্তা। নহানমখৈগুম দ্রো দ্রো লাউবা মতৌ থাদোক্লদুনা নুংশুক নুংজান্নবা মতৌদা তুমিন্না লেপলৈ। কবিগীনো মাগী মাযথোঙদা তাবিবা নীংঙমদবা মমি ?

ঐগী নুংদা হংলিবা ৱাহংগী পাউখুম ওইনা শোম্থাংননা হাযবকই,

— 'পাউ তাবব্রা ?' ঐনা চঙক্লনা যেংদুনা লৈবদু উবদা অমুক হন্না হাযবকই,

— 'ওজা সন্তোস অমুক লাক্লবোই, থবক থাদোকপগী চে পীবম্লগা মহাক চৎখ্রে।'

ৱাহং অমুক হংলুনবা পাঙ্গল লৈত্রে। হাঙলবা ঐগী থম্মোয়দা অচীকপনা ঈপোম নাইনা শন্দোবকই। মীৎযেংনা তাকই অহাঙবা লম্পাক অমদি লম্বীদা। তেংবান অসিমক অহাঙবা ওইনা উবকই, কংলবা লৈকংলাগুম ফাওবকই। . খঙলে, নুংশিজবা মাঙখ্রবা, নুংশিবীবা লৈত্রবদা পুন্সিসু লৈকংলানি।

নীংঙমদবা মতৌদা লুকক্লনা লেপলিবা সবজুগী মপাম্বোম চিংশিন্দুনা চেৎনা কোল্লুই মীকুপ খবা অদুগা ঐগী থম্মোযনুংগী মৈচাক পুম্বা ফাজিন্দুনা হাযকই,

— 'সবজু, মীওইবগী নুংগী শকওংবু থিবিবা নঙনি। অবেপ্পা লৈতবা লীচৎ, নুংগা পানগা খেন্নবা মচৎ হন্দুনা থিযু, নৈনৌ, পুথোকউ নুংশিবগী ৱাহম্থোক .. খঙলববা, বোবার্টনসু ঐবু থাদোক্লম্লে।'

ঙকপনা খম থেংলবা মীৎযেং অমনা সবজুনা ঐগী মায তম্না যেংলকই।■

*ইম্ফাল, ২০১৩*

## মঙলাক্লরিবা অহিং

নুমিদাংসে ফনা থেঙজিনখ্রে।

অঙাংশিং যাওনা ইমুংগী মী অযাম্বা তুম্ন- হিপ্নখ্রে। ইবেম্মগী মপাদি হৌজিকসু হল্লক্ত্রি। লৈকাযগী লুহোংবা অমগী অবাপ্পদা নুপী থিনবা যাওখি।

মতম ফত্তবসিদা ব্রাখল নুংনাংদবা ঙমদে। মাঙ্গোলদা থোক্লনা ঙাইহাক ফম্লুই। মী ফম্ফম কাদা লৈবিবা ফোন বিসিভবদু খঙহৌদনা খিঙলকই। পূক্লিংদা তনিক- তনিকপা অমা ফাওবকই। চেনশিন্দুনা ফোন বিসিভব মনাক্তা লেপ্পুই। অদুবু শৎ হেক পাযখৎপদি ঙমদ্রে। খূৎ অসি খঙহৌদনা লৃমথখিবগুম তৌই।

মীৎকূপ অমত্তংগী মনুংদা ব্রাহং কযা মথং মথং চোংথোবকই। বিসিভবদু হন্না হন্না খিঙলি। থম্মোযগী মিহুলসু খিঙলিবা অদুগা মান্ননা চোংলি। পূক্লিং ফাজিল্লগা খূৎ তিংথোক্লে। তনিক তনিক থাঙ্গৎলুই।

‘হল্লো ।’ শোম্বাংননা ঐনা হাযখি।

‘হল্লো।’ নুপীগী খোঞ্জেল্লনি খুম্নক্লিবদু। ফাইববা খোঞ্জেলদু অহানবদা লার্কশিনবা ঙমদ্রে। হৈনীংদনা হংলুই,

‘কনা !’

‘ঐনি, ঐবু খঙদ্রববা ?’

‘বিতা ?’

‘মান্নি বিতানি ।’

‘বিতা, কবিনো নঙগী খোঞ্জেলসে ! .. নঙ . নঙ যু থক্লববা ?’

'থক্লে ঐ যু থক্লিবনি . ।'

'কবিনো নঙনা তৌবিবদুবো ? মদুবু হৌনববা '

'হৌনবা হৌনদবা ঙসিদি ঐ থক্লবনি পেন্নবা। যেংনীংদুনা মসিগী মযাইসে কযামুক কনবগে হাযবা।'

'বিতা কবিগীনো নঙনা অদুমহাইনা তৌবিবা ? অঙাংশিংদি ? মখোযগী মপাদি '

'অঙাংশিং তুমখ্রে চাইখাযবা যাবা চাইখাযবগ্রে. তৌবা যাবা নিংঙাই মখৈ তৌবগ্রে। মপাসু নহানমখৈগুম হল্লক্ত্রি। ব্রাৎলি, মাগী পৃং যৌদ্রি নোংযাইদা হল্লক্নি।'

'মাবু থেঙনা থেঙনা হল্লকপবা ?'

'উম, থেঙবসি মাগী মহৌশানি। ঐগী মহৌশানা ঙাইবনি।'

'নুপীগী মপোক্তি অদুনিদনা ?'

'নঙসু ? নঙসু মদু খঙববা ?'

'কবিগী খঙদনি ? ঐসু নুপীনি।'

'নঙগুম্বী হাযবা ইনবী, অহল-লমনগী যাথং ইনজবী, মনেম-মকুগী খোযদাজবী নঙসু নঙগীসু চৈনা ।'

'ব্রাবীদি মান্নদবা যাই, চৈনাদি অমত্তনি ।'

'অদুবু নঙদি কযাদা লৈতাবিবা ? ঐদি ঐদি লৈতাদ্রবীনি।'

'বিতা, কবিগী অদুক লাংতক্লবিবনো ? মদুদি নুংদা থম্মু। ফাজিন্দুনা হিংবসিনা মহৌশানি ঐখোযগী।'

'শিল্লা, লেল্লক্লে অসুক কুইবসে, ফাজিন্দুনা, থেমজিন্দুনা। ঙসিদি ঙমদ্রে, অমুক ফাজিনবা ।'

অহাঙবা গ্লাসতা অকুবা মহী হৈবগী মখোল তাবকই। ঐনা লাউকই,

'বিতা, লেপ্লো, কবিনো তৌবিবদো ? নঙ অমুক্তা তপথৌ, ফাজিল্লু ঙসিসু।'

মহাক্কী খৌগংলবা খৌনাউদা অব্ধবা মহীদু তেমশিংননা যোৎশিনখিবগী মখোল তাবকই। তৌফম খঙদনা ঐ তুমিন্না লৈবে। হাযবকই,

'অসুক নাইতোম তাবা, অসুক চিকপা, ঐখোযগী মপোকসিবু কবন্বা মপোক্লো !'

'বিতা, কৈদৌবে হাযয়ু।'

"খঙদে শিল্লা, হাযফম খঙদে। ..হিংলিবা মহিং, লেল্লিবা মবেল মসিনা ঐবু লৈতাহন্দবে।'

'কবিগী !'

'কবিগীনো খঙদে, পূক্লিংসি নাইতোম তাবগী অৱাবা তত্তনা ফাওবকই, পূক্লিংগী অপাম্বা খঙবীনবা কনা লৈত্রবগুম ইচিক চিক্লকই।'

'হাযবিবদো কবিনো ? ননাক্তা পূম্নমক লৈবিবদুদি !'

'অশেংবনি, অদুবু পূম্নমকসে লৈববসু ৱাখলসিদি ইফাও ফাওনদবগুম ইবাপ-লাপ্পবগুম ফাওবকই ! মসিগী অহাঙবসে, মসিগী চৈনাসে ঐঙোন্দা যাম্না ৱাহল্লি, খাঙবা ঙমহন্দে। . ঐ মসিদগী নানথোক্লীংই, পূক্লিংগী অপেনবদো ফংনীংই।'

' পূক্লিংগী অপেনবা !'

'মান্নি পূক্লিংগী অপেনবা, মসিদি ঐনা ফংদ্রি ঙসিফাওবা ।'

'নখোয অনী কযা কুইননো নুংশিনখিবা ! নুংশিনদুনা নখোযনী লুহোংখিবা নৎত্রা ? ঐগুম্না নুংশিবা ফংখিদ্রবী অমদি নত্তেদনা ? কবিগীনো নপূক্লিংনা অসুক পেন্দ্রিবা ! নুংশিববু মযেং তাৰবা ?'

'হা হা হা .।'

মহাক নোক্লক্লে।

কপনোক নোক্লদুনা কপঙাং ঙাংলকই,

'মদুদি লোইখ্রে, কুন্দো পবেংনা লৈপুন্নখিবা নুমিত্তুদা। নোংঙানবদগীদি ঐসে উতাংবীনি, উবিনি, মশক মমিং নাইদবী। মহাক্কী অৱা-নুংঙাইগী, পূক্লিং ইহ্নলগী ঈথক ঈপোমদা শাথেক তমগদবী। মহাক্কী ইহুল পূম্নমক্কী থেংফমনি। অপাম্বা, অনীংবা, অশাওবা পূম্নমক্কী যাকা যেংলদুনা পূম্নমক থুংহনগদবী .। ইথৌদাংদু ইকোকথক্তা থোনগৎচরুই। অহানবদদি ঐনা কয়াদা চাউথোকচৰবা, পেঞ্জরুই ইথৌদাংদুগীদমক। . হৌজিক্তি খঙলে, পুন্সিসে কৈশুমশঙনি। হৌজিক্তি ইনীংতম্না খঞ্জনবা ফাওবা ফংখিদ্রে। ৱাখল খনবসু, পূক্লিংগী ইহুলসু পূম্নমক মখা পোনখ্রে, ইশাগী অমত্তসু যাওবমদ্রে।'

'বিতা, নঙ হেঞ্জিন্না খল্লমাল্লে ...।'

'হেঞ্জিন্না খনবা নত্তে, অশেংবনি। ঐনা পীথোকখ্রিবা নুংশিবা, ঐনা লাম্থোকখ্রিবা কখোকপা মদুগী মহুত্তা ঐনসু ফংনীংই মখোযদগী ..। মসিবু ওইজবা থিববা ? মীওইবগী মবীসিদি লৌথোক- লৌশিন নত্তবনে ? পীথোকপদা থংবসে পান্নক্তে। খৌগংনবকই, ইংলবা ঈপাক্তা লুপনীংলকই।'

'হায়যু বিতা, মনিনা নঙবু থিনা তৌববা ? মহাক্না নঙবু মীবায়বব্রা?'

'ঐগী অপাম পামদগী মফম লৈত্রবা মহাক্কী মফমদা নুংশিবগী অশেংবা ব্রাহম্থোক থিবদি লুদবনে শিল্লা ? সুপ্নগী মাগী অপাম্বগী মাযকৈদা পুবি ঐবু। হৈনীংদনা ইল্লি ঐসু মীওইববু, তাইবঙসিবু মাঙহন্নীংদবদগী, কাযহন্নীংদবদগী। ঐগী পেন্দবা, ঐগী হৈনীংদবা খজিক্তং উৎলুবদা মহাক্কী পূক্লিংনা হেন্না হেন্না নাথৈদুনা চৎখি। মহাক্না পাম্বদি তাইবঙগী অব্রা- অনাবু কাউহনবা মীৎকূপ মীৎকূপশিংদুতনি, ঐগী পূক্লিংবু খঙনবা থিবদু নত্তে, ঐগী থম্মোযবু পেলহনবদু নত্তে।'

'বিতা ! বিতা !'

ঐনা কৌকই নুংশা থীনা মহাক্না ব্রা ঙাঙবা চপ লেপখিবদুদা ।

মীৎকূপ অমগী মনুংদা মখা তাবকখি,

'লৈপুনগী নীংথিজববা মঙলানগী ফুবানুংদা ইখোঙসি হেক থাংজিল্লকখিবা নুমিত্তুদগী পীখি ঐনা থম্মোযনুংগী নুংশি লৈনমসে অখাকপা লৈতনা। মদুগী মহুত্তা লৌশিনখি ঐঙোন্দগী নীংতমজবম্বা ব্রাখল। ইশা ককথৎপীখি, ইনীং ইখা তমঙমখিদে পূক্লিং। অহানবদদি খল্লুই, মহাক্কী নুংশিবগী চেকশিন্না খাববা চাইগোইনুংদা হিংবা ফংজববনি। অদুবু মদুদি চুম্লমদবে শিল্লা, .. অনীংবা, অপাম্বা, হৈনীংবা পূম্নমক মাঙখ্রবা তুংসিদা লৈহাও চেন্দ্রবা পূক্লিং ব্রাখলসিগা লোযননা ঐনা লেল্লি নোংমগী কাযফদ্রবা পুন্সি থৌদাংগী ইবৈদা উক উক লৈবদুনা। হৌজিক্তি চোকথবে, পূক্লিংসু হকচাংসু । অদুগা, অদুগা মহাক্না কযাদা মনীং তম্লক্লিবা ! হাঙলবা, পুমহাঙ হাঙলবা অতিযা মকোযসি মহাক্কী তাইবঙ অদুনি। মনীং তম্না, খন্নীংবতা খন, তৌনীংবতা তৌদুনা কযাদা মকা লামলিবা ! নত্তে শিল্লা ঐগী মীৎযেংসিবু লাল্লববা ?'

অহিংবা থব্রায় অমনা ঈখৌনবিবা ঈবিক মসিবু কবম্না শক্তাক্লনি ! চনৈনববা, অপাননা হংবা ঙমদ্রবা ব্রাহং কয়ানা থল্লবা পূক্লিংগী ফীভমসে কবম্না কবিনা

ফোঙদোক্লুনি ? ময়েক শেংদ্রবা ব্রাখলগী খোঙচৎ অসিনা থাদোকপা ঙমদ্রবা পুন্সি অসিগা তোৎশিন- য়ানশিন্নদুনা চেঙ্খ্রি।

লুববা ঈমায়দা তাবিবা মমিগুম বিতাগী পুন্সিগী ঈবোন্নুংদুদা ঐ ইশাগী ইমিসু উবক্লে। ঐবুসু লুপহল্লে ব্রাখলগী ঈবোন্নুংদা।

খঙলে চনৈনবা অদুগী ঈবৈদা তাবদুনা বিতানা ঙসি ককঙাওনবি। মসিমসু খঙলে, কল্লবা ঈবৈনুংসিদগী চিংখৎপীনবা মনাক্তা কনা লৈত্রে।

মহাকপু থেমজিনগে খন্দুনা কৌকই।

'বিতা ।'

'হাযযু শিল্লা, ঐগী ব্রাখল লাল্লববা ? ফল্লাং মবিগী অহাঙবা অসিদা ফংলিবা নীংতম্বা অসি শীজিন্নদুনা লেপ্তুনা চৎলিবা মতমগী খোঙচৎকা লমজেল তান্নবি পুন্সিসিনা। ব্রাখলগী খোঙজেলসিদি কযাদা তপহৌববা। ফংলবোইদবা পুন্সি মঙলানশিং মনীং হলহৌবে তুংদা। নুমিৎকী মঙালনা অসুম শামথবক্লিবদু যেংনা যেংনা অসুম হৌখি নোংমা নোংমা। অদুগা মহাক্না যুগী মযাইনা পশুথহল্লদুনা থেঙলবা অহিংদা হল্লক্কনি পুন্সিগী মযাই হেনগৎহল্লদুনা। মহাক্কী পঙথববা মীৎনা উবীদে নাইতোম তাবগী চৈনা, পীক্লবা কা- নুংসিদা হিংজবগী অৱাবা। ঙসিদি ঐসু থক্লবনি, মযাই অদুগী মপাঙ্গল কযামুক কনবগে যেংনীংলদুনা, কাউজবা ঙম্নবা ইশানা ইশাবু, মুৎচখিনবা চৈনাসে মতোমতা.. ।'

মহাক্কী ৱাঙাঙ লোইখিদ্রে। হৌনা হৌনা কৌবা, থোঙ থীনবগী মখোলগা লোয়ননা মহাক্কী মখৃত্তগী বিসিভব নাম্থোক্কুনা তাখিবগী শমিন ুবকই।

ঐনা কৌকই,

'বিতা . ., বিতা . !'

খৃত্তগী বিসিভব থমগে হেক খল্লকপগী অদুদা তাবকই,

'নঙ না তৌবিবসি কবিনো . হা ?' মৈ হৌববা মপুবোইবগী খোঞ্জেলনি। (বিতাগী খোঞ্জেল তাখিদ্রে)

'নঙনা তৌবিবা মওংসি কবিনো হায়বা ? নু-পী- নবু অদুম্না তৌবা যাব্রা ? .. খুম্মু নচিন্দু . ।' (অচিকপগী ঈপোম নত্তনা পাউখুমদি তাদে) চিংনবগী ইন্নবগী শহুম, লোয়ননা থম্মোয় শোক্লা খোঞ্জেল ফাজিন্দুনা কপ্পগী শোম্থাংনবা মখোল তাবকই। মদু বিতাগী মচিন্দগীনি। হৌজিক্তা মনীংতম্না চেম্থবম্বা থম্মোয়গী

ব্রাকৎতুদি অমুক চেপ্পবকখিদ্রে, খোঞ্জেল থোকখিদ্রে। মদুগী মহুত্তা নুপা ওইবগী অকনবা খৃৎথাগী চৈনা খাঙবগী খোঞ্জেল- - ।

অহিংদদি কয়াদা শোনখ্রবা নুপী নঙসে।

নাপল চাউববা মহাক্কী মপুবোইবগী খোঞ্জেল অমুক তাবক্লে- - ,

'চৎলু, নঙ অমুক হন্না চঙলকপা যাবোই

মখা তানা খোঞ্জেল অমত্তসু তাখিদ্রে, হংদোক্লুনা লৈবিবা বিসিভবদু খুনগৎপীনবা কনা চঙলক্তবে ।

ঐগী থম্মোয তনীক- তনীক্লক্লে। অহিং'সদা বিতাগী মবাযবক্তা কবি থোক্লিদগে ? খল্লুবদা মীৎকৃপমত্তংসু লৈতাবা ঙক্ল ববে। মপুবোইবগী য়ুমদা শিদুনা লৈবম্বীশিংগী মিংগী পবেংদা মহাক্কী মমিংসু যাওখিবা থোক্লবদি মহাক্কী থম্মোযগী ব্রাকৎশিংদুদি মফম খঙদনা মাঙখ্রনিকো, অদুগা , অদুগা মাগী থৱায়না পাউখুম ফংদ্রবা ব্রাহংশিংগা লোযননা তিনখ্রগনি অহাঙবদা।

নোংসিতা ঙাল্লক্লবদি নুং-পানগী চৈনানা নৈহৎপীববী নঙবু ইখৃৎসিনা চিংখৎচবগা ইতম্বাকসিদা অমুক্তংদি কোনখৎচনিংবনি। অদুবু অহিংসিগী খোঙচৎসিদি কযাদা মঙম শানখিদ্রবা ।। ■

*ইম্ফাল, ২০১৪*

## লীচিং অমা

হান্না থৌবাং তৌখিবা খোঙচৎ অমা লৈবনি ঙসিসি। অযুক্তা লৈখিবা নুংনাংবা ব্রাখলগী পোৎলুম অমনা নমথবক্তুনা ইহৈ হৈনীংদ্রে অদুবু তোকপদি যাবা নৎত্রে। মতম কযাগী মমাঙদগী অমুক্তংদি চৎকে নীংদুনা মফমদুদা থৌবাং কয়াবক লাংখ্রবনি। তঙাইফদবা থবক অমদি, খুদোংচাদবা কযা লাকশিনবদগী তোকখিবনি। লমদমসিদদি খুদোংচাদবা হায়বসি য়াম্না তোযনমক থোক্লিবনি থৌবম থৌবাংগা মাঙজৌননা যাৎপসি অকুবা অমনি। কবিগুন্বা মবম অমা নৎত্রগা অমগী হেক্তমক অথিংবা থমজিল্লকপা হাযবসি য়াম্না তোযনা থোকপা থৌওং অমনি।

অযুক্কী খবা থেঙথবকপা, পূং ১০মুক তাবকপা অদুব্রাইদা যুমদগী খোঙশানবা হৌবে অন্দ্রোগীদমক। পূং অমগী মতুংদা অন্দ্রো বৈথেলদা থুংখি। অন্দ্রো খুঞ্জাওদগী সনাপাৎ তাবা লম্বীদুদা হাইজিল্লি ঐখোযনা তোংলিবা ভেন অদু। ফীভম শোক্লবা লম্বী অদুগী মতুং ইন্না থৌজিল্লি লেপ্তুনা। গাডীগী চেপথোক চেপশিন্দা ইশাসে মথক- মখা ওনগদবমখৈ হাইবি। নাক যেত্তা উবি লৌবুক লমহাংগী নুংশিববা শক্তম, চীংশাংগী নীংথিববা ফিদুপশিং।

ব্রাখলগী পোৎলুম ঙাইহাক্কী ওইনা কাউখিদুনা ইংলবা মহৌশাগী শুমহৎযাইদা তাউখি। লৈচিল নোংফাই থাংলবা নুমিৎ অমনি। কুইনা উনখিদ্রবা, মব্রা- মপাউ তাখিদ্রবা ইচেম শকপী অমগী খোঙ্গুল লীবা চৎপনি। যৌবমদাইদুদা পূক্লিং নুংশিবা হেনগৎলকই, মহৌশা শক্তম্নসু ঈনোৎ হাপ্লকই।

কুইববগী তুংসিদা নক্লা তাম্লবা মফমসিদা থম্মোয় লীপুনগী লীচিং অমনা কৌবকপগুম তাবকই মীববা খোঞ্জেলদা। অশংবা চীংমায়গী ইংলবা শক্তম,

নক্লা উবিবা পাক্লবা থেল, চীংজুম লাইজগী ঈতিনফম ওইববিবা ঈচেল তপ্লবা খোং মচাশিং, পুম্নমক মিংমাঙদা শন্দোক্লুনা লৈবি। চেংলবা থম্মোযগী লীপুন অমনা চিংলক্লুনা শকখঙনদ্রিবা লমদমসিদা য়ৌবক্লি।

নৌনা হোংদোবকপা খুন মচা অমখক্লি। পীকতক পীকতকপা যুম ২০মুক লোইবোইনবা চীংমাযদুদা তুম্পক- তুম্পক লেপ্লি। চীক্লবা, ইংলবা চীংনুংগী লমদমনি, চীংনা ইকোয- কোয়শিল্লবা। মিংকী মিংযেংফমদতা ইংবা নত্তে, থম্মোযসু যাওনা ইংহল্লবি অচীকপগী ঈথক ঈপোম্না থেংলবদা। চেক্লাশিংনা নুংশিনা খোংলি, অচীকপগী ঈপোমদা মখোযগী নুংশিববা শৈশক্লা তাউদুনা চংলি, অঙৌবা উবোক পবেংনা অশংবা চীংমায়দা কাইহৌববি ঙাইহাক লৈতনা। হাঙলবা অতিযাদা অমুক ব্রাংনা পাইখৎ, চীংমাযদা অমুক হাইথ তৌদুনা নুংশিংকী ঈপোমদা ঈবোযদুনা শান্নবি।

নীংথিববা মহৌশাগী শক্তমসিদা খুনগী অপীকপা য়ুমশিংনা নুংশিবগী ঈনোৎ হাপ্লি। ইশাসি তযাং তশোইবা ফাওবকখি। খনখি, ওহ্মোক্লা তাল্লবা লমদম অমা, মীশিংনা শকখঙনদ্রিবা, অদুগুম্বা মফম অমদা থুংলবগুম। নুংশিববা লমদমসিদা নুংশিবী ঐগী ইচেম শকপী তম্ফামনিবু থিবকলিবনি।

অদুঙৈ ঐনা পুংকক চাউখৎলকপা মতমদুদা মহাকসি ঐখোয়গী যুমদা লৈবম্মী লাইবিক তম্নবা। মাগী অপোকপা খুবা অদু মতাও শান্নবমই ঐগী বাবাগা। মবী অসি ওহ্মোক্লা চেৎলমই। মিংগৌ অসিনা পুনখ্রবা লীপুনদি থব্রায় থাবফাও থাদোক্লদবনি। থাপ্লবা মফমসিদগী মচাবু মহে তমহন্নবা ঐখোযগী যুমদা থমখি। ঐখোয ইচিন- ইনাওশিংনসু মচানুপীবু ইচিন- ইনাওগুম খনখি, ইচে হাযনা মিঙ্গৌখি। চেৎলবা লীপুন্না পুনশিন্নখি ঐখোয়। মরুপকী নুংশি লীপুনগী খোইথুম্নববা মহাও অমদা ঐখোয মতম খবা লুপখি, কযা নুংঙাইখিবা মতমদো, পীথোক- পীশিন, লৌথোক- লৌশিন তৌনদুনা কযাদা মচু শেংখিবা মতমদুগী পুন্সি তাঙ্কক্তো। অদুবু কুইদে, নোংমা খঙহৌদনা বাবাগী মতাও খুবাদু তাইবঙপান থাদোকখিবগী পাউ লাকখি। ঐখোয পুম্বা নুংশুক নুংজান্নখি, অব্রাবগী পোৎলুম্না নন্থবকখি। ঐখোয মযাম চংখি অব্রাবা ফোঙদোকপা, খুবাগী অবোইবা মথৌ- মঙম যাওবা।

মতমগী লেপ্তবা ঈচেলনা পুন্সিগী শরুক খবা খবা মুন্দুনা পুস্রি, তপ্না তপ্না। থিংলুবা ঙমদনা, খৃৎ- শা থেক্লা তুমিন যেংনা লৈহৌই। মসিনি মতমগী তৌবা ঙম্বা। মসিনি মহাক্কী যৈখায থিনগাযবা।

ইচে তম্ফামনি ময়ুমদা হনখ্রে, অন্দ্রো খুন্নৌদা। যুমগী যুম্নুবেলগী মফম হাংহৌববদা মহাকপু পুনশিনখ্রে ইমুংগী পোৎলুম্না।

থম্মোয়গী লীপুনব্ হেক্তা তবাইনা তৎপা যাববা। অদুবু পুন্সিগী তঙাইফদবা থৌদাংনা মীশিংগী মবক্তা পনখে অমদি থম্বীবম্মী। তোয়না উন্নবা, তোয়না চৎনবা ঙমলক্তে। মাগী মাগী মথৌ পাংনদুনা পুন্সি ঈচেলগী খুদুং ইন্নখি। মবক - মবক্তা ঈ- পাউ খবা খবা তানবঙা মঙাযবে। অসুম্না তৌমাল্লে পুন্সিগী মচৎসে।

কুইনা মরা- মপাউ তাকদ্রবা তংদা নোংমা তাখি, ইচে তম্ফামনি ময়ুম পানখ্রে হায়বা। অন্দ্রো খুঞ্জা ওর্দনি। লুহোংখিদ্রে, চৎনবী ওইবগুম তৌই মফমসিগী। চেনবা চোংবগী মতাংদদি লুহোংবসি তৌনদে, লৌখৎপা নৎত্রগা খুনগৎপা হায়বা থৌবমদু পাঙথোকই। মসি খুবানা হেক হেক পনখিবনি ৱাবীদা।

খুদোংচাদবা খবদগী হেক তাবগা চৎপা ঙমখিদ্রে। পূক্লিংদদি নুংঙাইতবা অমা অদুমক লৈখি। তাঞ্জা যেংদুনা নোংমা শোয়দনা চৎলুগে হায়না লেপ্পুনা খুদক খুদক্কী অচিনবদা মায় ওর্নশিনখ্রে। ঙসিদি ঐখোয় মফমসিদা থুংলবে। ইচে তম্ফামনিগী লৈফমসিদা।

ঐখোয়না থুংখিবদা পাউ ফংলে মহাক নৌনা হোংদোকখিবা অনৌবা খুন্দা যুম হোংখ্রে হায়বগী। মফমদুদা লৈবম্না মীশিংনা লম্বী তাক্কুনা অনৌবা খুন তম্না লাক্লবদা উবে মহৌশা লাইবেম্বীগী মতম্বাক্তা নাউকোল্লিবা খুন, 'সনাপাৎ' 'মপুং ফাদ্রিবা, পুম্নৌ- নৌবিবা, অৱাৎপতনা থল্লিবা অদুমওইনমক মহৌশাগী ইংলবা মীনোক্পা তিল্লবা লমদমদো।'

লমদম্না নুংশিবগা ইচে তম্ফামনিগী মফম ওইবগা পূক্লিংদা ওন্থোক্লা নুংশিকবে। ঐখোয়গী গাডীনা চীংযাগী থেলদা তপ্পা থৌজিন্দুনা খান্নবা মতমদুদা অপীক- অপীকপা অঙাংগী শঙ্গ অমা ওমশিল্লক্কুনা যেংলৈ তঙক- তঙক, ঐখোয়দা অমসুং গাডীদা। কি- হঙ্গোইবা অমসুং অঙকপা যান্নববা মীৎযেংগী মঙাল থোর্বক্লি মখোয়গী নুংশিজববা মীৎশিং অদুদগী । মতৌদু কয়াদা পূক্লিং নুংশি ঈহৌনিংঙাই ওইখ্রবা।

কংলবা চীংমায়দা অকুৎ অতোং নাইববা অঙাংবা চীং লম্বীনা থেক- খোইনা হাইগৎখ্রি। থোইদোক্লা লৈহাও চেনবগী মমি তাদ্রবা লমদমদুদা অঙম্বা থৌনা ফুদোক্কুনা তিংনবা হোৎনবগী মমি তাবি যেংঙু যেংঙুবদা।

লম্বীগী খুদুং ইন্দুনা চঙশিনবা হৌবকই। লৈবম্না মীশিংদা হংবদগী খঙলে ঐখোয়না থিবক্লিবা ইচে তম্ফামনিগী যুমদো। লাংতক্লনা ঐখোয় চঙশিল্লে। অদুবু

নকশিল্লক্লবা মতমদুদদি উবে, যুম অদু থোঙ লোল্লি। হং খোক্তুনা তৌবদগী খঙলে মখোয় চীংদা থবক শুবা চৎখি হাযবা।

যুম থংনবশিংনা ঐখোযদা খঙহল্লকই, 'মখোয শোয়দনা হল্লক্কনি, চাক চাদনা অযুক অঙনবদা চৎখিবনি।'

থোঙ লোল্লবা যুমগী মাঙ্গোলদা লৈবম্বা ফক্লচিংবা থিদুনা থাবে ঙাইহাক পোত্থানবা। ফনা থেঙজিনখ্রে, ঐখোযগী পূক্লিং লাংতক্লবা হৌবকই, কুইববগী তুংসিদা ঙসি ঐখোয মহাক্কা উন্নদনা হল্লগদ্রা খনবদা।

পূংমুক্কী মতুংদা মখোয হল্লক্লে। অহানবা হেক উবদা মশক লাকশিনবা ব্রাবা মওংদা হোংলবা শক্তমদু উবদা ঐখোয পুন্না চঙক্লনা যেংলুই মাবু। থংনবা মীৎকুপ্তা ঐখোয পুন্না নুংঙাইবগী মীকৌ অমদি মীনোক্তা লুপমিন্নবে।

ইচে তস্ফামনিনা কোযচেন চেল্লি, ঐখোয়গী চা অমদি চান-থক্লবা শিন-লাংবদা। মশাগী অবাবা পুম্নমক কাউথোক্তুনা হোৎনৈ। যাম্না ব্রাবগনি খন্দুনা ঐখোযনা পুম্নমক্তু অমত্তা লাংদনবা হাযবদা মহাক্কা অমুক তাবীবা লৈতনা মানা তৌগদবদুদা পূক্লিং চঙশিনখ্রে। ঐখোযসু থিংলুবদা কান্নববোই হাযবা উবদুনা অপনবা পীকদ্রে। ঐখোযনা পুবকপা অচাপোৎশিং, হৈ-বাশিংদু লৌথোক্তুনা মচাশিং অমদি অতৈ লাক্লিবা অঙাংশিংদা যেনবিবে।

ফম্না ফম্না মহাক্কী হবাও তযামজবিবা মতৌদু যেংলুই। শকফমদো কযাদি হোংলম্লে। কুচু-কুমেন, শাথিনা হোংলম্লে, শকফম ফনা থীনা শোকচিল্লম্লে। হেক উবদা মশাগী চহীদগী হকচাংগী ফীভম্না যাম্না হেন্না চৎখৎখ্রে, মদু লেপ্তনা থবক শুবকপগী ওইফম থোক্লবা মহে অদুনি।

'অদুঙৈ ঐখোযগী যুমদা লাইবিক তমদুনা লৈবম্বী, মশা নানজবী, হবাও-তযামগনবী ইচে তস্ফামনিবু অসুম্না ওইববা।'

চহী কযাদা লৈশিন্না উবিবা, ফিজেৎপু কযাদা থৌশাদ্রবা। মীওইবা শিবা নাইবনি, পুন্সি অবেপ্পা লৈতবনি। অদুবু ঙসি ইচেবু উকববগা ফাওবি নুংনাংবা। তমঙমদ্রবা পুন্সিগী মবমদা খলহল্লি, ব্রাহং হংলি থম্মোযনুংদা। হিংবগী লানফম্না খুদোলবীবিবা শক্তমসে কযাদা পূক্লিং নুংশিনিংঙাইনো।

ইচেদি নোক্লি ঐখোযবু উবদা, হবাওদুনা মাযকৈ শলাই খঙদনা কোযচেল চেল্লি, ঐখোয ইমুংগী মী লোইনা মথং মথং হংই। মদুগা লোয়ননা ব্রাহং কয়া কয়া, চহী তবামুক্কী মমাঙগী ব্রা। তাঙ্ককতুগী ব্রাবীশিং নীংশিংদুনা হংই মথং মথং। পাউখুমশিং তাবা ঙাইঙমদনা হংই লেপ্তনা ব্রাহং অমগী মথংদা অমা।

কয়াদা ইখৌ লাংলম্লিবনো মহাকসু ঐখোয়বু নীংশিংদুনা। মতৌদুদা থম্মোয়সি পুমপেৎ পেৎথখি। ঐনা হংখি মবক থৎনা–

– 'ইচেবু কমদৌবিগে, কবি কবিনো হোৎনবিববো ?'

– 'তৌবিবসিনিদনা।' খুমই ইচেনা।

শ্বব শাংনা হোন্দোক্লগা মখা তাবকই,

– 'লৌ উবা, পাম যাল্লগা মনা মশিং থাবা, শীং চনবা।'

মবক থৎলগা ইমানা হংই –

– 'অঙাংদি কযানো নঙগী ?'

– 'অহুমনি ইস্মাল।' অদুঙৈগী নুংশিনা কৌজবা মিংগৌদুদা পাউখুম্লকই ইমাদা।

– অঙাং অহলসিদি ফনবু চাউবেনে। অঙাং হোৎনবনে, থবকপু শুবনে ওম্বোক্লা ৱাবিনিদা !

– 'অওইবনি ইস্মান ওম্বোক্লা ৱাখ্রে।' মচিন্দা ৱাই হাযববসু নোকমি নোকমি তৌবদি তোক্কে। মখা তাবকই –

– অঙাং অহলসিদি স্কুল থাবা মতম হেন্দোক্লবনি অদুবু থাবদি ঙমদ্রি। ঐখোযনা থবক শুবা চৎখ্রিঙৈদা মানা অঙাং অপীকপশিংসে যেংহৌবিবনি। স্কুলসু য়াম্না লাপ্পি।

ঐখোয় পুম্নমক মাগী মাযকৈদা যেংদুনা মাগী ৱাবী তাবি।

– 'য়াম্না ৱাইদা, অমুকসু খল্লকই' লাইবিক্লা কৈদৌদোইনো, মহে চাবা ঙমদ্রবদি অবেন্বা তাদৌবিবনি।'

মশাবু ফাথজবগা অমুকসু নোকই, ইচে তম্ফামনি। অদুঙৈগী মহাক্কী নীংজবম্বশিং মচেৎ- মচেৎ কিন্থুখিবমলে। অদুঙৈগী মহাক্কী ৱাখল, লৌশিং ঙসিদি মঙাল শামখিবম্লে। অদুবু অনৌবা শক্তম অসিদা উবি অনৌবা মাযথোঙ 'অৱাবদা খাঙবা ঙম্বগী, খুদোংথীবদা মায লৈদনা মাযোক্লবা ঙম্বগী থৌনা, থৌনাগী চেৎলবা শকফম অদুনি মাগী মাযথোঙদা তাবিবা মমি।'

ফনা কুইনা ঐখোযগী হৌখ্রবা অমদি হৌজিক্কী অৱা-নুংঙাই ৱাবী কযা শান্নববদা মতম থেঙজিল্লক্লে হাযদুনা ঐখোয় হন্নবা ৱা হৌদোক্লে। ঙসাইমখৈ ৱা কয়া ঙাংদনা মোমোন মীনোক্কী মীকৌ কৌবগা ঐখোযগী ৱাবীবু তাবিবা, মবক মবক্তা ৱাপাং পীদুনা ৱাবীদা মতেং পাংলিবা ইচে তম্ফামনিগী মপুবোইবা হন্দক্তি ঐখোযদা মহাক্কী থম্মোয় শেংলবা থাগৎৱা হায়বা হৌবকই –

— ইম্মালখোয লাকপিবসে য়াম্না নুংঙাইজবে, ঐখোয়সু শোন্নবিবনি ময়াম্বু, অমুক্তং চৎলুসি হায়নবিবনি। মহাক্না ৱাবী তত্তনা লী ঐঙোন্দা, ইম্ফালদা লৈবকপগী ইম্মালখোযনা য়াম্না লুনা নুংশিনা খনবীবগী।

নুংশাগী মৈশানা কাহৎতুনা ফজবা, শুম্মাৎপা হাযবদু মাঙস্রবা শকফমসিদা মবুক- মপাউ ফবগী, থম্মোয শেংবগী মমিদি মযেক শেংনা তাবি, থম্মোযগী অশেংবা মচুদুবুদি নুংশাগী মৈশানা যৈহৎতুনসু কৈদৌনুংদা মাঙহনখিবা ঙমদবি। অচম্বা অদুগা অশেংবা থম্মোযগী খোম্বোক্তা লোযননা ঐখোযবু তবাম্না ওকপগী লোযননা বীদায় পীবগী ৱাহৈশিং হাযবদুনা ঐখোযবু থিন্দোকপা থোবক্লে।

অৱা- মৈখুনা চুশিল্লবা মশক- মচু থোক্রবা পুন্সি মহিং অদুদা ফজখ্রবা, মমল যাম্লবা লৈতেংগী মতৌগুম্না ঐখোযগী মীৎ অমদি থম্মোয়বু পেলহনখিবা শক্তম অমদি মখোয অনীগী নুংশি চান্নবগী মতৌ অদুনি। অদুক ৱাববা পুন্সি মহিংদুদা অমনা অমবু থম্মোয শেংনা নুংশিবগী লোয়ননা অৱা - অনাদা অমনা অমগীদমক নীংহন্নদনা থৌদাং পাংমিন্নদুনা থম্মোযগী অইংবা নুংঙাইবা পুম্নমক যোক্লুনা হিংমিন্নবিবা মতৌ অদুনা ঐখোযবু তশেংনা নুংঙাইহল্লম্মী। মসিমদি তশেং- তশেংনা কংলবা চীংলমদুদা মবা চেৎলবা উপালগী মতৌগুম্না মশা মবেং ফলহৌই।

অঙম্বা চীংগী লম্বীদুদা কুমথবক্লে, মখোয ঐখোযবু থিন্দোবক্লি। মখোযগা লোযননা খুন অদুদা লৈবম্লিবা মীওই খবা অমদি অঙাংশিং যাওনা ঐখোয লাক্লম্বগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপগা লোযননা থিনবা যাওবকই।

পীক্লিবা অঙাংগী শঙ্গু অদু ঐখোযদা ইকোয কোযশিল্লকই, ঐখোযবু ওকখিবা মতৌদুমক্তদা। হৌজিকসু মমিৎশিংদু কিথি কিকম্বগী মতৌ থাদোক্রি। ঐখোযনা গাডীদা কাখত্তুনা ফম্লবা মতমদু ফাওবা মখোয ঐখোয়দা যেংলদুনা গাডীগী মনাক্তা লেপ্লি পুল্লপ ওইনা।

গাডী থৌবা হৌবে। মখোযনা ঐখোযদা কাযন- ৱাহৈ হাযবকই —

— 'চৎলোকো ইম্মাল।' অদুগী মথংদা অতৈশিংদসু মথং মথং ওইনা কাযনবগী ৱাহৈশিং তনিক তনিক্লবা খোঞ্জেলদা হাযবকই। থম্মোয পুঙমদনা হাযকই ঐখোযসু কাযন- ৱাবোল লোযননা অমুক উন্নখিগনি হাযবগী ঈঙ্গিৎশিং।

মখোয তামহৌবে, উফুলনা মীৎলম থৎখবে। মমি শামি উবকই অঙাংগী শঙ্গুদু, মখুৎ মচাশিংনা তপ্না তপ্না হাইবদুনা লম্বীগী চীদাযদা লেপহৌবদু। লৈজবা পুম্বা ঐগী পীনিংলুই থম্মোযসিনা মখোযগী মফমদা। লৈজবম্বা নুংশিবা পুম্বদি

হৈথবল্লে ইবোমদোম উফুল ব্রাইফুলনা কুপ্লবা মখোঙশিংদুদা। অদুবু চৈনা অমদি নুংহিক্লবা, মসিদি পূদুনা লাক্লমাল্লে মফমদুদগী। গাড়ীগী খোঙজেলনা য়াঙখৎলকপগা লোয়ননা নুংগী চৈনাসু কনখৎলক্লি।

হাঙলবা অতিয়াগী মখাদা, অশংবা চীংগোল মনুংদা পীক্লবা মখোযগী পুক্সি মঙলান্না কদোমদা। পোমখৎচবক্লিবা পুক্সিগী মঙলানশিংদো কবস্না মতমদা শাৎকাইগদগে ? কংদুনা মাঙখিবসু কোঙ্গাইনি। অশংবা চীংদোলদা ব্রাইশিন থেংজিন শান্নদুনা মালংগী ঈপোমদা তাউহৌবিবা লৈচিলগী মফোলদুগুম মখোযগী চল্লবা মঙলানশিংসু কোইতাউ তাউহৌবি, পল্লেপফম লৈতনা। চীংথ্রাউ লৈবাংগুম্না থোৎলবা মখোয়গী মখোঙশিংনা কল্লবা চীংলৈবাক মথক্তা নেৎ নেত্তুনা শান্নহৌবি, চেন চোংহৌবি, শেমগৎচহৌবি পুক্সি মঙলানশিং। কবস্না মতমদা মঙফাওনগনি খঙদে। চীংদোলদা পনখ্রবা মখোযগী মীৎযেং, উফুল্লক্তা কেনখ্রবা পুক্সি মঙলানশিদো খুনগৎনীংলুই, লৌখৎনীংলুই .. । ■

*ইম্ফাল, ১৯৯৮*

# য়াইফ পাউজেল

অশানবা যুমদুদগী থোবক্কে মহৌশাগুম ঙাসসু।

ঙবাং নুমিদাং নীংথিনা চাখিদবগী ইচোক চোকথবা ফাওবি। অযুক অঙনবগী ইংলবা নুংশিংনা যৈবদা খজিক্তং তেকখৎপগুম ফাওবি। অদুবু মসিনদি যাবা নৎত্রি।

মহাক নীংশিংলকই, ঙবাং পোৎ- চৈ লৈখ্রগা লুপা মঙা লেমহৌবদু ফুবিৎখাউদা যাওবি। লম্বীগী নাকলদা লৈবিবা পীক্লবা হোটেলদুদা চঙদুনা ফান অশাংবদুগী মচী অমদা ফমথৈ। হোটেল মপুনা পীবকপা চা গ্লাস অদু চিংনা চিংনা নাকলদগী পাউচেদু লৌখত্তুনা য়েংলুই। অহানবা লামায়মক্তদা যাওবি– 'লৈবাক অসিগী প্রাইম মিনিষ্টবনা পীবা নীংতম নুমিৎকী মাঙওইনবা যাইফ পাজেল' অদু। অসুম্না ইবি,

'. .বৃটিশকী লোযলম লৈঙাক্কী মখাদা কুইনা মীখা পোল্লন্নবা ইবৈবাক অমুকহন্না নীংতম্বা ফংদুনা অনৌবা নুমিৎকী মঙাল অদু তবং তবং শুন্দোবক্কে। নীংতন্নবা মতুং তেল্লবা মতম খবদং অসিদা লৈবাক অসিনা চাউখৎতবা হায়বা অমনবা ফিজোল অদু লংথোক্লমদুনা ঙসিদি মালেমগী চাউখৎলবা লৈবাকশিংগী মনুংচনবা ঙমদুনা হীবম খুদিংদা চাউখৎলক্লি। মসিমক ঐখোযগী লুচিংবশিংগী কখোকপা অমদি পোবম য়াৎপা হৈবগী মহৈনি। লায়ববা মীচম প্রজাগী পুক্সিবু মান্নবা থাক্তা পুখৎনবা লৈঙাক অসিনা অখন্নবা মীৎয়েং থল্লি, মীওইবগী হিংবগী তঙাইফদবশিংবু পার্টি অসিনা লূম্না লৌই . চাউখৎলবা লৈবাকসিগী প্রজা খুদিংমক রাৎত-পাদবা হায়বদু ওইহন্দুনা লায়ববা লৈত্রবা লৈবাক অমা ওইহন্নবা চঙশিল্লকপা খোঙথাংদা লৈঙাক মপুশিংনা লৌখৎখ্রিবা শবক থৌবমশিংনা লৈবাক অসিদগী লাযববা হায়বদু তেল্লবা মতমগী মনুংদা মক ফৃক্লা লৌথোকপ্রনি হায়বসি ঐগী

অচেৎপা থাজবনি। অইংবা, তংদু -নৈতাবা, মীনা মীবু ওৎতবা, থোং মান্নবা খুন্নাই অমা ওইননবা লৈঙাক অসিনা হনবা লৈতনা চঙশিল্লি ... অনৌবা নুংঙাইববা তাঙ্কক অমা লাক্লিবা নীংতম নুমিৎনা মীপুম খুদিংমক্কী মফমদা পুবকপা ওইবসনু'।

মীযামবু খুকমজবি

পাবা লোযবকপদা মহাক লৈবাক অসিগী মীওই অমনি হাযবসি খংনীং নীংশিংলকই তোম্বা। অদুবু কদায ব্রাৎত-পাদবা হাযবদুদি।

হৌজিক মহাক চহী যাঙ্খেতকক শুবে। মহাক্কী মপা অদু ষ্টেট অসিগী খুঙ্গং অমদা পোকপনি। মহাক লৌ- শিং উবগা হিংলম্বা লৌমী অমনি। শু- নোমদুনা হৌবকখিবা পুন্সিদু শুনা-শুনা, নোম্না-নোম্না অদুমক লোইশিনখি। মহাক্তা নত্তনা মহাক্কী মচাশিংসু লৌমী অমদি শিন্মী ওইনা হিংহৌই।

লৈবাক অসিগী চিদাই ওইববা ষ্টেট, ষ্টেট অসিগীসু চিদায ওইববা খুঙ্গং, অসিগুম্বা খুঙ্গংদা চাউখৎপগী মঙাল হাযবদু খল্লুবদা নোক্লীংবা ফাওবকই তোম্বা। খুঙ্গংগী লৌউ- শিংউদুনা হিংলিবা মীওইশিং নোংম- নোংমগী মনীং হল্লক্লি। লাইবিক লাইশুগী খুদোংচাবা ব্রাৎপনা অযাম্বা মীশিংদি কাবক-কাবকপা থাক্কী মহৈদগী হেন্না ব্রাংনা তম্লদে। মতোল লোম্না তমদুনা লাইবিক্কী মহয নীংথিনা চাবা মী যাম্না তাঙনা য়াওদবদি নত্তে অদুবু মখোয অদুসু খুদোংচাবা যেংদুনা ময়োলদা হাইগৎনখিবা ঙাক্তনি।

খুঙ্গংগী শু -নোমদুনা হিংলিবা অয়াম্বগী পুন্সিদি হান্ন- হান্নগী ফীভম অদুদা অদুমক লেংদনা লৈবি। মখোয় চানবা অমদি শেৎন- ইন্নবগীদমক ব্রাদবদি যাই অদুবু চাউখৎপগী লমজেল হাযবদুদা যাওশিনবদি ঙমদ্রি। মসিগী মবম কযা কযানি। পূম্নমক্তু শুপচিন্না হায়বা তাববদি মওং অমা নৎত্রগা অমদা চাউখৎ- থৌবাংশিংদু মখোয মশা মশানা হকথেংননা ফংবা ঙমজদে। অদুনা হুমাংমলনা হোৎনবগা চাউখৎপগী যাঙলবা লমজেল তান্নবা হাযবসি ওইথোক্তবনি। অদুনা মখোয খবা অমদি হান্নগী লৈবল্লিবা ফীভমদগী ফাওবা মনীং হন্দুনা আ মখাদা হন্থখিবসু যাওবিবনি। লৌগী মপু ওইদুনা লৌমী ওইনা লৈবম্বদগী লৌপু ওইবা ঙল্লক্তদুনা অশানবা লৌ উদুনা শিন্মী ওনখিবসু কোঙ্গাইনি। ইম্ফালগী অচৌবা ফম পাযবা, লল্লোন-ইতিক তৌবশিং, শেঞ্জাউ পায়বশিংনা অযাম্বা লমগী মপু ওইশিনখি।

হান্নগী লৈবম্বা থাক্তগী হন্থবক্তুনা শিন্মী ওইবকখ্রবশিংগী মনুংদা তোম্বসু অমনি। অদুগুম্বা পুন্সিদুদা হিংবা তাববদা তোম্বগী নুপা থোকপা লিংজেল ফুদোক্তুনা

হিংনীংবগী ইহুল অদুদা কন্না শাফু পীবকই। মমৈথংদা কয়াবক খল্লবগী তুংদা ইম্ফাল ময়োলদা লাকখি। অৱায়বা কাদা লৈদুনা তৌবা য়াবা থবক থিবকখি। অদুবু ইম্ফালগা খুঙ্গংগা খেন্নবদু মহাক খঙবা হৌবক্লে। খুঙ্গংদসু অৱাবা কয়া লৈ অদুবু মফমদুদদি শিনফমশিংদু মতম মতমগী যেংদুনা তৌবদা খূৎলোইনা থোকই। অদুম্নদি ওইবগা শিনফমশিংদু অকক্লবা মতমদা তৌই, মদুনা অহাঙবা মতম কযা শাংনা লৈ অমসুং শেল তানবগী মতম য়াম্না ফংদে।

পুম্নমক থাদোক্লমদুনা ইম্ফালদা লাকখি হেন্না ফবা শেন্দাল লম্বী অমগী ৱাখলদা । অদুবু মফমসিদসু তৌনিংঙাই পংলে লৈতে হায়বসি উবকই। মহাক্লুম্বা লাইবিক য়াম্না হৈতবা, শেনথোক লৈতবা, মীচঙ লৈতবা, মী অমনা কবম্না অফবা শেন্দাল লম্বী অমা ফংগদগে হায়বসি মফমসিদা লৈববদা চপ চানা খঙলকই।

খল্লুবা পুম্নমকতু অবেম্বা ওইবে অদুবু খনখিবদা হনগন্দবা তোম্বনি, মায লৈদুনা চেনবা তৌখিদ্রে। মতম মতমগী অফংবা থবক শুদুনা হিংনবা হোৎনবক্লে। লাযব- অনং খাঙদুনা হিংবগী অৱাবা লৈববসু খুঙ্গংদদি শকখঙ- মায়খঙনবগী, নুংশি- চান্ন লীপুন্না হিংবগী মহাও অমদি মথেল ওইবনি। পুম্নমক্লগী মমল ঙসিতা মযেক শেংনা খঙলকপগুম তৌই তোম্বা। অদুবু হিংনবগী লানফমদগী লাম্থোক্লনা চাউখৎপগী লমজেলদা য়াওগে খল্লুববা তোম্বা পুম্নমকসি খাঙবদা তাখি। মসিগা লোযননা খঙলকই চাউখৎপা মফমগী পুক্সি, শকখঙ- মায়খঙনদ্রবা, অমগা-অমগা ইবাপ লাপথোক্লবা, খঙৱাং-ৱাংবগা, খঙনেম-নেম্বগা থাক অনীগী মশক, পুম্নমকসি তপ্না-তপ্না উবক্লি।

ৱাখল পবীং অমদা লাকপনা তোম্বনা বিক্লো মপুগী য়ুম যৌখিবদু মফম খঙহৌদে। বিক্লো মপুনা মাবু কৌদুনা কৈদৌবে থেঙলক্লবদি হাযনা হংলক্লবা মতমদুদা ৱাখল লাকই। নীংশিংলক্লে মহাক হোটেলদা ঙাইহাক কুইনা ফমদোকখ্রে হায়বা। অমুক পাউখুম পীকপা তৌদনা মাগী বিক্লো অদু ইম্থোক্লদুনা থৌদোবক্লে।

চহি ফনা শাংলক্লে তোম্বনা মফমসিদা লাকখিবা অদুগা শিনফম অসি তৌবকখিবা। অযুক্তগী নুমিদাং ফাওবা নুমিৎ চুপ্পা মফম অমদগী মফম অমদা মীশিং পুবদুনা থিনগনি, চৎকনি। নুমিদাংদা হল্লক্লুনা বিক্লো মপুদা নোংমগী পীফম থোকপা শেল পীবম্লগা অৱাযবা য়ুমদা হল্লক্লনি। নোংম- নোংমগী ফংলকপা শেলনা নোংমগী কোন্ননবা শিন- লাংদুনা হিংলক্লি। হিংলিবা মহিং অসি চহী কুনগী মমাঙদসু ওইখি অদুগা হৌজিকসু অদুমক ওইবি। অহোংবা ফগৎপা ফীভম অমত্তা লৈত্রি।

মহাক্লা মফমসিদা লৈদুনা অশানবা বিক্লো থৌবা হৌবকপা মতমদুদা খনখিবদি নোংমগী শেল খবা খবা তুংশিল্লগা মশাগী বিক্লো অমা লৈদুনা থৌগে হায়বসিনি। অদুবু চহী কযাগী মমাঙদা মঙখিবা মঙ ঙসিফাওবা মঙফাওনবা ঙমদ্রি। নোংম- নোংমগী হিংনবা পোৎচঙশিং লৈখ্রগা অবেম্বদু তুংশিন্দুনা কাগী অৱাযমল হুল্লি। কবিগুম্বদা তুংশিন্নবা শেল লেমহৌদবসু যাওই। অদুনা কাগী অৱায়মল পীবা ঙমহৌদবা থাসু লাকই। থা অমদগী অনী, অনীদগী অহুম পুখখিদুনা ফুক্কৎপদা অৱাবা ওইবকই। যুম্নুনা লাক্কুনা তত্তনা থৌবৈ, কবিগুম্বদা কা থাদোকহন্নীংবগী ৱাফম পল্লমই। নীংলম্বা, খল্লম্বগী ওন্ন- তৈনবদা ওইবক্লিবা ফীভম অসিনা তোম্বগী হৈনীংবা, নুপা থোকপা থৌনা পুন্নমক মচেৎ মচেৎ নীংখাযহনখ্রে। হৌজিক্তি সুপ্নগী লাক্লিবা ফীভম, ওইবিবা পুন্সি মহিং অদুদা অমুক অথিংবা পীরুদনা মবোমদোম চেম্থখিবা ঈবৈ অদুদা অদুমক চেম্থখবে।

ঙসি অযুক অঙনবদগী থোবকপা তোম্বা ফনা থেঙলবা ফাওবা মী ফংদদুনা মাগী বিক্লো থাফম অদুদা বিক্লো মথক্তা ফমদুনা লৈবে। নুংশাগী মৈশানা কনখৎলকপগা পুক্নী অবাম্বনা অমুক মথোয হাপকৎতুনা পুমচোক চোকথখ্রে। বিক্লো থাফমগীসু চযেৎনবা কযা লৈবিবনি। অদুনা মতম অমদা হেক্তা মফমদু থাদোক্কুনা চৎখিনবা যাথং ট্রাফিক পুলিস লাক্কুনা লাউথোক্লবসু যাবিবনি। মদুগীসু নুংনাংবা অমা অদুমক ৱাখলদা পুদুনা চৎলিবনি। মসিগী মথক্তা ঙসিদি মী ফংদবগী নুংনাংবা ৱাখলনা অমুক্কা হেন্না নম্থবক্লি।

উচিন নাচিন্না নুমিৎ যুংখৎলকপগী অদুৱাইদা মী অমা ফংলে। পংলাপ লাপ্তুবা ইম্ফালগী মনুংচনবা মফম অমদা চৎকদবনি। চোকথবা কাউথোক্কুনা হৈনীংনা বিক্লোদু থৌবা হৌবে। অচোইবা যাওদবদগী লুপা মঙা হেন্না পীবম্নগা পেসেঞ্জব অদু মাগী লৈফমদা চঙহৌবে। ৱাখল খজিক্তং নুংঙাইহৌববা তোম্বা মোন্দা নুংঙাইনা থৌগৎলক্লে। অসিগুম্বা খজিক্তং তোংজবা অসিদি তোম্বদদি যাম্না তাঙনা থোকপনি। অচৌবা শেঞ্জাও পাযবশিংনা লাক্ষ লাক্ষ তোংবগী নুংঙাইবদু তোম্বদদি লুপা মঙাগী মমল তশেংনা ৱাংই। অযাম্বা মতমদা ফংফম থোকপদুফাওবা পুক্লিং নুংঙাইনা ফংদে। পীযু হাযবা শেলদগী তানা পীনবা হোৎনবসু কোঙ্গাইনি। কবিগুম্বা মতমদা ফনা শাংনা তোংদুনা চৎলগা শেল যাওদ্রে হাযদুনা পীবক্তবা অফাওবা শাবা মীওইশিংসু থেংনদবা নত্তে। কন্না হাযবসু হঙ্গোইদুনা পুক্লিং নানা হল্লকখিবা কযানি।

ঙসিগী অসিগুম্বা নুংঙাইবা ইহুল অসিদা তোম্বদু খজিক হৈনীংনা থৌগৎলকপদা অতোপ্পা মী অমা 'নীসু ফংদুনা পংলাপ লাপ্তুবা মফম অম'নীদা

হাইদোক্লুবে। পুং ১গী অদুৱাইদা চাক চাফম হোটেলদা চঙদুনা চাক চাবগা অমুক হাইদোবক্তুনা হান্নগী গাডী থাফমদা থুংলবে।

নীংথমথাগী মতম ওইবনা নুমিৎকী মৈশা মেঙথবক্লে নুমিৎ তাবক্কদৌবে। মতমসিফা ওবা ঙসিগী তানফম খোকপা শেলগী চাংদি যৌদবি। ফনা থেঙথবক্লবা তুংদা মী অমখক ইফিং ফিংনা লাকই। পোৎচাউ খবা পুগদবনি। নীংতম নুমিৎ পালনগী মাযো ক্বা লুপ খবনা থম্লিবা অথিংবা অদুনা মবম ওইবগা গাডীশিং ঙন্না হাইথনখিবন্নে। নুমিদাংৱাইবমগী পুং ৬তগী হৌগদবনি, মীশক অদুগী নুংনাংবা মতৌনে, শেল ফংনীংবগী লাংতক্লবা অদুনে মপা চাকুবে। লম হংলুবদা পংলাপতি লাপ্লমদ্রে। ঙাইহাক খঞ্জান্নববগী তুংদা শেল খবা চাউবপ ঙাংনদুনা থিনবদা তানবে।

কিলোমিটব মঙামুর্ক্কী লমনি চাউবাক্লা, মহাক্লা চৎলুবিবা মফমদু। মযোলদগী ফনা যাম্না হাইদোক্লবা মফমনি। লম্বীদু ইচিক চীকই। থাবল ফবা মতম ওইবনা লম্বীদি থোইনা মমদে। অথিংবা লৈ হায়বগী পুক্লিংদা নীংজিং মাঙজিংনবা অদুনা খবা কল্লপ থৌগৎলকই মাগী বিক্সোদু । ইম্ফালল্লোমদা খজিক নকশিল্লকপা মতমদুদদি থাস্ ফনা যাম্না কাখৎলমলে। নুমিৎ চুপ্পা ৱাকুবগী চোকথববা পুক্লিংদা নুমিৎসিগী থাবলসি মতা অমা ওইনা ফাওহনখ্রে। অদুনা বিক্সো অদু খবা তপথনা থৌবদুনা অতোপ্পা ৱাখল অমদা ঙাইহাক তাউথকবি। মহাক্কী ইনখৎলকপা মতম লৈখি। মতমদুদা অসিগুম্বা থাবলগী ঈপোমদা লুপচখিবা নুমিৎ কযা কযানি। কুইখ্রে মদু পুম্নমক্কু অমতা নীংশিংলুদবা, কুইখ্রে, থাবল মঙালবু লৈতানা য়েংখিদবা। ঙসি কুইববগী তুংসিদা হোৎনকবা যাওদনা অসিগুম্বা মীৎকুপ অমা ফংজবসিদা খঙনুং নুংঙাইখিবগুম তৌখি। ইংলবা থাবলগী ঈপোম্না হেন্না ইংহল্লবা নুমিদাং অদুগী অইংবা অদু ফাওখিদে অপাবা মল্লবা ফুবিৎনা কুপ্লিবা হকচাংদা।

— *বিক্সো, ঙাইখো।*

লম্বীগী নাকন্দগী খঙলাক লাকখিবা খোঞ্জেল অদুনা তোম্বগী পুক্লিংগী নুংঙাইববা ঈচেল অদু খকহনখ্রে। ব্রেক ফাবগা খোঞ্জেল লাক্লিবা মাযকৈ অদোমদা য়েংলুই। মখোয মীওই অনী মাগী মনাক তম্না চঙশিল্লক্লি।

— 'ইযাম্বা' অহানবমক্তদা মিঙ্গৌসিমব কৌবকই, অদুগা কবিগুম্বা খবা হাযগদবগী তৌবি।

অথিংবা লৈ হাযবসি হৌজিকসু কাউদ্রি, অদুনা চিংনবা ৱাখলনা কুপশিল্লক্তুনা হাযনবা হোৎনকই.

— 'তঙাইফদ্রদনা মী অমা থিল্লুবদা খবা থেঙদোকপ্রে।' লকক তৌনা হাযখিবনি তোম্বনা।

— 'ফবে তোক্লো মদুগী ব্রাদু।' লয়দুনা য়েংলগা হায়বকপনি অমনা।

তোম্বনা কবিনো হায়বগী চিংনদুনা য়েংলিঙৈদা অতোপ্পা নুপা অদুনা লম্বীগী মতাইদগী মকুমওইবা মফম অমদগী চেগী উপু পংচাউ চাউদবা অমা পুথোবক্লগা মাগী বিক্লোদা হাপকৎলকই।

— 'কদায যৌগদবনো ?' তোম্বনা হংই।

— 'অশ্বাই ফাওবদনি, মফমদু ঐখোয তাক্কে।' হাযবগা মফম অমা তাক্লকই।

হাযবিবা মফমদুদি ইম্ফালগী যক লাউবা মফমনি অদুগা মহাক্লা লৈবিবা মফমদুগসু য়াম্না লাপ্লখ্রে। অদুগীসু মথক্তা নুমিদাংব্রাইবমদগী অথিংবা অমসু হৌখ্রবনি। অদুনা ব্রাফমদু যানীংদবা উৎলদুনা মফমদু থাদোক্লবা হোৎনকই। অদুবু মখোযদুনা অমুক হন্না খান্নদুনা অনৌবা মফম অমা অমুক হায়বা হৌবকই,

— লম্বীসিদা চুম্না চৎখ্রগা অব্রাংপাংনা হাইগৎখ্রিবা অচৌবা লম্বেল অদুগা থেংনবিবা মফম অদুদা পোৎ অসি পুবিযু। মফমদুদা ঐখোযগী মী ঙাইবম্নবা হাযখ্রগে।

তোম্বা কবিনো হাযনা চিংনদবা ঙম্লক্তে। পোৎ পু হাযবগা মখোয়দি যাওবোইদবগী ব্রা হাযবকপদা ঙক্লা থোক্লে। কবম তৌগদবনো হংগে খন্দুনা যা কাখৎলুবদা নুপা অমনা খোঞ্জেল লুম্না হায়বকই -

— 'মবৈ মবা তৌগনু অহল, তৌদবা য়াদবনি।' অসি হায়বগা নুপা ৫০০ চৎপী অমা পুথোবকই। তোম্বনা শেল অচোযবা য়াওদে হাযকুবদা অতোপ্পা অমদুনা পুকচেল চাউনা হাযবকই -

— 'অমুক হন্দোবক্রুবসু যাবে, মতুংদা ঐখোয কযাবক থেংনবকপা যাবিবনি।' অসি হায়বগা মহাকপু চৎখিনবা ঈঙ্গিৎ তৌবকই।

চিংনবা ব্রাখলদা লুপ্লদুনা গাড়ী যৌগৎলকপনা ফনা শাংনা হাইগৎলক্লে। মখোযনা তাকপা মফমদু যৌগদৌবে, পংলাপ লাপ্লমদ্রে। তোম্বনা খল্লি,

— কবি পোৎপু ওইবিগবা! অফবা পোৎতি ওইবল্লোই। হ্বান পোৎয়োনব'কা হাযবদু ওইবম'তাবনি। ঙাইবমগদৌবিবশিংদুনা কবম্বা মীতা জাৎনো ? ... মখোয়দুসু অদুমঙাইদা হ্বান পোৎয়াবা মীশিং ওইবা তাবনি।

খন্না খন্না যৌগৎলকপনা মখোযনা তাক্লকপা মফমদু যৌবক্লে। থাবলগী মঙালনা অকোয়বদু ইঙাল ঙাল্লি। অদুবু মীদি কনাসু লৈবা উদে। খবা মচী মকমদা

লৈবক্সসু যাই খন্দুনা অসুম থৌজিল্লি। লম্বীগী নাকলদা দুকান পবেং লৈবি। পুম্নমক্তু থোঙ লোইনা লোল্লি। মী লৈবগী খুদম ফংদে। বিস্লো খাল্লগা, কুমথদুনা ঙাইহাক লেপই। কনাগুম্বা অমত্তা লাকপগী শমিন ফংদে। অকিবা অমদি চিংনবা ফাওবকই, তোম্বা। ঙাইহাক খল্লগা পুবক্লিবা পোৎয়োমদু থাংথবে, দুকান পবেংগী মমাঙদা থম্লে। মখোয় লাক্লগা লৌজখিবা যানবা মওংদনি থল্লিবদু।

হৌজিক্তি তোম্বদু ব্রাখলদা তযাং তযাংবা অমা ফাওবকই। যুম থুনা যৌনিংবনা খোঙকাপ চাউকান- চাউকান কাল্লক্লে । মাগী নুপী অমদি মচাশিংনা মাবু খৌবাংনা ঙাইবমগদবদু খল্লুবদা খুদক্তা মখোযগী মনাক্তা যৌনীংলকই। অমুক হন্না খোঙকাপ অনী অহুম মথং মথং থাংলদুনা মাগী বিস্লো অদুদা হেক কাখৎপগী তাঞ্জা অদুদা হৌনা ঙংলবা নীল্লবা খোঞ্জেল অমা খঙহৌদনা তাবকখি ইনক- নক্লা।

যেংথোকখিবদা উবকই ঙাংলবা মৈবী চবুন অমা অশাৎপা লৈগুম চাইথোর্বক্লি । অদুগা কুপশিল্লকই মশা পুম্বদা। মীকুপ অমত্তনি ব্রাখল মাঙলুবদু তোম্বনা। লৌশিং মাঙবা য়াদবা পুক্সিগী তাঞ্জানি, অদুনা ব্রাখল মাঙখিদনবা হোৎনজে, মশা পুম্বা ইখেং শিন্থবি। মমিৎ পাঙনীংলক্তবে অদুবু নীংশিংলি মহাক, মচাশিংনা অমদি মচাশিংগী মমানা মহাকপু ঙাইবমগনি। হৌগৎপা ঙম্ব্রা যেংলুই অদুবু মহাক লেং- ওৎপদি ঙমদ্রে। মশা খঙজদনা তপ্না হিপথখি ঈগী ঈপাক্কুদা, । ■

*ইম্ফাল, ২০১৩*

# দিপানিতাগী মৈরা

নিংথমগী পাবানববা লৈচিলনা কুপশিল্লবা নুমিদাংৱাইবম অদু জব জব মমশিনখিদুনা নুমিদাংগী অমম্বা শক্তম ওইবক্নে।

মেবা থাগী থাশি নুমিৎ,অচুম্বনা অবানববু মাঙহনবগী নুংঙাইবদা থম্মোয ইফুৎ অদুবু নীংশিংদুনা ঙসিসু মথুম- মবাং হৌবি মীপুম খুদিংগী থম্মোযদা। নুমিৎ কযা ৱাংলিঙৈগী মমাঙদগী শেম-শাদুনা থৌবাং তৌনববা কযা অদু যাচঙবনা হেক খোঙদোইবকপা মতমদুদগী হৌবক্নে, য়ুম য়ুমদা য়াল্লিবা মচু মচুগী মৈশিং অদু মথং মথং ঙানখৎলক্নে।মাযকৈ খুদিংদা তাবি অহৌবা বম্বুলা মখোল। অদুগা লোয়ননা মচু মচুগী মৈবীক্লা মুক্তাগুম্না চাইথবক্লি। অহাংবা নোংদোলথক্তা।
কয়াদি ফজম্রে নুমিৎসিগী অতিয়া, নুমিৎসিগী যুমশিং, লন্থী লমজাওসু অনীশুবা লাইবৈবাক্লুমম্রে।

অমম্বনা ইকাযদুনা চেনখ্রবা থাশিগী অহীং অসিদা মণ্ডালগী শঙ্কক যৌদ্রবা মফম মচেৎ অমদা তুম্বক তাশিন্দুনা ফল্লি নাউবদু। চহী ১১ / ১২ বোমগী নুপামচানি। ইচিক-চিক্লবা, মৈ থান্দ্রবা যুমগী মাঙ্গোলদা ফক্লাংদা ঙাদুনা ফল্লি মহাক। নাক-যেৎ, মাঙ-তুংদা লৈবিবা ৱাংলবা যুমশিংদা ঙাল্লিবা মীৎ থক্লবা মচু মখল কযাশিংদু মীৎ কুপ্তুনা যেংলি। অহৌবা মখোলশিংদুনা অমুক অমুক খংপ্রেক খংপ্রেক খংহল্লি। পুম্নমক্তুনা লৈতাদবা অমা পোকহল্লি নৌবিবা থম্মোযদা। থোঙ্গাল্লোমদা মীৎফম থমদুনা ঙাইহাক অমুক লৈ।

খৌবাংলবা মীৎযেংসিনা কৈথেল চৎখিবা মমাবু ঙাইবিবনি।

কুইববগী তুংদা নাউবগী মমা বীনাদু নাকলদা পোৎযোম চাউবপ তৌবা অমা য়েপ্পগা থোঙ্গালগী অমম্বদা চঙশিল্লক্লি। হবাউ-নুংঙাই যান্নববা নাউবনা মাগী ফম্নম্বা মফমদুমক্তদা লেপখত্তুনা মমাবু যেংলি।

— কবিগীনো নঙনা ইশুক- শুকথনা লৈবল্লিববো। কুম্মৈ মতমগা ওইবসিনা পোৎ হেক লোইশিনবা য়াদদনা তৌবিবনি। কুম্মৈসিদা খবা যোলহৌদ্রবদি হায়দুনা ... কুইববোই নিঙোল চাক্লৌবফাও মঙায়। অদুদগীদি নহানমখৈগুম ঙন্না ঙন্না হল্লক্রদৌনি।

মমানা হায়বিবশিংদু তুমিন্না তাবি। ঙাইহাক তুমিন্না লৈকবগা হংলকই,

— ইমা ঐখোযগী কেন্দল, বম্মুলা লৈবক্ত্রা '

মচানা হায়বকপদুদা খঙনীং নীংশিংলকপ ৰ মাগী পোৎ মযোমদু থোকপা কন্না লাক্লবি।

— হোযনে, ইচানা হাযবগা নীংশিংলকই, ক াগী লৈবক্তনি।

ঙাঙনা ঙাঙনা কেন্দল পেকেট খবা, বম্মুল' মচা পেকেট ২ /৩ পুথোক্তুনা মচাগা মমাঙদা থম্মী।

— ঐখোযগীসু থানগদৌবনি, ইমা ৱাই- নুংগা তৈথোকখিগে, ঃইহাক্তনি।

হাযনা হাযনা ইমুং মাঙ্গোলদু নীংথনা তৈথোক্লে। তন্না ফিশেঙ হোংদোক্লে, পোৎযোম মনুংদগী সনাবৈ পবেং অমা লৌথোক্তুনা থোঙ মথক্তা যানশিল্লি। কবোক খোইদুমগী চেখাউ অমা পুথোবক্তুনা যুমগী লাইশিংদা মথং- মথং কৎলি, ধুপ থাউমৈ যাওনা।

পুন্নমক্তু লোইবদুনা মচাবু য়েংলকই। হৈনীংবা যাওদনা মমাগী মনাক্তা লেপ্লি।

নুমিদাংৱাইবমদগী হৌদুনা নাক যেৎ, অকোয়বদা লাঙলিবা নিল্লিবা অদুনা নাউবগী পূক্লিং লাঙতক্রবক্লিবনি। মহাক্লা খল্লম্বাদ পুন্নমক অদু মমা হল্লক্রগা মাগীসু শোযদনা ফংগনি খঞ্জবম্বনি। হৌজিক মহাক নীংবা কাযবে, হৈনীংদ্রে।

হান্নদগী নীংঙাই তৌগন্দবা নাউবনি। মমাগী অৱাবা পীক্লিবা মানা হেন্না উশিনবগুম তুমিন্না যাবদা থংজবনি। অদুবু ঙসিদি মহাক্কী পীক্লবা থম্মোয়বু মচু মচূগী নীংথিববা মৈঙালশিং অসিনা যাম্নমক লাঙতক্রহনখি। ঙসিদি মহাক মঙলান অসিদগী তবাইনা হেক নাম্বোকপা ঙমাখদ্রে অদুনা মমাদা মাগী পামজবা অদু পীদবগী ওইনবা লীচৎ অমা মহৌশাগা মান্নদবা মওংদা উৎলকই।

মচাগী মওং খজিক্তংদা নুং যৌনা খুল্লবী বীনানি। মচাগী মনীং থুংদ্রে হাযবসি মহাক্কী শুকথবিবা মতৌনা উৎলবনি। মচাগীদমকক্তি অঙখা থৌনা পুথোক্তুনা হোৎনগে খনখি, হোৎনবি। অদুবু মহাক্কী ওইবিবা শেম্ফোক লম্বীসিনা অঙাং ওইবিবা মহাক্কী মপান- নাইদ্রবা মঙলানগী ইফৎসিবুদি মেনবা ঙমদ্রি।

লাঙলিবা, নিল্লিবা মচু মখল কযাগী মীৎ থক্লবা কুম্মৈ মবক্তুদা মখোয়গী লৈতেংদ্রবা যুমদুদি মন্নি, চীক্লি। অচীকপদুদা মচাবু চেৎনা কোনশিনবিবকই।

মচাগী মকোক্তা নুংশিনা নাল্লগা ৱাবী লীবকই মমানা।

— অদুঙৈ ৱামচন্দ্রনা বাবনবু হাৎলগা ইমা সিতাবু পুদুনা অযোধ্যাদা হল্লকখিবা মতমদা অযোধ্যাগী প্রজাশিংনা হবাউ- তযাম্না ওকখিবা অদুবু নীংশিংদুনা পাঙথোকপা থৌৱমনি ঙসিগী দিপানিতাসে নঙবু খঙলব্রা হাযবা ?

— খঙদে। বাবন হাযদি কনানো ?

— বাবন হায়দিনে লঙ্কাগী নিংথৌনি। মাননে সিতাবু ফাবগা পুখিবদগী শ্রীৱাম্না মনাউনুপা লাক্ষ্মনগা লোযননা হনুমান্নচিংবা যোংযামগী মতেং লৌদুনা বাবনবু হাৎলল্লগা অযোধ্যাদা হল্লকখিবা, মদুগী কুম্মৈনে, খঙলদবা ?

নাউবা তুমিন্না তাবি অদুবু মহাক্কী নুংঙাইতবা মতৌ ৱাবীসিনা কোকহনবদি ঙমদ্রি, সুকথদুনা অমুক লৈখ্রে। মখূত্তা মৈকাপ্পী অমত্তং পাযজদুনা ঙসিগী লাঙলি- নিল্লিবা মযামগী মবক্তা মাসু শরুক যাজনীংখি, নীংজবদু থুংগনি হাযবা উবক্তুবদা মহাক হৈনীংবা পোকখিদ্রে।

মচাগী নীংবা কাযববা মাযথোঙ যেংলগা ৱাখল মফাং- মফাং খল্লুই বীনা

'অচুম্বা লৈত্রবা লমদমসিদা মৈবাশিং অসিগী ৱাহঙ্খোকপু কবিনো ? . চুমই, অচুম্ববুদি ঐখোযনা ইখৌলাংলি, থিবি, ঙাইবি। . থাশিগী অহীং অসিদা অঙম্বা মতীক, লৈজবা পুম্বা উৎথোক্লদুনা থাল্লিবা মৈবা অসিতনা অচুম্ববু হিংগৎহনবা ঙমগদবা ? .. থম্মোয থম্মোযদি কদায ? ককঙাওনবি, তানবি লন-থুম, তৌবা ঙম্বা। অচুম্ববু শিংকুপ তানা যানখাযবি। অচুম অবানগী ৱাখৈ কনাগী খূত্তা লৈবিবা ঙসি .. । থৱান লিশীংবু শীংনদুনা ঙাল্লিবা মশীং লাকঙমদ্রবা মৈবাশিং অসিনা থম্মোয় কযাগী অমম্ববু কোকহল্লিদগে ।'

বীনাগী মীৎলূদগী পি শীম্থবক্লি থিংবা ঙমদনা। শৈহৌদা, মশানা মশাগী মবাযবক শেমজগনি খন্দুনা পুন্সিগা কন্না লাম্ভেংনবকখিবীনি। শেঞ্জা- থুমজা, ৱাচৎ- ৱানোমগী কৈথেলদা মনতীক্লবা ঙমখিদ্রে, লোইখ্রে মাগী থৌনা। তোৱৈ অমদা মপুবোইবনা মাগী নৌবেল ওইজদুনা হোঞ্জবকখি পুন্সি হিনাউ, নোংলৈ মবক্তা। ঙসিদি মপুবোইবসু পুবিখ্রে তমথিবা নোংলৈনা

— 'কনখ্রেদা, নোংলৈসে . !'

বীনাগী থম্মোযনুংদা শোঞ্জে। অকিবা ফংলবা ঈবৈ অমদা পূম্নমক পাম্বৈ লৈতনা তাউথবিবগুম তৌবি। কবম্না হিংগনি !!'

মশাগী মথৌনা, মবীংজেলনা পুক্সিবু চিংদুনা পুনবা হোৎনজবস্থা মপুবোইবগী শক্তম মীৎমাঙদা চোংথোবকই। কনানা, কবিগীদমক হায়বা খঙদনা পিখম্নখ্রবা মপুবোইবগীদমক ৱাহং লিশীং লিশীং থোবক্লি ঙসিসু। থম্মোয়দা অদুমক তিনখি পাউখুম ফংদনা।

মাযকৈ পূম্বা পুম্লিল নিল্লিবা হবাউ- তযাম্নবা অহীং অসিগী শুমহৎপা শক্তম মবক্তা বীনাগী থম্মোয়নুং অকি- তুজুংবনা কুপশিল্লক্লি। মপুবোইবগী থৱায য়াওদ্রবা হকচাংনা অদুঙৈগুম ৱাখলগী মীৎমাঙদা চোংথোবক্লে। তমথিববা শা-কৈনা শবাক তমখ্রবা শজিগুম মাগী মমাঙদা থুংলখি। নুমিৎ অদো ... কয়াদা যেংহৈখিদ্রবা, মীবু অসুক লাযনা হেক্তা হাৎলবা! ঈচেলনা মরু ফুকখ্রবা উপালগুম হাইথদুনা লৈমাযদা তাখিবনি বীনা।

ঙসিসু মহাক্কী থম্মোযনুংদা অকনবা নোংলৈ অমনা কন্না হুমদৎলকই। খাঙবা ঙমদনা লৈমাযদা লোইবোই ফমথবক্লে। মচাবু চেৎনা কোনশিল্লকই, অকিবা থুক্কৎপা ইহুল অমগা লোযননা।

মমাগী নুংদা শিৎলিবা নোংলৈগী শাফূ নৌবিবা মচাগী হকচাংদা য়ৈগ্রে ঙসি। মমা ওইবীগী নুংগী মৈশাদুনা মচাগী থম্মোযদসু মৈৱাযখ্রে। হংলকই,

— 'ইমা! ঐগী বাবাদো কনানা হাৎখ্রিবনো ?'

পাউখুম ফংদ্রবা ৱাহংতা ঙাইহৌববা থৌদোক্তো পূম্নমক্কী মফমদগী মমি শামহনখ্রবসু বীনাগী থম্মোয়দদি হেন্না হেন্না ময়েক লাবক্লি। অশাউবা অমদি পেন্দবগী খোম্থোক্তা পাউখুম পীবকই মচাদা -

— খঙদে, খঙখিদ্রে।

— কবিগী খঙদ্রিবনো ইমা ?

— মতু শোনবশিংদি অচুম্বা ৱাযেল ফংদে - - - ।

মখা তানা হংগদবগী থাক্কৎলক্লিবা ৱাহংনা থল্লবা মচাগী মাযথোঙদু মথাদা চেৎনা কোল্লদুনা থমখ্রে, অমুক মখা তাহনখিদে।

বীনাগী থম্মোযদি ঈবাক্লবি নীংশিংবগী ঈবোম্নুংদা। কাখৎনবা হোৎনজৈ অদুবু ঙমদ্রি। নীংশিংবনা মাবু মঙ মঙহল্লি -

— বীনা, তুম্লববা নখোয়বু।

— তূমদ্রি, কদাযদগী তূম্বা য়াদোইনো, অসুক থেঙলকই কবিগীনো ?

— সিনিনে থিকা হায়বদো. থবক শুফমদা থবক অমুক যেংলুবে, পোৎ লৌথোক লৌশিনগী অমুক শীল্লুবে। ওফিসকী মীসু উন্নদবা যাদবনি।

— চাক ঈশিং চাবগা পোত্থ'বিরো . .।

— নঙবু চাবব্রা ?

— চাদ্রি।

— ফবে চামিন্নবসি।

— 'অঙাংসিগা ঐগতা লৈহৌর্বনিন্না যাবদি থেঙনা হল্লকপসে তৌবিনুকো।' ওইনদুনা অমুকসু নোৎশিনখি।

— হোযদা, হোযদা। য়াদবগী তৌর্বনি, ঐনা হেন্না থেঙনীংবা নত্তে। ব্রাদনদি নুংঙাইবা যাগদ্রদো।

— অদুগী ব্রা নত্তে, হৌজিকসে মী যাম্না ফৎনদ্রে, অদুগী ব্রানি।

— অদুবু হায়বা, ঐদি কনাদসু লান্দ্রি, কবিসু খল্লনু। ঐনা তৌবিবসে নমা নচাবু অমুক্তংদি নুংঙাইহনগে খনবনি।

— শেল যাম্না পাযবগা পামজদে, নোযদা শোযদ- ঙামদবদুদি ।

মপুবোইবগী নুংশি খুৎকোন্দা ব্রাহে মখা তাখিদ্রে।

নীংশিং মঙলান্দা মোমোন তৌকই বীনা, মীকপ অমুক খংথোক থোবকপদা ইহাঙ হাঙলম্মী তাইবঙ, মীবোল তাদ্রিবা মচাগী নৌববা মাযথোঙ উবকই। চৈনোনা অমুক কুপশিল্লক্লে. লমনগী মৈবীনা ওমচাক্লবকই।

'কদাযদনো অচুম্বা ?

কদাযনো ব্রাযেল- কাতি !'

মশীং খঙদনা হংলি বীনাগী থম্মোযদা। কনা লৈজদ্রবী মহাক্তি ফংদে অমত্তসু, ঙাইবতনা মশিন ওইবি।

অচম্ববু ওক্লবগীদমক ঙাল্লিবা ঙসিগী মৈবাশিং অহীংসিনা থেঙজিল্লকপগা লোয়ননা তপ্পা তপ্পা মুথবক্লি।

বীনা, মচাগী তনৌববা খৃৎশাশিংদু পায়দুনা চিংখৎপিবি। লৈমাযদা তাবিবা মোমবর্তিদু খুনগৎতুনা মচাগী মখুত্তা শিন্নবে। মৈবা অদু চুখৎপিবগা হাযবকই,

— 'ইমাগী ইবুংঙো, অচুম্বগী মৈবা থানগদবদি থম্মোয়নুংদনি, খুৎশেমগী মৈবাসিদি অহীংসিমত্তংনি ঙানগদবা। অচুম্বগীদমক খৌগংনবিবা থম্মোযসিগী মহুৎ শিন্দুনা থাল্লসি লাকও মৈবাসিমত্তং। অচুম্বা হায়বদো অমুক্তংদি হিঙ্গৎলকসনু।

বীনাগী থম্মোযনুংদা অকনবা নোংলৈ হৌবকলি। মরু ফূক্কদৌববা উপালগী মতৌগুম তোলহাইননা লেপখৎলক্লে পীক্লবা মৈবাদু পাযদুনা। ■

*ইম্ফাল, ২০১৩*

## তোবর্বান্দা থেংলরিবা ঈথক-ঈপোমশিং

যাচঙলকপগী মীনা চীক্লা চাযনা ঙমদনা চবাংনবিবা মতমদুদা ঐ বীব টিকেন্দ্রজিৎ বোডতা লৈবি। থবক অমা চৎলুবদগী খবা থেঙদোকখ্রদুনা হোবে হোবে যুমদা হন্নবা হোৎনবিঙৈ তাল্লক্তুদা কদোমদনো অহৌবা মখোল অমা তাখি অদুদগীদি মীশিংদু মফম মবাং খঙদনা চেন্নবা হৌবক্লে। লম্বী মফম- মবাং খঙনদবে। চেল্লম্বা পেসেঞ্জব গাডীশিং মাযকৈ- শলাই খঙদনা মাঙনখি। লম্বী থিংলে, হাযবা য়াও, কোম্বীং ওপবেসন তৌবে হাযনবসু যাওই। কদাযব্রাইদা কবি, কবম তৌবিবনো হাযবদি চপ চাবা অমত্তা খঙনদে, মহৈ-মহৈ ইঙাও ঙাওনা চেন্নৈ, মযুম যৌনবা পাম্বে থিনৈ। ঐসু যুম যৌবা যাবা লম্বী থুনা থিহৌদবা যাদবনি খন্দুনা গাডী থৌবা হৌগে হেক তৌবকপগী অদুদা ঐগী মিং কৌবকপা খোঞ্জেল অমা তাখি। হন্না যেংথোক্লুবদা উবকই, কুইনা থেংনখিদ্রবা ইচে তোম্বীদু তহা তহা চঙশিল্লকই নুপী অমগা লোযননা।

– 'কদোমদগীনো ইচে, উন্নখিদবসু কুইবে লাল্লকসিদা . ।' ঐনা ঙক্লা হংখিবনি ইচে তোম্বীদা।

– 'থবক হল্লক্লিবনি।' শম্না খুন্নকই। অদুগা মখা তাথবকই-'নঙ মহাকসে খবা পুবিখিবা য়ানিদনা ? নঙগা লম্বী মতেক অমা পুল্লে হাযদনা তান্নবক্লিবনি।'

– কদাযদগীনো ইচেসিবো ?

– মহাক লিলোংদগীনি, ফনা শাংনা নঙগা চৎমিন্নবা যাবেদনা, মতেক অমদি মানা থোকপা, মখোঙনবু ওইবসু যৌশিঞ্জখ্রনি।

– হোয়নে। অদু ইচেবু কমদৌবিবগে ?

— সুম হিংলিসিনি, নোংমা তাঞ্জা চাবদা ৱাবী শান্নবসি, নখোয যৌশিনখ্রো, ইবাংসিদা।

— ফবে, ইচে।

নুপী অদু ঐগী গাডীদা তোংলগা থৌবক্লে। লম্বীসু মফম মবাং অমত্তা খঙদ্রে, অমবোমদা চৎলুই থিংলমই, অমবোমদা চৎলুই থৎলমই। ফনা থেংলে কৈথেলদু লানথোক্লবা হোৎনবদা। মমৈথংদা অৱাং পাংনা হাইগত্তুনা মিনুথোং তাবে। মদুদগী হত্তাবোমদা লাক্লে। ঐগী নাকলদা তোংলিবী ইচেদু তুমিন্না তাশিন্দুনা ফম্লমই। লম্বী খবা মেন তাবকপগী অদুৱাইদগী ৱা ঙাঙবা হৌবকই।

— 'ইস ! ঙসিসে ইনাও থেংনবমদ্রবদি অৱাবা অমা ওইবমনি, উচিন নাচিন্না নঙোন্দা শীন্নবিবম্বসিনা যুম ফাওবদি যৌদৌবেদনা।' ইচেদুনা নুংশা থিবগী ফুনগৎলুববা স্বব লৈতানা হোম্বুবগা হাযবকপনি।

— হোযনে ইচে, অসুম্না থোক্কনি হাযবসে কনাসু খঙবদি নত্তে। খঙদ্রে, অসুম্না মীবক্তা অসিগুম্বা পোকখাযবা খোক্কাইবা, কাপশিনবা, মসিদা তৌদ্রবদি ফগদবনি, মীচম কবিসু খঙদ্রবা কযা কযাগী পুক্সি লোইখ্রবনি . মসিদি তশেংনা চুমদবনি। কযাদি ৱানবে তৌবিবসে।

— হোযনে মসি ফত্তেদা। ফত্তে হাযদুনসু নোংমা কাংশিল্লক্লে অসিগুম্বা থৌদোকসে। থোকমল্লক্তুনা হৈবু হৈনবক্লবা জাৎনি।

ঐখোয অনীমক অশাংবা স্বব অমমম হোন্দোক্লে। ঙাইহাক মীকুপ খবা তুমিন্না লৈনকুবগা ইচেদুনা শোম্বাংননা হাযবা তাই।

— 'অঙাংশিংদো খল্লুবদা ঐদি লৈতাফম ওম্বোক্লা খঙখিদ্রে।' ৱাহৈশিংসি হাযবগা মখা তানা ঐঙোন্দা তনহং হংলকই -

— ইনাওগী যুমনা কদাযৱাইদনো ?

— ঐদি কাঞ্চিপুব যৌগদবনি।

মহাক ৱাখল খন্দুনা ঙাইহাক তুমিন লৈখি। ৱাখল মপান থোবকপদা হাযবকই —

— ফবে মতেক অমদি খোঙনা চৎখিবা হাযদুনি।

মহাক্কী নুংনাংবদু উবদুনা ঐনা হাযকই,

— য়ানি ইচে ঐ থিনজবমগে। ইচে তোম্বীগা কবমহাযনা খঙনবীবনো ? ঐনা মখা তাকই।

— ঐখোয় থবক তৌমিন্নবনি, হোমগার্দতা।

— ওঃ

লেপ্তনা গাডী থৌথৈ। ঙাইহাক তুমিন লৈকৎবগা ইচেদু ব্রা ঙাংবা হৌবকই –

— পুম্সিসে অসুম্না মফম মবাং খঙদনা কযা কুইনা হিংখিগদৌবিনো খঙদে। মহাক অশাংবা স্ব্রব মপী অমা হোনখি। মখা তাবকই–

— হিংনিংদ্রে হাযদুনা হিংদবসু যাবা নত্তে। তশেংনমক পুম্সিসে চৈবাক ওইববে।

ঐ গাডী থৌবা খজিক তপথৈ। খোঞ্জেলসিদা, ব্রাহৈসিদা থৌশাদবা ঙমদবা নুংহিক্লবা অমা যাওবি। শকখঙদ্রিবী, সুপ্নতগী থেংনবদা ঙাযবিবী মহাকসিগী ব্রাঙাংসিনা পূক্লিংদা খঙহৌদনা অকনবা শাফু অমা যৈববি। মাগী পূক্লিংগী অব্রাবা কযামুক মযেক শেংনা খঙলুবা ঙমগদগে ঐনা, লুথনা হংবগী হৈনীংবসু ফাওকদ্রে মবমদি লন্নাইগী পুম্সিদা অবোন- অথুপকী ব্রাফমসু লৈবি, মানা পুম্নমক হাযনীংদবসু যাই। ঐ তুমিন্না তাবনা ফবে খন্দুনা ব্রাহং হংলুদ্রে, গাডী তপতক্লা চেকশিন্না থৌকই।

ইচেদু লেপ্তনা ব্রা ঙাংলি –

— মসিবু লাইবক হাযবদুবা ? মানা খজিক্তং ব্রাখল তাবীবম্লর্বাদ সুমহাযনা ব্রাবোইদবনি, ঐগী অব্রাবসে খজিক্তংফাও খঙবীদে। নুপা হায'জাৎসে পুকচেলদি কনবজাৎনি। ঐবু নুংশিদবদি ফবে, মচাবু নুংশিদবা ঙম্বসিদি ওম্হোকনা পেনখিদ্রে। মখোযসিবু কবম্বা লাইনা শাবনো ?

শোম্থাংনবম্বা খোঞ্জেলদা অকনবা শাফু অমা খঙহৌদনা যাওনকপদুদা ঐ ঙকচান্নকই। খল্লকই, পুম্সিগী হিংনবগী মচাক অমদি পোৎচঙ মদুখক্কী ব্রাফম নত্তে মহাক্লা ব্রাবিবসে, নুংদা ফুমলিবা পেন্দবা অমা লোযনবি। নুংগী ওইবা অপেনবা, মদুবু ফংদবগী নুংহিক্লববা ব্রাকৎ মদুনি মহাক্কী ব্রাঙাংসিদা তাবিবসি।

— মানদি ঙম্মী, অদুবু ঐদি ঙমদে। অদুনা মখোয মযামগী পোৎলুম কোকথোংনজবিবসিনি। ঐ ব্রায হাযবোই খনবনি অদুবু ঙল্লক্তে, মানা ইতেং পাংবীদ্রবসু ইবালদি শীবক্কনু হাযজবনি। ব্রা, জাৎ জাৎসু হাযজবা শাবি। ঐনসু মাগুম লংথোক্লবদি ইচাশিংসে কবি ওইনি ? মহাক খস্তবা সুকঙম ঙমদবমাল্লে।

ব্রাবী মবক থৎনা ঐঙোন্দা শৎ ওনশিন্দুনা হংলকই,

— ইনাও নঙদি থবক ফংলববা ?

মহাক্কী থম্মোযগী চৈনাখোল মবক্তা ইপং- পংথকববা ঐনি। খঙহৌদনা হংলকপদুদা লকক তৌনা খুমলুই

— হোয ইচে থবক মচা অমদি . ।

— যাম্না ফববনি, ঐখোযনা ৱাবিবসে উবববা ? পুস্সিসে অসুম্না ওইবক্কনিকা খল্লুবা নত্তে। ইনখৎলকপগী ইঙাও ঙাওবিঙৈদুদা মাগা থেংনকবে। অদুদৈদি মফম মবাংগা খঙহৌদে, যুম অদুম পাল্লে। ইনেমগী শবৈ, ইকুগী সেবা কযাম ৱানা খাঙখি । খাঙনা- খাঙনা অঙাং মবী শুজিনখ্রে।

হাইফেৎতং কংনোক নোক্লুবগা হাযবকই -

— নোং অমুক চু, নুংশা অমুক শা, কৈদৌঙৈনো যেন্নীংথা, নোংমদি ওইবক্কনি খন, ঙাইখিবনি শাফবকপা মতম। খন্না খন্না মতমদি হৌখি। . . ইনেম ইকুগী শবৈ ইংথবক্লে, ইচা মবীগী নিংঙাই অমুক থুংলবে। হিদান্নদুনা হিংনবিবা মবক্তা শোখহৌববা ইচাশিংগী মতৌনা থম্মোযদা মৈবী চুববে। তুমিন্না লৈথোকপা ঙল্লক্রুদুনা ইমুং- মনুংগী থবক্কী অহাঙবদা ফিশা লোনশা তৌবে, মাযপুনবদি ঙম্বা নত্তে। মীশিং যামখৎলকপগী থবক যামখৎলকপগা লোযননা শেল চঙবসু হেনগৎলকপগী অৱাবা মাযোক্লবা হৌবকপদা মাগা উংখৎনবা তত্তনা থোবক্লে।

*মহাক্কী ৱাবী লেপ্তনা জব জব লীথবকই। ঐ মবক থৎলুদ্রে।।*

— *মহাক্কী অবেপ্পা শিনফম পান্দে, কবিনো খবা হোৎনবীযু হাযকই, থৌৱা* শাদে। যু খবা খবা থক্লস্বদগী কা হেন্না থক্কৎলক্লে। ইচাশিংগী মমাঙদা তৌবিনু হাযজকই, ৱাখল ৱাদুনা তৌবিবনি খুন্নকই, হাযদ- হাযজিল্লুবগা ফুবকই। ইচাশিংগী মনীং থুংদবা মহাক থোইনা থৌশাবক্তে। খবা খবদগী ঐখোযনী তোযনা, যাম্না তোযনা খৎনবে। মতম অমগী লীবি খোইবিবদো কদাযদনো মফম খঙখিদ্রে। খবা লৈবগদি চীংদা চৎকনি, থবক যাওকনি হায়দুনা চৎখ্রে। চৎখিবা কুইদ্রিঙৈদুদদি শেল খবা খবা থাবক্লমই। মতুংদদি ঈ-পাউ যাওবকখিদ্রে।

— 'হাযবিসিবু, কমদৌখ্রবগে ?' মবক থৎলুই ঐনা।

— ফনা থি- হুমদুনা হোৎনববসু মবী মখোঙ খঙদনা ফনা কুইনা লৈবে, অৱাবা অদু পুবদুনা ইচাশিংগী খন্দুনা হিংনবা হোৎনবে। কাযনথংদদি খঙলক্লে, মহাক নুপী অমা লৌবগা লৈবমলে চীংদা, ঐখোযবু থৌশাখিদ্রে, হল্লকপগী ৱাখল খনখিদ্রে।

নিংশা ফূইনা হোন্দোকখি মহাক অদুগা হায়বকই,

— ঙকত্রিব্রা সিবু ? অসুক ৱাবা মৈবকসিদা ঐখোযবু অসুক তবাই- তবাই লংথোক্লম্বা ঙম্বা। খল্লুবদা ওম্থোক্লা পেনখিদ্রে। ফনমক শাওনিংলবসু ইচাশিংগী য়েংদুনা হায়জবে, থেমজবে, অদুবু মমায ওল্লক্রে। হৌজিক্তি ঐ খা চীক্কুনা খাঙলে, ৱা অমফাওবা হায়ববোই খল্লে।

ঐঙোন্দা অমুক লৈশিল্লক্কুনা হায়বকই,

— ৱাবীসে নঙদি ইঙকপু ঙক্লম্লনি। ঙসিতা থেংনবা নঙোন্দা ঐনা লীবিবা ৱাবীসে . .। খঙদে, পেন্দবনা হেল্লক্লবদি মফম খঙদনা হেক্তা লীনিংলকই, লীথোকম্ব্রগা অৱাবসে খবা যাংবোই নীংই।

- কৈসু কাযদেদা ইচে। ঐনা খুমলুই।

— জাৎ জাৎকী শিনফম তৌকবেদা ইচেদি। ইচাগী মৈ হায়বসিসু অঙকপনি, মখোয় লৈবমদ্রবদি শিববা চঙববা থোকঅবা অমদি তৌবম্লদবনি। অশেংবনি ঐনা হায়বিবসে ইশাগীদমক্তি হিংবগী, হিংনীংবগী মবম ইবৈমক লৈত্রবনি, ইচাশিংসিগী খন্দুনা হিংলিবনি। ইকুদি লৈখিদ্রে, ইনেম অশোনবীদুগা অঙাংশিংগা হিংদবদি যাদ, ইতোমতা হোৎনবদা কযাদি ৱাখ্রে। ফিশা লোনশানসু কুম্বী থাবী পুবা ঙল্লক্তে, ফিশিৎতা থাসু লাকই। লৈকাইগী ইচে অমনা হৌদুনা সিনেমা টিকেট লল্লোনবা যাওকই। শিনফম চান্নদবা হায়বসিসু হেক যাদবজাৎনি। মীঙোন্দা হায়জবা, থাজহনবা ঙমদবা ঐনা কযা কুইনা শিনফমদু যাওগনি, তোকথোক্লগা ইনশাং- নাপী যোনবা অমুক যাওকই। মবক্তা নুঙ- লৈঙোই পেকপসু যাওকই। মখল শুবক্লে ঐনা তৌবক্লিবা। নোংমদি ইমাগী মবী মাম্মা থোকপা অমা ইম্ফালদা থেংনৈ। মণিপুব পুলিসতা লৈ মা। ঐগী ৱাবী তাবদা নুংঙাইত্রমাল্লে, হোমগার্দকী থবকসি মানা হাপ্লীবনি। মসিনা খববুদি শাফবে অদুবু তলব যামদে, চাংসু নাইদে।

স্বব শাংনা হোনদোকখি মা, ঐসু মহাক্কী অৱাবা ৱাবীনা খজিক শাফবকপগী মতাং যৌবকপদা খজিক যাংবগুম তৌখি, হায়কই -

— ফবেদা ইচে . অদু তাদদুবু কমদৌখ্রবগে ?

— অদুনিনে ঐনা ৱাবৌবিবসে। অসুক কুইবসে নাথৈদুনা লৈকবে। খঙহৌদনা নহান নোংমা লাক্লমই। অদুগা ৱা জাৎ- জাৎ হায়বল্লিবনি। ঐবু থেঙনা

মমনা কোইচৎ চৎলি, নত্ত- নত্তবা থবক তৌই, মীনা মাঙোন্দা য়াম্না হাযবকই। মতুং তৌববদি ফবোইকা হায়দনা কিহন্দুনকা তৌবল্লিবনি।

অশাওবগী অদুগা ব্রাবৌবগী ইহুলনা লাকহৎলবা মতৌদা ব্রা ঙাংবা ঙমদনা ঙাইহাক লেপ্লী, অদুগা তপ্না মখা তাবকই,

— ঐনা ওইবিবা ফীভম, হিংলিবা মহিং মহাক্লা নৎত্রা ? সিবু ঐনা তৌগে তৌবিববা ? ঐনা অদুক ব্রাবকপদুদি মানা উশিন্নদে। ঐসু শাওনীংমন্দুনা খৎনথোক্লুবে। ঐগী অব্রাবা, ইচাশিংগী অব্রাবা অদুবুদি কবিসু লৈতনা উবগা পুন্নমক মাযোক্লবিবী ঐবু পাউথোক্লি। তম্বদি ঙমলিববা যেংঙু, লৈবাক্কী ইবাংসিদা ঙসিসু মফম মবাং খঙদনা থেঙদোক্লিবসিনি। শিনফমনি হাযদনা তৌকুববনিনা খুদোংচাবা চাদবা কযাসু থেংনবকই। সিবু নাম্বোক্তুনা চেনবা যাবিববা ?

মতমদু লম্বীগী মৈ থানগৎনববা মতমনি, ফনা থেঙলে। মাঙদা ঐগী লম্বী হাইজিনফম যৌবমলে হাযবা উবকই। হেন্দোক্তুনা অদুম থৌথবে। ঐনা হংলুই,

— ইচেগী যুম্বু লম্বী মপান্দবা, লৈবক চঙববা ?

— লৈবক মতেক অমা চঙই। যা'নি নঙনা সিফাওবা পুবক্লবনিনা লৈবক্তুদি ঐ খোঙনা অদুম চঙশিনখ্রগে।

— কবন্বা লৈবক্লো ? যৌবগা ইচেনা হাযবীবকউ।

ইচেদুগী ব্রাবী লেপখিবগা লোযননা লম্বীসু চীকপা হেনজিল্লকই। মী ইচৎ চৎনদ্রে, মবক- মবক্তা গাডী খবা খবদি চৎলি। গাডী থৌনা থৌনা ব্রাখলগী লুববা ঈবোন্নুংদা লুপথকবি।

মহাক্কী ব্রাবী হঞ্জিন হঞ্জিন তাববা ব্রাবীগুম্বনি। মাগী ব্রাবীগা মান্নবা ব্রাবী কযা কযানি ঐগী যুমলোন্নবশিংদা থোক্লিবা। ইনে চাউবীগী নীংবা কাযবগী ব্রাবী, ইনে থম্বালগী ব্রাকৎনা থল্লবা পুন্সি যেংলু- যেংলুবদা চৈনা ফংনিংঙাইতনি। যু ঙাওবা তা থম্বৌনা ইচে চান্দনীবু ফুবিবা থীনা থীনা, চৎনবীগী লীপুন অমনা পুনখ্রবনি খন, শিবা ঙাইবিবা নীংঙমদনা, খল্লুবদা পোৎলুম পুবি ব্রাখল। মথৌদাংবু শকখঙদ্রবা তোনানবা মপুবোইবা তোম্বীগী মতৌদা থম্মোয খুদুম শুনা কপ্লিবা ইচে মনিশংনা মচা মযামগীদমক খা বাই খঙদনা চেল্লিবা। মখোয় মযামগী পুন্সিবু তত্তনা তাবি উবিবা ঐগী থম্মোযদা খাঙঙমদবা চৈনানা মশক উদনা নুংদা যৈববি। ঐগী থম্মোযনুংদা শাগৎলিবা মখোয় মযামগী পুন্সি শক্তম মবক্তা ঙসিতা থেংনবিবী শকখঙদবী ইচেসিগী শক্তমসু মযেক লানা চোংথোবক্লি।

নুংশিৎনা ঈমাযদা যৈবদা ঈথক ঈপোম কাবকপগুম ঐগী পৃক্লিং তোববান্দা মখোযগী থম্মোয মৈশানা ঈপোম নাইনা যৈববি।

— 'ইনাও যৌবে, মসিদনি ঐগী হাইজিনফম।' খংহাই খংজিন হাযবকপনি। ঐগী ব্রাখল পবিং কায়খ্রে। গাডীগী ব্রেক কাওকই।

লিলোং কৈথেল যৌবমদাইগী লমহাংদা লম্বীগী যেৎথংবদা হাইজিনখ্রিবা লৈবক্তুগী মচীন্দা খামলে। তহা- তহাবা মতৌ হৌজিকসু উবি। মখোঙদি লৈবকলোমদা চঙবা হৌখ্রে, মমায লৈশিল্লক্লগা হাযবকই -

— ওস্থোক্রা নুংঙাইবে ইনাও, যুম যৌববগুম্বনি নঙসু যৌশিনখ্রো, মতুং তান চাবদা থেংনসি।

— 'হোয ইচে।' খুন্নুবগা মাবু ঙাইহাক যেংলুই। মীৎকুপ অমখক। ঙাইঙমদবা মতৌদা মখোঙ থাংলিবদু অমম্বা মবক্তা মমি- শামি উবকই, মচীন্দসু ঙাঙবা তায,

— ইস, অঙাং অহলদো মথোঙ খঙলম্লবোই, ব্রাজবনসু লোইববনি মনাওশিংগী হোৎনবদা।

ঐনা মায লৈথোক্তুনা গাডী থৌগে তৌবকপমক্তদা তাবকই লৈযেং ফাইববা নুপা অনী অহুমগী খোঞ্জেল । ঐ গাডী থৌদনা লেপ্লে ঙাইহাক,

— 'তৌবিবসি যেংউ. উবেদনা ।' অমনা হাযবকপনি।

— কবিবুনো হাযবিবদো ?

— নুপা নহা পান্দবগী শাজৎ অসিবু হাযবা অসুক থেঙলফাওসিবু কদাযদা লৈকবিবনো হাযবা ?!

ওস্থোক্রা হঙ্গোইনিংঙাই ওইববা ইঙ্গিৎ অমা উৎলদুনা হায়বকপনি। অতোপ্পা অমনা ওক্তুনা খুন্নকই,

— অসিনিনে বাইট মান্নবা, বাইট মান্নবা হাযবদো। হাযবগা হা - হা - হা হাযদুনা মখোয পুন্না হৌনদুনা নোকই।

ব্রাহৈশিংসি তাখিবগা লোযননা ইচেদুগী শোম্থাংনবম্বা খোঙথাং মখোলদু লকক তৌখিবগুম তৌই।

ঙসিদি হামজিল্লবা থম্মোয তোববানসিদা অকনবা চৈনাখোল ফাওবক্লি। ঐগী থবাক মিহুল দং দং চোংলকই। অকিবগী নত্তে, নুংনাংবগীনি। কবি থোক্লদগে

খজিক শেম-শাক্নবগুম তৌখি। মমিত্তা ঈ কানা শাউবগী শহুম অমা নাশোন্না তাখিবদু শকখঙদ্রবী ইচেদুগীনি।

মহাক্কী মশক উখিদ্রে, খোম্থাংদি নিলহৌবি থম্মোযনুংদা। ইচোক-চোকথবকই পূক্লিং হকচাং, মহাক্কী থম্মোয় পোৎলুম্মা ঙাইহাক ঙাথবন্বগী।

মীৎকুপ খবা তুম্মিন লেপলুবি। লোথববা খোঞ্জেলশিংদু লাপথোকখিবগা লোযননা তুবোই ঙামলোই থাংবা খোঙথাংগী শনিনসু তাখিদ্রে।

শোম্থাংনবম্বা ইচেদুগী খোঙথাং মখোলনা অনৌবা অকনবা শহুম অমগা লোয়ননা থাংলদুনা মযুম তম্মা চঙশিনখ্রিবদু যেংলম্লগা গাডীগী খোঙযাঙ কনখৎলক্লে। ■

*ইম্ফাল, ২০০৫*

# লেপখ্রবা ঈশৈ

— 'অবোক কামিনী লৈখিদ্রে।'

পাউ অসি তপ্পা তপ্পা খুলগী যুমথোঙ শিনথুংনা শন্দোবকই।

— 'অবোক্তো নুংঙাইতেদা।'

শোন্নৈ পুম্নমক্না।

খুনগী খ্বাইদগী অহল ওইববী কামিনীবু নহা অহল খাক্তনা পুম্নমক্না মশক খঙই। চহী তাঙ্কক খেন্নবা মীওইশিংদা অবোক কামিনীনা লোযনবগী মওংসু খেন্নৈ। চহীনা কোকথোং ফাববী, পুম্নমক্কী অবোক কাববী অবোক কামিনী মশা নাল্লি, মমিৎ মনা চোইদনা, শকফম ইকাই কাযদনা মশা খিং খিং লাউনা খুনগী লম্বেলদা নুমিৎ খুদিং চৎলি। মচা-মশূগী থৌদাং পাঙথোকপা লোইববী কনাগীসু লমন তোন্দ্রবী অহল অসিগী মথৌদি অযুক মমলিঙৈদা হৌগত্তুনা মশা-মউ শেংদোক্লগা লাইবক্তা চন্দন পুমলং লংনা থিল্লদুনা ফিশেং শেৎলগা গোবিন্দগী অযুক অঙনবগী আবতি কৎপা যাওকবা, নুমিদাংৱাইবমদা খুনগী মযাযদা লৈবা অপীকপা কৈথেল মচাদা থোবক্তুনা নহা অহল লৈবন্না মীশিংগা ৱা-ৱা নোক্তুনা পুল্লবা, হোটেলদগী চা গ্লাস অমা থকপা অসিনি। অহল ওইববী নুপী অসিবু মীপূম খুদিংনা পাম্নবগী মবমদি ৱাঙাং ৱাতা তাবদা নুংঙাইবা, ফাগি পুবা মওং-মতৌ, শাওগন্দবা, মতম পুম্নমক্তা নোক্তুনতা লৈবা, অৱাবা মমি তাদবা মাযথোঙ, পুম্নমকসিনা নহা, অহল, অঙাং পুম্নমক্কী পূক্লিং চিংশিল্লি। অহল ওইববা মীওইশিংগা উন্নবদা 'বাধে বাধে' হায়না খুকয়্নৈ।

নহা অঙাংশিংদা ৱা-ৱা নোক্তুনা ফাগী তৌই। মাগী তত্তনা তৌবা ফাগী ৱাহৈনি —

— ইশুশা নখোয় ঐগী শোবাৎ লাকউকো।

— লাক্কনি, লাক্কনি। অঙাংশিংনা খুমই।

অদুগী মতুংদা ফাগী জোগাই কযা মথং মথং । অদুগা মখোয পূন্না নোকমিন্নে। অতাবশিংসু নোকই।

ঐখোযনা পীশক পীক্লিঙৈদগী অসিগুম্বা মওং মতৌসি তৌদুনতা লাকখি, ঐখোযনা চাউবক্লবদসু তুংদা হৌবকখিবা অঙাংশিংদা মাগী ফাগীগী মহাও অদুম য়েলহৌই।

নীংশিংলি মতমদু, ঐখোয যাম্না পীক্লি। মতমদু মালেমগী অনীশুবা লাঞ্জাওনা লমদমসিদা অচৌবা চৈথেং পীবমখিবা মদুগী মতুং কাইনথং চহী ৪০মুক্কী মতুংনি। লানগী ইনিল নেমথথ্রবসু ঐখোযগী মীশিংদা লানগী অকিবা ফনা কুইনা লৈখিমাল্লে খল্লি। মদুনা ওইবমগনি ঐখোযগী অহল -লমনশিংনা লানগী অকিবা, লানগী অৱাবা ৱাবী কযা তত্তনা লীখিবদো অঙাং ঐখোযদা। বোম তাবগী অহৌবা মখোল, মৈবী থোক্লকপা, প্লেন পাইবকপা, লানগী কোম তৌনবা, লোৎপা, মীশি-মীনা কযা যাওখিবা, লান কাযবা, লাঞ্জেন্নবা, মদুগী অৱা- অনং, লীবগী লোইবা নাইখিদে। নৌবিবা অঙাং ঐখোযগী থম্মোযনুং লানগী অকিবনা থক থক নীকহনখি। খনখি লান হাযবদুবু কবম্বা মতমদা লাক্কদৌবিবনো ? লান লাক্লবদি কমদৌনি। ইমা- ইপা, ইচিন- ইনাও মখোযগা কাযনববদি কবম তৌনি। মসিগী অকিবসিনা লৈতাহনখিদে। তৃম্বা, চাবা, শান্নবা মবক্তা লান নীংশিংলকপদা মিপাইবা পোকহল্লি। লানগী খমথেংলবা অকিবা ঐখোযগী থম্মোযদসু ফাওহনখি।

অসিগুম্বা অকিবা, নুংনাংবা মবক্কুদা অবোক কামিনী অদো ঐখোযগী নুংনাংবা, অকিববু কাউহন্দুনা ওম্থোক্লা নুংঙাইববা কুম্মে হৈবা মীশক অমা ওইনা থোকখি। কাউবা ঙমদ্রবা মহাক্কী ৱাঙাং- ৱাতা ঙসিসু মীৎতা শংশং উবি।

মতমদু অবোক কামিনীগা লোযননা খুলগী অহল নুপী নুপাশিং কাং শান্নবদা থৱায় যাওবম্মী। তুবেল ৱাংমগী ইপু কুল্লখোযগী অচৌবা মমাং শঙ্গোয়দা লৈকাযগী অহল নুপীশিং কাং শান্নবি হাযবা তায। অঙাং ঐখোযনা থোইনা খঙদবা থৌবম ওইবনা কয়া খোইজংলুদে অহলশিংগী পাউদুদা। নুংথিল নুমিৎ খবা চাযথবকপা মতমদদি তশেংনা ঐখোয়বুসু তপথবা ঙমহন্দ্রে। মবমদি খুলগী লম্বীদা মীশিং ৱা- ৱা নোক্কুনা পুল্লপ-পুল্লপ থোক্লবক্লিবা, চৎনবিবা মদুনা ঐখোযবু লৈতানা

শান্নদুনা লৈবিবদুদা অপনবা ওইহল্লবে। থোক্লুনা য়েংলুবে চৎনবিবা অদোমদা। উবকই- মীওই ১০ / ২০ মুক্লা মতুং ইল্লদুনা অবোক কামিনী শাথেক-শাওং তৌদুনা চৎলি। নাদা অচৌবা নাচোম জবাকুশুম, অতবগুলাব, অতৈ মচু মচুগী লৈয়ান য়াওববা নাচোমদুনা মীৎ থকপমখৈ লৈতেংলী। কাব্রংগী লংলবা ইনফীনা সেগা ওন্থদুনা ইল্লি, য়েৎথংবা খুদাংদা চাউববা খুদাংঘডী অমা শি মদুগা লোযননা মপান নাইবা ফনেক কৌবপ তৌনা শেৎলি, ব্রাংলবা খুনিং ব্রাংবী খোঙউপ তোংই। চহীগা চান্নদনা কেবিবা মকে, মদুনা পুম্নমকপু পুক্লী পাযহল্লি। অসিগুম্বা ফিজেৎসিদা হাই- হুন্নবা শাজৎকা লোয়ননা খুনগী মযাযদা শাবিবা উবোকথোংদা লান্দুনা চৎলিবদু অচৎ- অওকশিংনা লেপ্তুনা যেংনৈ, যেংলগা ব্রা- ব্রা নোকই। নোকপগী মখোল তাবিবমখৈ অবোক কামিনীগী শাওং শাথেক হেনগৎলকই। মহাক ইপু কুল্লাগী মমাঙ শঙ্গোই তান্না চৎলিবনি কাং শান্নবা।

কাং কবিনো খঙদ্রিবা অঙাং ঐখোয মাগী মতুং ইন্দুনা চৎলে, কাংশং যৌবে। মফমদু য়ৌখিবদা উবে অবোক পেম্মাসু ফিজেৎ লৈতেং, খুচি- নাচি ফীভম অমদা শেৎ চাবদুনা মাগী খুৎশিংগা লোযননা অবোক কামিনীগা লম্বাগদবগী ঙাইবমলি। ঙাইহাক্কী মনুংদা কাং শান্নবা হৌবে । মশা মশাগী ফম্ফমদা ফম্নদুনা কাং কাপ্নবে। কবিগুম্বদা মবক্তা, মযাযদা চঙদুনা কাং কাপ্লে, অমগা অমগা মীৎ ঙক্রুদে, শান্নবদা কন্না পুক্লিং চঙনবি। অঙাং ঐখোযদি যেংবদা যা কাবা হাযবদু য়ৌখি। কাং য়েংবদা নত্তে, কাং কাপ্লিবা অবোক পেম্মা, অবোক কামিনী অনীগী মতৌ য়েংবদনি।

ঙসি ফাওবা নীংশিংলি শক্ত মশিংদো, মতৌশিংদো, কয়াদা পকচখিবা, তৌথোবকপা ফাগীশিংদো।

অবোক কামিনীবু নীংশিংলকপদা চিখ্দনা হেক্তা নীংশিংলকপা মীশক অমদি অবোক পেম্মা অসিনি। ঐখোয়না অঙাং ওইবিঙৈ শাংলবা মতম খবদি মথৌনা লৈববী অহল খবসিনা খুল লৈকায়সিমা ফৈগাক ফৈনা পুখিববা খল্লি। পুন্সি শিন্থা খঙলবী ঙাক্তনি মখোয়। মসে তুংদা হৌবকখিবা মীবোল ঐখোযনা পুন্সিগা হকথেংনবক্লবা মতমদা খঙলকই।

মখোয লাইবিক ময়েক চৎখিদে অদুবু পুন্সিগী, থৌবম থৌদাংবুদি নীংথিনা শকখঙখি, লিংজেল লৈনা মায়োক্লখি। পুন্সি লীলাগী অশেংবা থৌমী ঙাক্তনি মখোয়। অব্রা- অনানা তাদুনা শেন্নবা মখোয়গী পুন্সিনা মতমগী ঈচেন্দা মহৌশা

খোঙচৎকা চান- চানবা শক্তম লাংদুনা মশাবু অমদি অকোয়ববু পুন্সি মহাও, মশক থোকহনখিবা অশেংবা লীলাগী থৌমীনি। লৈবাক্লদি শকখঙনখিদ্রবা অচঙবা পুন্সি লাম্মীশিংনি মখোয।

ঐখোযনা উবদা মখোয়সি থবক য়াম্না চিল্লি। চৎলবসু ঙাংলবসু থবক তৌববসু হোবে হোবেদনি। অদুবু তৌথোবকপদদি মচু হেক্তা তাই, মতীক মঙল লৈ। খবা নহা ওইবিঙে, মখোযদো, কোক্তা সাইকক, থুমোক পুদুনা কৈথেল কায। কৈথেলদা পোৎ য়োল্লুবগা চেল্লক্লুনা নুমিদাং-ব্রাইবমদা লৈকাযগী থবক থৌবমশিং শোয়দনবা য়াওবৈ। লেপ্তুনা লাক্লিবা লমদমসিগী হবাও- কুম্মৈশিং অয়াম্বা লাইনীং-লাইশোনগা মবী লৈনবা ঙাক্তনি হায়বা যাই। কাং, ঝুলোন, কৃষ্ণ জন্ম, থৌবানী জন্ম, হবিসোযোন, জলকেল্লি, যাওশং, দূর্গা পুজা, পুম্নমক অসিদা মখোয়না চাউববা থৌদাং লৌখি। কৈথেল চেনচৎ চৎলুবগা নুমিদাং লাইগী থৌবম তাবা নুমিৎশিং কায়দনা থৌগল পাঙথোকই, খৃত্তা মন্দিলা পাযদুনা ঈশৈ শকই, ঈশৈ হল্লি। মখোযনা থৌবু ওইনা কোযচেন চেনবদা মীশিংনা মতুং যৌ-যৌ ইল্লি, খুন লৈকাযদু ইনিল নীল্লি।

নোংমদি ইপু তোঞ্জাওখোযগী শুমাং অচৌবদুদা মোইবাং কংলৈবোলগী মতাং শান্নগনি হাযনবা তায। নুমিদাংদনি। ঐখোযবুসু অহলশিংনা পুবিদুনা লীলা যেংবা চৎলি। লীলা কবিনো, খঙবা নত্তে। মফমদু য়ৌবদদি উবে সুমাংদু মীনা থল্লি ইকোয কোযবি। লীলা হৌখ্রে। মদুফাওবা ঐখোয় মুন্না খঙদে কবি কবিনো। ঙাইহাক লৈবগদি শামু অমা থোবক্লে। অশেংবা নত্তে অশাবনি। মী খবনা মনুংদা লৈবগা খাকী ফিনা কুপশিল্লগা শাবনি য়াম্না মাল্লি, মনাতোন অশাবা, মনা, মমৈ নীংথিনা শেমদুনা পাল্লি।

মতাংদু যৌবকপদদি অঙাং ঐখোয়গী নুংঙাইজবা যৌবে, ঙকপগা কিবগা যান্নবদুনা। মদুদগী হেন্না নুংঙাইবিবদি শামুদুবু চিংদুনা পুথোবক্লিবা মীওই অদুনি। খামেনচৎপা ফৈজোম শোৎলি, অশংবা মচুগী বেসম ফুবিৎ জোন-জোন লাওনা লীৎলি, খুজি পোপচাওবী শি, ফজববা কোকযেৎ য়েৎলি, মুগাগী ইন্নফিনা খাওন ইল্লি। মখুৎনা শামুগী থৌবীদু পায়বদুনা ফল্লপ তৌববা শাজৎতা থোবক্লগা হৌনা লাউথবকপা, য়াথং তাউথবকপা ব্রাঙাং ঙাঙলকপদা মযাম পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনৈ।

হৌজিক নীংশিংবদা মদু শামু খোঙযেৎপগী মতাং ওইবমগদ্রা খল্লি। অদুদগী মীশিংনা হায়নবা তাখি -

— অবোক পেন্মানি, অবোক পেন্মনি, থোঙলেন শাবিবনি, পকচখ্রেদা।

কযাদি চূনখ্রে শক্তমদো, মতমদুগী মীৎতা উখিবা শক্তমদো হৌজিক ফাওবসু মযেক লাহৌবি।

অসুম্না থৌদাং যাখিবনি মখোয পুন্সি লীলাদা ওন্থোক্লা হৈনীংনা। হৌজিক্ত খল্লকই, কযাদা তমজনীংঙাইনো ! চোকথববা পুন্সি খোঙচৎকী লম্বী চৎপশিংবু ঙাইহাক- ঙাইহাক্তং ওইববসু অৱা- অনা কাউহনখিবা তবাইবা থৌদাং নত্তে।

*ঙসিগী চবাংনববা, মীকুপ কাঙদনা থোক্লিবা হাৎন- শুনবা, লেপ্লা লৈত্রবা* ঐখোয মশেলগী লান মবকসিদা মখোযগুম্বা পুন্সিগী লীলাবোইশিংগী থৌদাং হেন্না হেন্না মরু ওইবক্লিববা খল্লি।

মখোযদো তশেংনমক পুন্সিগী ফববা লীলাবোই ঙাক্তনি হাযবসে পুক্লিংনা হন্না হন্না ৱাবেপ লৌবক্লি। মবমদি মখোযগী মপানথোংগী মওং মতৌগা নুংগী ওইবা ফীভমগা যাম্নমক খেন্নে, মসি মী অযাম্বনা খঙনৈ।

ঐখোযনা পুংকক চাউবকপদা নোংমা লীখি অবোক কামিনীনা মহাক্কী পুন্সিগী তোবৈ তুথুপশিং--- মহাক মমা অতোনবীনা যোক্লকই, অপোকপী মমাদি মশক খঙহৌদ্রে। পীশক পীক্লা মৈশা লাংবা হৌবক্লে। মমাগী নুংশিবা ফংলক্রুবা, তাথি- মীচৈ, মীৱা মৈশানা লাকহৎতুনা লেল্লকখিবা অঙাং ওইবিঙৈগী পুন্সি ৱাবী পাউদম্বদা মীৎতা পি শিন্থবকখি, চেন্থবকখি মহাক্কী খুইববা খজাইদা। ফাগী জোগাই নোকপা খেবতনা মাগী ওইববা অহলসিগী মতৌদা ইঙক ঙকই ঐখোয। ঙকপগা লোযননা মুন্না যেংলুই , ৱাবী মখা তাবকপা ঙাইখি।

‘চহী ১৪দা যুম পাল্লি, ওন্থোকপা মওংনি মতমদো।’ মপি তৈথোক-তৈথোক্লা ৱাবী মখা লীথবকই-ইনেম ইকুদো, ওন্থোক্লা লীংজেল খাখ্রবা ! অশেং-অমাংনি হাযদুনা অঙকপনি। ৱাই তৈবদা ককচেং যাওই হাযদুনা ঙাংবগা চৈবগদা ইপা- ইপু যৌবিবনি। পিসি জোবো জোবো তানা খাঙবনি।’ ৱাবী লীনা লীনা মপি তৈথোকখি। ‘মাংই, শেংইদা হোৎনবদা কবিগুম্বা ৱাখল অমত্তা খনবা ঙমজদে, খুবৈ অমা চৎথোকচবা ফংজদে। ইশুং- ইমান্নবীকা উন্নদুনা ৱা-ৱা নোকমিন্নবা কাযদো ফংখিদ্রবনি। ওন্থোকপা মওং অমদা লৈবম্মীদা। নীংশিংলুবদা যাম্না নীংঙল্লক্তে, পুক্লিং নুংশিবকই।’

পুন্সিগী শকওং শক্তম খঙফাৎত্রিবা ঐখোযগী পুক্লিংদা অবোক কামিনীগী পুন্সি ৱাবীনা কবিনো খঙদবা শাফু অমদি পীবকখি হাযবা তাই। মদুনা ওইবা তাই

ঐখোয় অঙাংশিংদো অবোক্কী ৱাবী তানবা মাগী পাউদম মখা চখবকপা ঙাইদুনা মনাক্তা নক্লা চঙশিন্দুনা ফমখিবদো।

ফাগী পুবী অবোক অসিগী পুন্সি নুংঙাইবগী মথেল য়াওদবা ইকং কংলবা পুন্সিনি হায়বসি নুমিৎ অদুগী পাউদম্না লীবম্মী ঐখোযদা। মাগী পুন্সিবু মচু লোক্লিবদি সুপ্নগী মাগী ফাগী অসিতনি। অথেঙবা মহাক্কী পুন্সি তাঙ্ককসু মবেক মহাও থাংলবা তাঙ্কক অমা ওইখিদ্রে –

মীৱা- মীচৈ তানা তানা খঙহৌদনা হৌখিবা মতমনা অনৌবা পোৎলুম অমা অমুক ননশিনবীবমলে। হিংনবগী লম্বীদা পুন্সি শিন্থা পাঙবা হৌবকখি। মতমদুদা লৈকাযগী অহল নুপী কযা অন্দ্রোদা চৎনবম্মী হায। ঙাবি ঙাতায, থুম, ক্বা, কবোক হৈবোকনচিংবা পুদুনা চৎলগা অন্দ্রোদগী ফৌ, পান মাইবেন পুবক্লগা যোল্লি, চীং কাদুনা খোঙনা চৎলগা অসুম্না শেল তান্দুনা মচা- মশু থাক্লবম্বগী ৱাবী লীনা লীনা মখোযনা থেংনখিবা অৱা- অনংশিং পাউদম্বদা থৱায চঙনা লীমনখিবনা মমিৎতগী মপি তাখি, নোক্কনখ্রবা অবোক অসিনা কপ্পদা অঙাং ঐখোযনা ঙক্লা যেংই।

থংনবা মীকুপ্তা ৱা- ৱা নোক্কুনা মাযখোঙ মকা লাম্না-'মসিনি ঐখোযনা লেল্লকলিবসে অতো!' হাযদুনা ফুক হৌগৎলগা তফিং- তফিং চেনচৎ চৎখি। পুন্সিবোলদা থাজবা, পুন্সিবোল খঙবা মখোযগী মতৌ তশেংনা খঙজিনবা যাবা পাবা অমনি হাযবসি তুংদা আ কাযনথংদা খঙলকই।

অবোক পেম্মাগীসু অসিগুম্বা অৱা- ৱাবী অমা লৈখি হাযবা তাখি। লৈকাযগী অহলশিংদগী। মহাক শুবা- নোম্বা যাম্না কনবীনি, হৈথোই- শিংথোইবীনি, লৌশিং চাউবীনি। মহাক্লা কন্না হোৎনজবদগী যাম্না শোৎথনা হৌবকপা মখোযগী যুম্বাল তপ্না তপ্না শাফবকখি। মতম খবগী মনুংদা ৱাৎত- পাদবা হায়বদু ওইবক্তুনা চনিং তাবকপদা ঙাযবিঙৈ নাইতোম পোকচবা মচানুপা তোমপোক লাযওং খঙদনা নাবকখি। ৱাজবনা লৈতাদ্রবা মমা- মপা অনীদু খা- বাই খঙদনা কোযচেন চেনখি, মাইবা ডাক্তব থিবা। মমৈথংদা পুম্নমক অবেম্বা তাদুনা মচানুপাদু লৈখিদ্রে। মচাগী মৈনা চাকখিবনা মমা মপা ওইবা অনীদো অঙাওবা ওইখ্রে, হিংলি হাযবতা থাকখবে। পুম্নমক্কী খল্লম্বা মচাদুনা মাঙখিবদা ওইবিবা পুমহাঙ - হাঙবা চৈনা অসিনি অবোক পেম্মগী পুন্সিদা ফংহৌবিবা।

মপান নাইদ্রবা অৱাবগী ঈপাক্তা কনাগুম্বগী পুন্সিনা ঈবাক্লখিবা থোক্লবদি শকউদ্রবা মহাক্কী খূৎ নত্তনা চিংখৎপীনবা কনা লৈতে। অবোক পেম্মাদসু মদুমক

থোকখ্রে। শকউদ্রবা মহাক্কী মফমদা পুক্রিং ব্রাখল লুপখবে। মদুতদা লাউখোংনা চাক্লুম্বা মচাগী মৈচাক অদু তপ্না তপ্না ইংথবক্তুনা অমুক হন্না মীবক তিনবা হৌবকখি। মতাংসিদগীনি পুন্সিগী হিংনবা লানফমগী মবক্তা গোবিন্দগী থৌগলসু চিথদনা অহোয়নদুম তৌদবা য়াদবা ওইনা লৌবদুনা অনৌবা পুন্সিগী শকলোন অমদা অবোক পেম্মানা হিংলকখিবা।

পুন্সিগী থৌবম থৌদা পাঙবদা মৈদা ইক্লবা য়োৎকী মতৌগুম্লবীশিংদো অৱা- অনা নাচুংদবী ওইনা খনখি অউবশিংনা। অদুবু মখোযগী নুংদা ফুন্লিবা মৈচাক মতম পুম্বগী ওইনা মুৎখিবা নত্তে। মসি মখোয়গী মতৌনা মবক- মবক্তা উথোবকই। মখোযনা চাউথোইবা মাগী থৌগল ফংজবা মতমদা ঈংলবা থম্মোয ঈফুৎ অমনা শকউদ্রবা মহাক্কী খুযাখাদা হৈথজবকপা মতম অদুদা মীৎলুদসু পিগী অকনবা ঈহৌ অমনা অকনবা শাফুদা ঈচেল নাইবক্লিবদু অতৈ অমা নত্তে। নুংগী অশাবা মৈশানা থম্মোয় খোন্না চাক্লক্তুনা ঈচেল ওইনা চেম্থবক্লিবনি।

অসুক অৱা- মৈচেন্নখিবী মখোয় অদো পুন্সিবু যাম্লমক হৈনীংনা মপুংফাবা ৱাহম্থোক শীবম্লবা থৌনা লৈনা চেন-চোংলম্মী। কনানসু শীংথাবীদ্রবী ওইদুনসু নীংহন্নদনা হোৎনখিবী লিংজেল লৈবী ঙাক্তনি মখোয়। মখোযনা শক্লম্বা পুন্সি ঈশৈ কয়াদা খোযথুম্লখ্রবা।

অৱাবা মবক্তা পুন্সিবু মচু লোক্লম্বা মখোযগী খোঙ্গুল মমিনা খুনগী লম্বী সোবোক্তা,লোয়া- তময়াদা, লৌবুক লন্ধাংদা মমি- সামি তাহৌবি। মখোয়গী খোঞ্জেলনা, মখোয়গী খোঙথাং মখোলনা ঈনিল নীল্লম্বনি মতম অমদা।

ঙসিদি মতম লোইবদুনা ঙম্না চৎনখ্রে মথং- মথং। ঈশৈশিংদুনা লেপখ্রবদা খুনগী লম্বীসু ইচিক- চীকহৌবে। ■

*ইম্ফাল, ২০১১*

# মাঙসু লাং তুংসু তেন

চাউতোম্বীনা ইংখোলদগী হেক্লুবা হঙ্গাম কোবীশিংদু মপুন কন্না শেমলিঙৈদুদনি মখোয় লৈকাযগী মৈবা পাযবীগী লুচিংবী জান্ধো লাক্লুনা পাউ পীবৈ,

— হোবেল পূং ৩দা লৈকাযগী লম্পাক্তা মীফম লৈ, থোবক্তুবা যাদেকো।

— কবিগী মীফমনো ইচে জান্ধো ?

— অৱাংগী ঙাথেম তোম্বগী মচানুপী শিবম্বদো অদুগীনি। নুপীগী ইকাইখুম্নবা মাঙহল্লগা হাৎপনি হায়বি। মবাল লৈবা, চেন্নবা মী পুথোকউ হাযবগী খোঙজং চঙশিন্নবা ৱা খন্নদৌবিবনি । থোক্লক্তুবা যাদেকো, মী শবদগী অততাই নত্তে।

ঙাঙনা ঙাঙনা থোকখ্রিবী জান্ধোবু যেংদুনা তুমিন ফমহৌবি চাউতোম্বীদু।

‘হৌজিকসিদা থোক্লিবা থৌদোকশিংসিবু কবিনো . তাহৈদবা ঙাক্তা।’ খলহৌবনি চাউতোম্বীনা ফম্না ফম্না। ৱাখলগী পবীংনা অসুম চেম্খি,

‘নুপী অঙাংগী পুন্সিসে কযাদা মতু শোনখ্রবা ! ইমুংদা, নাবক্ত, লমহাংদা শিবম্বগী ৱাবীতনা লৈবক খুল্লক থল্লে, তাহৈদ্রে।’

চাউতোম্বীগী থম্মোয় তুজুং- মাঞ্জুংনবকই। নুপীগী পুন্সিসে কযাদা শোনখ্রবা। খুদি অমুক থীবদা কল্লবা ঈবৈ অমনা চেম্খিদৌবিবনি। মশাগী পুন্সিদা হঙ্গৎনা যেংলুই,

লায়বখ্রবা ইমুংদা পোক্লকখিবীনি মহাক। মমা লুখ্রাবীনা তবক তবক যোকচবকই। মহাক্লা পুংকক চাউবকপা মতমদগীদি মমানা কোযনা চৎতুনা

লৈত- লায়ব থিবকখি, শু- নোল্লকখি। মহাক্না য়ুমগী থবক ইনখাং নোমহৌই, মমাগী চৈশু ওইবকই।

মতম কৌবী মহাক্না পুবকপা য়েন্নীংথাগী মপাউদি অসুকপা উমং, খুৎশেমগী লৈকোল, লাযব- ইনাকখুনবগী খেন্নবা লৈতে। লাযব- ইমুংগী নিংঙোল ওইজবী চাউতোম্বীবুসু য়েন্নীংথা লাইবেম্বীগী মীত্রংগী খূৎনা নুংশিনা নাম্থবিবম্লে। য়েন্নীংনা য়োম্লবা লৈপালগী মতৌ ওইবক্লে, পোমশাৎনবক্লে।

য়েন্নীংথাগী মপাউ পুবা মালংগী শাহুমদা লৈখোক্নী লৈবাংনা তথক- তথকচবগুম চাউতোম্বীগী থম্মোযসু ঈথক ঈপোম্লবক্লে।

তানফম অসে, শক্তম অসে মী লাই পূম্নমক্না কল্লক্লফম ওইবনি। লাযববগী মৈনা ব্রাযবদা খা- বাই খঙদনা চেঞ্জবিবী মমাগী থম্মোযদা মচানুপীগীদমক মিপাইজবা হৌবকই। মচাবু কৌশিন্দুনা হাযজে,

– ইবেম্মা, চাউতোম্বী , ইমানা কোযনা চৎপনি, নঙবু শেন্নদুনা লৈবসু ঙমদে। শাজৎ হৈনা চৎলুকো। নুপীগী পুক্সিদি য়েকুমগা চাংদম্নবিবনি, অমুকপু কাযখ্রবদি লোইবেদো।

লৌশিং মতেক লাক্নবী চাউতোম্বী মমাগী ব্রাহৈদা মিপাইজে। হেদো-হেবাউজবম্বী মথম্মোয মবায লুকখি কিবনা।

শম্বল যাওদ্রবা ইংখোলদা মীগী মীৎয়েং চঙবা হৌনশানি। থোইদোক্না পুকচেল শেপ্পশিংগীদি অচেংবা য়েংদুনা তাল্লুম্বা হাযবসি মশাগী লীচৎনি।

নোংমদি য়াচঙবগী অচিকপা তাঞ্জা অমদা তমথীববা নোংলৈ অমা লাকখ্রে। নোংলৈদুনা পোম্লিবী চাউতোম্বীবু লৈখোক্তগী কেলহনবীবম্লে, চোইজাইনখ্রে।অশিৎ- অব্রানথাগী নোংলৈনা নৈখায়বম্লবা লৈকোলগুম ইচাই চাইববা মখোযগী য়ুমদোংপোক মনুংদা হিক্না হিক্না কপ্পদুনা চাউতোম্বীনা মমাবু ঙাইজখি।

পূম্নমক খঙলবসু পাম্বৈ লৈত্রবী মমা- মচানি। কবম্না লমন খুম্লনি। নুপী অঙাং লৈববা, ওক্রুবা নবিন মীচঙ কনবনি, মীফত্তনি, তৌগেদা ঙম্বনি। খোঞ্জেল থোক্লবে মচাদনি মাঙজদৌবা। পাউথোকপিববী নুপীগী মবাযবক্তি লুখাক- লাগা চাংদম্নবিবনি। কপ্পা নত্তনা পাম্বৈ লৈত্রবী মমানা ব্রাখল লৈতানা খল্লদুনা তপ্না ব্রাবেপ লৌখ্রে।

চাউতোম্বীদগী চহী ফজনা হল্লবা নুপী লৈত্রবা বাবুদা মচানুপী থাজখ্রে। চাউতোম্বীগী পুন্সি তোবৈ কযাদা থুনা হোংখ্রবা ! যেন্নীংথাগী নামিবা নুংশিৎনা পুবকপা নুংশি মপাউশিংদুদগী থম্মোযনা খোয়দাবা অমত্তং লোকচদুনা নুংশি শৈহৌ তমগে খঞ্জখিবা মঙলান অদুদি কাযখ্রে, অবেম্বা তাখ্রে। কযাদা শোনখ্রবা নুপীগী মপোক !

লমগংদা হৌবা লৈপালগুম থম্মোয়গী হৈনীংবা যাওদনা হৌনবা হোৎনখি বাবুগী লৈতংগায পুন্সি লৌবুক্তা।

মচানুপী অমা লৈজবে, থম্মোযগী ঈখায় পীদুনা অনৌবা মঙলান শাগৎচকই। মপুবোইবা বাবুদি লাইথুং ফত্তবা অমনা পাযখবে, শুবা নোম্বা ঙমদবে। পূম্নমক চাউতোম্বীগী খৃত্তা তাববে।

পীক্ত পীকপী ওইবিঙৈ মচাগী থোইনা ব্রাকদে। মচানা নোংম- নোংমগী শাহৌ ফনা ইনখৎলকপা উবগা থম্মোয মৈশা লাংলক্লি।

লৈত- লাযবগী মৈবীনসু লম্মৈগুম তুংদা তাল্লক্লি। নুপী ওইবী মচাবু থনমদুনা কোযনা চৎসি খল্লসু খোঙদা যোৎহিং থাংলবী ওইখ্রে।

ব্রাখলগী মঙলান্দা ঈবাক্লকববী চাউতোম্বী মীকপ খঙথোক থোক্লকই। নুংশা থবেৎ থবেৎননা মচাবু লৈদুনা থিবকই।

লৌশিং মপূং ফাদ্রিবী পুংকক্লববী মচানা মতা লাইথি পাযদুনা নুংঙাই মঙলান দা তাউজবি। তাইবঙগী মীহুলাং শকখঙদ্রিবী মহাক্বী পীক্লবা মখূৎ মচাদুনা লাইথি লুবাক পাযদুনা তুংগী মঙলান মঙজবি। চাউতোম্বী ফুক হৌগৎখিদুনা তফিং- তফিং চঙশিল্লি মচাগী মনাক্তা। তনীক্লবা থম্মোযগী ইহুলগা লোযননা শান্নজবিবী মচাবু চিংখৎতুনা চেজেৎ চেৎনা কোনশিল্লুই। অমুক থাদোক্লীংদ্রবা মতৌনি।

কবিসু খঙজদ্রিবী মচানা মমাগী মতৌদা তঙক- তঙক যেংদুনা লৈবে অদুগা হাযবকই,

— ইমা চাক লাম্মে।

চবা ব্রান্নবা চাক পুথোক্লুনা মচাবু পীজবে।

নুমিদাংগী চবা নীংশিংলকই। খূৎ থাবম্লবা থবক্তু অমুক নীংশিংলক্লে। মপুন- মপুন শেম্লবা হঙ্গাম কোবীদু কোকথোং ফানবা শেমগৎলুবি। নুমিদাংব্রাইবমদা খুনগী কৈথেল মচাদা যোল্লুগদৌবিবনি।

হোবে হোবে মখোঙ থাংলদুনা ইমুংগী থবক লোইশিল্লি।

নৈথবক্লিবা নুমিত্তা য়েংলুই। পূংশিং চাউবাক্লা খঙলে অসুম য়েংলক্লবনা। পূং অহুম তাবক্কদৌবে।

থবক লেপ্পুনা মফি হোংই। মচা তোম্দোনবীদা য়েংলুই, দাবি মযাগী লৈশিংদু হেক- হেক্তুনা থদৎলি, শান্নবি। মাঙ্গোলদা ফক থাদুনা হিপ্লিবা মপুবোইবদা অমুক য়েংলুই। নীংবা কায়ববা মীৎযেংদু তুমিন্না অমুক লৈথোবক্লে।

নুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা নাউহোং মখূত্তা পাযখৎলে। শাহৌ ফনা ইনখৎলক্লিবী পুংকক চাউববী মচানুপীবু মনমদা থোক্কৎখ্রে। তঙক- তঙক হংই মচানা,

— ইমা কদায়দা চৎতোইনো ?

— আ - - দা।

হিপ্লিবা মপুবোইবগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপলে। হায়কই,

— নৈকাযগী লম্পাক ফাউবা চৎলুগেকো।

— কবি নৈবে ?

— মীযামগী মীফম নৈ, নহান নুপীমচা অমা হাৎলম্বদুগী।

— ও· ... চৎলুবো।

মমায নৈথোক্তুনা চৎকদবগী মখোঙ থাংদোবক্লে। দাবী কুমথদুনা থোঙ্গাল তম্লক্লে। মনমদা পোবিবা মচাগী অকম্বনে, নুংদা ফুক্কৎলক্লিবা লমনগী মৈচাক্লে অনীনা তূনা নম্থবকপদা মখোঙদি থাংলি হাযবদা মঙাযবে, মঙম শান্দবে। মথম্মোয়দদি শীংলি, 'মফমদুদা ঐ যৌদবা যাদবনি, তমথীববশিংদুগী মথক্তা চৈবাক ফংহন্দবা যাদবনি।'

পাঙ্গল থোকঙমখিদ্রবা অদুঙৈগী থৌদোক্তু অমুক নীংশিংলকই। লমন খুম্নীংবনা ঙাওবকই নুংদা।

শক্কন মায়কন্নববা তমথীববা নবিনগী

মথবাক্তা হন্না হন্না ফাওকবি মপূক্লিংদা।

থনুংগী ঈহুল অমা কন্না ফুক্কৎলক্তুনা কাওকবি হন্না হন্না।

মশা পূম্বা হুমাং অনপ্পী কাবদুনা লম্পাক মযায়দা তিল্লিবা মীযামগী মবক খায়না চঙশিনখ্রে।

খিল্লিবা মাইক্রোফোনগী মনাক্তা লেপ্লদুনা লাউবকই,

— 'নুপী হাৎপা থোবকউ,

নুপীগী ইকাইখুম্নবা মাঙহনবা মী,

মঙক্তা কোঙ্গোই হুক্লদবনি

অঙাং হাৎপা অহকপা চৈবাক পীযু।

তিল্লিবা পূম্নমক ঙক্লা যেংলম্মী মীৎকূপ খবা। তনীক্লবা খোল্লাউ অদো মবোমদোম চঙশ্রে মীযামদুগী থম্মোযদা।

হাযনরুবা লৈতনা পূম্নমক্কী মচিন্দগী থোবক্লে অমত্তা ওইনা -

'নুপী হাৎপা পুথোকউ,

নুপীদা তেমশিংনবা,

অহকপা চৈবাক পীযু,

অঙাং হাৎপা চৈবাক পীযু'

মনমদগী মচাদু শেগাদা লৈথদুনা মথাদা চেৎনা কোনশিনখ্রে চাউতোম্বী। ফুনগৎলুববা মথম্মোযগী ব্রাকৎ পুববা পিবাংনা ঈপোম নাইনা চেম্থবক্লে, হীক হীক লাউববা মীকপখোলনা মীযামগী খোল্লাউ মবক্তা তিনখ্রি। ■

*ইম্ফাল, ২০১৪*

## তস! কমদৌই

— মিংকাদি ইবেমনুংশি কাযনা, খোন্দাদি নুংশিদবদা খাবে।

— হো... খাবনিযে, নুংশিবন্না খোন্দাসে নুংশিবা যাবক্রবা অদুননি।

— নত্তে, নঙবু ইশৌদু অদুক যাম্না লাংলিদুবু কবিগীনো হাযবা ?

— অদুবু অমুক হংবিবিব্রো ?

— মী খ্বাইদৌনা নখোন নব্রাকাদু খবা নুংশিবদি ফদৌবা, অদুসু নত্তে। নুমিৎ চুপ্পগী শৌ-শৌ লাউবা, সিদবু কমাইনা পোত্থাবা ফংদৌবিনো হায়বা, ব্রাখলগা অমত্তা থোক্লবোইযে।

— ইংবদো, পোত্থাবদো ঐখোযসু পামজৈয়ে, ঐখোয়সু নে-না তাবাকাইদো পাম্মীবনি,ঐসু মীনি কৈনো ?

— অদু পাম্মদি কবিগী তৌদে, হা . কবিগী তৌদে।

— অসিবু অমুক হংলিনে।

— নত্তে, নচিন্দু অদুক কল্লিদুবু নঙবু কবিমত্তা ইকাইদ্রবা হাযবা ? নঙনে, নঙ। লৈকায মমাঙসিদা ব্রা লান থোক্লীংদদনা তৌবনি, নৎত্রবদি ঙসাইনা, .. ঙসাইনা, খঙলেদনা ?

— খঙলে, খঙজবে। ঐখোযদি নুপানিদো ঙম্মীবনি হাযদুনা ফুগদবগী, চৈথাংগদবগী। কবিদগী ইংদ্রিবনো, ইশৌ কবিগী লাংলিবনো হায়বদুদি কবিমত্তা হেক খনবিবা নত্তে।

মনিবাবু মতৈ- মনাওদু কন্না ঙংখৎনবিগৈ তাঞ্জাদুদা মচানুপা অহল উমেশতু লমজাওবোমদগী চঙলকই। মাঙ্গোলদা মমাগা মপাগা ঙাংনবম্মীবা খোন্দাদু পংহৌ

হৌবদি নত্তে হাযববু মিহুল খঙলবা মচানুপাদু অদুম খঙলে, পূক্লিং নৌথোক্লবগী খোইহী চেনবা ব্রাবী- ব্রাতাইদি নত্তে হায়বা।

মনাক অদুব্রাইদা হাইফেৎ নৈশিন্দুনা লেপ্লি। ঙংনবম্না শৈবোলদু কাযখ্রে, মপূংফাদ্রিঙৈদা লোইশিনখ্রে।

— ইমা ঐগী ফোর্ম ফিল্লপগী পৈশা হাযবদো .. । লাইবিকসু অমত্তা লৈদ্রিবনি, একজামদি কুইদ্রে।

ইবেমনুংশিনা মচাগী পাউখুম পীবগী মহুত্তা মনিবাবুদা শৎ লৈশিন্দুনা যেংই। মনিবাবুসু মীৎযেংদুগী অর্থ খঙই। মখা তাবমদে, শৎ লৈথোক্তুনা চঙখি মাগী কাবোমদা।

— ইমা, হাযবো কৈদৌঙৈ পীগদৌবিনো হায়বা ?

— নপাদা হাযহৌবা যাদ্রা হাযবা নঙবো।

— খঙদুনা লৈববসিবু মাদি পীবোই হাযবা, ইমানা থোকপা পীযুকো, নংদবা যাবোই হাযবিবসিনি।

ঙাংল- ঙাংলদুনা ইমুংদা চঙখ্রিবা মচাদা যেংদুনা লেপহৌবি ইবেমনুংশি।

নীংঙল্লক্তে, কবিনুংগী মচাদা অদুম্না হাযরুবনো খল্লি। মপানি হাযদুনা নোংমতা মচাশিংগী কবি চাগনি, কবি ব্রাৎলি যেংশিনবা নত্রে। মাগী তৌগদবা অপুনবা অমদা উংদুনা লৈখ্রবনি। কবি কবিনো থিজিল্লি হায়, খূৎলাই হায়গুমসু তৌই, অনৌবা পুথোক্কদৌবিবনি হাযগুমসু তৌই। মুন্না হংজিল্লুদে ইবেমনুংশি। অযুক্কী, নুমিদাংগী তঙাইফদবশিংগী খনবদা মদোমদা পূক্লিং চঙলুবা ঙমদে।

থোকঅ- থোকঅবা হাযদুনা ইবেমনুংশিনা ঙম্ন- ঙম্নবা হোৎনদুনা লাক্লিবনি। ব্রানা ব্রানা লেনখিবনা মচানুপা অহল উমেশ বি.এ তমখৎলক্লে। মচানুপা যাইমা বোসনদি ক্লাস তুৱেল্ব তল্লি, শান্ন- খোৎনবদসু থব্রায কন্না যাওবি। মতোমতা যাওজবী মচানুপী শিল্লা ক্লাস নাইন তমখৎলক্লি। লাইবিক তম্না তম্না মমাগী মতেঙ পাংই।

মচাশিংগী ফিজেৎ, চান- থক্লবা, মহৈ- মশিংগী অচঙবা পূম্নমক ইবেমনুংশিনা পুবি হাযবা য়াই। ইংখোল খবা মবাঙ কাযবম্বসিনা মখোযগী মতেং ওইবি।

মনিবাবু লাইবিক ফনা হৌবকপা মীনি। গভর্নমেন্টকী থবক্তি ফংদ্রে। শেল যাম্না থোক্তে। অঙাং খবা খবা প্রাইভেট তম্বীবি। অহানবদদি মদুদগী ফংলকপা

শেলনা ইমুং- মনুংগী অৱাৎ- অপা খবা খবা মেন্নবম্মী। মপুঙওইবদি ইবেমনুংশিনা হোৎনবি। ইংখোল অচৌবদু থুংনবা পোৎ- চৈ থাই। মদুদগী ফংলকপা শেলনা কোন্নবা ঙমদবদগী ফি শাই, ময়েক নাইবা লোন্দুনা অমুক হোৎনৈ। মচাশিংসু মমাগী মতৌ যেংবা ঙমদদুনা ইংখোল কোইবা ইমুংগী থবক ইনখাং মতেং পাংশিল্লি।

ফনমক ৱাববসু মচাশিংবুদি শেমদবা য়াদে খন্দুনা হোৎনজবিবী ইবেমনুংশি হোৎনগে খন্না হোৎনববসু ৱাবকপা মতাংদদি মপুবোইববু ৱাবৌদবা ঙল্লক্তে। পূক্লিং ফাজিনবা ঙল্লক্তে। অদুনা মবক মবক্তা ইশৌ লাংবা, খোনগায ঙাংবা হৌবকই। মচাশিংদসু ওনশিন্দুনা খাঙবা ঙমদ্রে হাযদুনা চৈ- থাংলুই। খন্থকুবগা নীংঙম্লক্তুনা মতোমতা কপচবসু কোঙ্গাইনি।

চহী ফনা কুইবক্লে মনিবাবুনা অনৌবা পোৎ পুথোকপগী মঙলান্দা ঙাওদুনা লৈবক্লিবা। শঙ্গোইদা খাজিল্লিবা মাগী অনৌবা কা অদুগী মনুংদগী ইহেন-হেন্দোবকখিদ্রে। শেল খবা খবা পীবন্না অদুসু মাগী চাংযেং চখিবিবা অদুদা থাদবি হাযদুনা শিকি পীবক্তবা ফনা কুইবক্লে। মাগী ফবা অমত্তংদি চাবা থকপদা হাউই হাউতে হাযবা থিদনা ইবেমনুংশিনা থোংবদু চানীংবা খবা চাবগা মনা- মনিল নাইদনা মাগী কাদা চঙদুনা মাগী থবক অদুদা লূপ্তুনা অদুম লৈখি।

তাইনফম খঙদনা ইশৌ লাংবমখৈ লাংলুবগা হন্থবকপদা ইবেমনুংশিনা হেক হেক খল্লি .

— ইশৌ লাংবগীসু মহৈ ফংদ্রবা, শাউগৎলুবগীসু নাচুংদ্রবা, অসিদবু শাউগনিদো হাযদুনা শাউকবিবা ঐনা হেন্না লাল্লক্কদৌবে। মতুংদদি অমুক হন্না লাংজববোই। অমুকসু খল্লি, - মী অতৈদৌনা যু থক্লুনা, নিশা চাশিন্দুনা ওৎ- নৈবা অদুদি নত্তেদনা, শেল থোক্তে হাযবগীবু হেক তথি তথি ঙাংবসিবু, ঐবু চুম্মীদ্রনে ?

ৱামনবগী ফাথবা ঙমহৌদদুনা মচিন্দা পংঙাং ঙাঙজববসু হন্থবকপদদি অসুম্না খল্লিবনি মহাকসু।

ইবেমনুংশিনা য়াম্না নুংঙাইজদবা অমদি - মহাক্না খঙবদা মাগী মপুবোইবা মনিবাবু অসি লাইবিক যাম্না ফনা হৌবকপা সাইন্সকী মহৈবোয়নি। লায়বমনবদগী লাইবিক তম্বদা মনীং থুংজবকখিদে। অদুনা মশাগী ৱাখল লৌশিংগা চান্নবা মহৈগী থাক যৌনা তম্বা ঙমখিদে, থবক ফংখিদে। অদুনা ইবেমনুংশিনা অমুক অমুক খল্লি, 'মানা নীংলিবা পামজবিবসিতদি মনীং থুংজবসনু, ঐখোয়গী লৈত- লায়ব মাঙোন্দা অমুক হায়ববোই।'

কবিগুরুনা মতমদা মনীং থুংদ্রবা মচাশিংনা মপাগী মবমদা পেন্দবা, শাউনীংবা রা ঙাংলকপদা ইবেমনুংশিনা মচাশিংবু থেমজিন্দুনা হায়,

— মাসু ওক্ত- শিংদ চৎপদি নত্তেদনা। মাগীসু অনীংবা অমা লৈদুনা তৌবিবনি। ঐখোয়সু ঐখোযনা থোকপা ঙম্লবা হোৎনসি, ইমা লৈবিবসিদি।

অসুম্না হৌখ্রে শাংলবা মতম।

নোংমদি মনিবাবুগী যুমদা মাগা লুনা তিন্নবা মমান্নবা ওজা তোমচা লাকই। ইংখোলদা মনা- মশিং হেক্কুনা লৈবিবা ইবেমনুংশিদা কৌবদুনা হাযবকই,

— ইবেম্মখোযগী ইংখোলসিদি ফজগ্রেদা ! কনানবু থাবিবনো ?

— অঙাংশিংগা ঐগনা খবা খবা হোৎনজবনি ওজা, লেংশিনবিযু।

— মনি'বু .?

— লৈযে, য়ানি সোমগী কাসিদা হেক্তা লেঙশিনবীযু।

— 'কবি কবিনো অনৌবা পোৎ ময়াম শাবি হায়না তন্নম্মীনে নোংমা থেংনবদা।' ঙাঙনা ঙাঙনা চঙখি।

— নঙদি নহানমখৈ নশক নশাগা অমত্তা উদে হায়বদি মসিদা কন্না লুপ্পন্নীজাৎনিদনা। অদো নঙগীসি য়াম্না ফনি হায়না খল্লি। অদু অহানবদা লাক্কদৌবিবা সাইন্স এক্সিবিসন অসিদা অমুক্তা পুথোক্লবা তৌসি, মদুগী ঐনা লোইনা শীল্লকঅগে।

রাবী শান- শানা থোকমিন্নবকই মরুপ অনীদু-

ওজা তোমচানা শীন্দুনা এক্সিবিসন অদু য়াওবে। ষ্টেটগী ওইবা এক্সিবিসন অদুদা অহানবা মনা ফংদুনা লৈবাক্কী ওইবা এক্সিবিসন্দা শকক য়ানবা খল্লে। মদুদসু থোইদোক হেন্দোকপা মনা ফংলদুনা মায়পাক্লা হল্লক্লে।

মনিবাবুনা পুথোক্লিদু ফিশা-লোনশাদা শীজিন্নবা অনৌবা মখলগী খৃৎলায়, লৌউ- শিংউবদা শীজিন্নবা খৃৎলায মখল খবনি।

এক্সিবিসন্দা মনা ফংলকপগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপগা লোযননা খৃৎলাইশিং অদু চান্নবা পোৎলম শীজিন্নদুনা শেমগৎ- শাগৎলগা মীয়ামদা ফংহন্নবগী থবক

পায়খৎনবা ব্রা তান্নবা লাক্লিবা ওজা তোমচানা মনিবাবুগী খোঙথাং অসিবু থাগৎলদুনা হায়বকই –

— মীপাল তাংদনা হিংনবা হোৎনবদা ওজাগী লৌখৎলিবা থৌবাং অসিগুম্বসিসু য়াম্না তঙাইফদবনি। অনৌবা পোৎ- চৈ পুথোক্কুনা মালেমগী যাওন্দা যাওবা ঙম্নবা হোৎনবগী মতম ওইবে। ওজানা পুথোক্কদৌবিবা খুৎলাযশিং অসিনা লমদমসিদা অনৌবা য়াওন অমা পুবকপদা অচৌবা মতেং ওইবগনি।

ওজা তোমচাগী পূক্লিং থৌগৎপা ব্রাহ্মেশিংবু থব্রায যাওনা তাকবগা মনিবাবুনা মহাক্কী পোৎলমশিং অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মহাক্না থেংনখিবা অব্রাবা, খুদোংচাদবশিংগী মবমদা শাংলবা ব্রাবী অমা থব্রায চঙনা লীবকই।

ব্রাবীগী লোইশিল্লকপদা মনিবাবুনা থম্মোযশেংনা অমদি পিবোইনবা খোম্থোক্না হাযবকই –

পূম্নমকসিগী মহেসে ঐনা ঐগী ইবেমনুংশিদা পীনীংই। ঐনা অসিগুম্বা থবক অমা পাঙথোকপা ঙম্বসিদা মাগী থৌদাং যাম্না চাউনা যাওবি।

ব্রাহ্মেশিংসিগা লোযননা লীবকই, ইবেমনুংশিনা হোৎনখিবা, থেংনখিবা লৈত- লাযবগী থৌগাযশিং। ওজা তোমচাসু মঙক নোম্ম- নোম্মদুনা মনিবাবুগী ব্রাখল অদুবু যানীংবা উৎলদুনা হাযবকই –

— 'দিয়াব ইজ অ ব্রুমন বিহাইন্দ এভবী সক্সেসফুল মেন' হাযবদুনি।

নৌনা পুথোক্কদৌবিবা পোৎলম অদুনা পীগদৌবিবা কান্নবশিংগী মবমদা ব্রাবী কযা শান্নবম্লগা ওজা তোমচা চৎখ্রে। মহাক চৎখ্রবদা মনিবাবুনা ইবেমনুংশিগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপ্লবে। হাযবকই –

— অশেংবনি ইবেমনুংশি, নঙগী অখাঙ কনবনা ঐবু ঙসিদি মায পাকহল্লে। ঈশ্বরনা ঐগী চাংযেং মপূং ফাহনবীদুনা হৌজিক্তি ঐখোযগীসু নুংঙাইবা হাযবদু লাক্লগদবনি।

হবাউনা নোক্লগা হাযবকই ইবেমনুংশিনা –

— মতুংদদি ঐবু ইশৌ লাংবী হাযনা কৌবদো কৌববোইকো ? মনিবাবুসু নোক্লক্লে,

— ইশৌ লাংবদো ফনদি পকচবনি, উববোইদো।

নোক্লা নোক্লা মখা চত্থবকই ইবেমনুংশিনা–

— লৈবাক্না শকখঙনববা সাইন্টিষ্ট ওইবীদৌববনিনা ৱাহং অমত্তা হংজগে মখোয়'বা ?

— হংঙুনা, খুম্মগে ঙসিদি, নঙনা খঙনীংঙিবু কবিনো ? হংঙু, ... হংঙোনে।

— হংঙগে . , আ . কবিগুম্না মখোয'বাদা লৈবিবা নীংখিবদা হৃন্দবা, চপ য়ুংবদো, অৱা- অনা লৈত- লাযবগা অমত্তা নাচুংদবদো ঈশ্বরবনা মখোয়'বাদা পীবমদ্রদুনা ঐঙোন্দা ওইনা পীবম্না থোক্লবদি মখোয়'বাগা ঐগসে নহান্না অনী অহল্লক কাযনদুনা ঐসে হল্লকপী হাযদো ওইবম্মনিকো, মখোয'বাসু অনীশুবীনকা থৌগল ফংলম্লনি হাযবা, চুমদ্রবনে মোয'বা ?

থম্মোযদা নৈদুনা লৈবম্না ৱাকৎনা ঙসিদি ৱাহং ওইনা থোকখ্রবদা ৱাই শংলবা ইবেমনুংশিগী চীন্দগী খঙহৌদনা থোকখি — তস ! কমদৌই ?

নোক্কদ্রা শাউগদ্রা খঙদ্রবা মনিবাবুনি, ঙকপগা নোকপগা যান্নবদুনা লৎ- লৎ তৌবা খোম্থোক্তা মনিবাবুনা খুন্নকই —

— হা. অদুবু কবি হাযবিনো ? চুম . ব দি মাল্লি, অদুবু মদুদি, ঐখোযগী সাইন্সতদি যাওদেনা !! ■

*ইম্ফাল, ২০১৪*